# ম্যৈ আনো ।

## লীলা মাকোক

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | চাগুভল, Head of the family | about | 50 | years |
| ২। | গ্যচেং, wife of Do | " | 40 | " |
| ৩। | নিপামচ, Son of Do | " | 27 | " |
| ৪। | কন্যা, wife of Do | " | 24 | " |
| ৫। | থবো. Sister of (No. 3) | " | 12 | " |

# মৌ অনৌবী

—:(●):—

অয়ুক অঙনং [illegible] য [illegible]লে, মী [illegible]নবে। চাওডল মাঙ্গোন্দ ক্ষমহুন হিদাক [illegible] [illegible]ইহৈ। [illegible] চিংঙই হিদাক মৈ চাক্কে।

চাওম্‌ল : নুপা-মচা, থবে [illegible]বিব্রনে? নংবু কোল্লিক বাইবম শেংব লোইফিনবাও ?

থবো : কবিনো বাজি ঐ ল হৈনিক উবাইবি।

চাও : হিদাকসিন মৈ ইচাক চা[illegible]বসি, নংন হানব্রা নমান হানব্রা ?

থবো : ঐন হানবনি, তিকি ফওবনবা ? কবিনো ?

চাও : নমা কদোমদ বাবী শূব চংখ, কোয়কউ।

থবো : ও : ইমা, ও : ইমা। ও মবাখংবৈ ইচে থম্বাল, ঐখোয ইমা বাগী লীবিব্রাও ?

থমচেং : ইম [illegible] [illegible]চা [illegible] [illegible]চৌগি [illegible]উ এমহু লোবম্মিবনি, বাওঁ অইত নহে

চাও : নুপীমচা নংগি হিদাকসিবু উবাংগি মৈখাক্কা অনৌব ওসি হানব্রনে ? অয়ুক্ত হিদাক মৈ চাকুবসি —

থবো : ইকে বাজি হিদাক হাপ্প কাওবম্মে।

চাও : নুপীমচা নংবু চহি ১০ দ উহৈবি, শকুন্তলাদৌন কবিওম্ব [illegible] নবুক্কিং লু[illegible]খহন হিদাক হানবদ হিদাক হাপ্প কাওব হৌনব্রাও ? নখোয় লাইরিক ওম্বী নুপীমচাসে কাওগল্লি হায়রন নমান লাইবিক ভমহম্মিংব্রিবনে থওজো। অয়ুক্তবু কাওগনবদি—

থরো : ঐদি কাওবিপোৎ নত্তে, ঝাখল অম খল্লুহ্ন তৌবনি। হিদাক অনৌব হাপ্লে বাজি, চিংও।

( মপান প্রোক প্রোক চিংই হিদাকপুদ )

থমচেৎ : ঐবু কৌবিব্রা থরোপা ?

চাও : নংবু কৈদৌরুরিবনো থম্বালখোয়দা ? নচানুপাগি করি পাউ তাবগে ?

থমচেৎ : নুপী চেনখ্রে হায়মে শোইদ্রে, লাইরিক হৈবী বি, এ অম।

চাও : মুগোৎচাদবী লাইরিক লাইগু হৈতবী, হোনব খঙদবী ওইরমগদ্রা হায়বগি রুশা থীবনি, য়ামু ফরেনা এম, এ গ বি, এ গ লৌন লৈন-বদি মপা চায়না।

থমচেৎ : করম্ব অহলনো ওম্বোকন ভাব তাখ্রিদ্রেদা ! নচা নিপা এম, এ সু থবক তৌদ্রি তোলোব চাদ্রি, নমৌ বি এ হুসু পাশ তৌবদ ডাইরি, তোলোব চাব নত্তে হায়নৈ তাংলব চাক এঙ্গাংদি চাদব য়ারোই - করমন থাক্লনি, লাইরিক তমহন্নব লাক্লবদ লৌ ইখোল ফাওব বঙ্কান চৎখ্রে। তোল্লিব শেলন খা ঝাং নোংচুপ……

চাও : ডাইখো পেম্মা থবক ফংদ্রিফাওব দোকান্দগি শোৎতুন চাখিব মাপোৎনি। মমা মপান ফাগে খোৎকেদি হায়দে হায়ব্রা ? লুহোংসি ককা হায়রকদ্রা নহৈ, শেল লৈত্রব কানসিদা ?

থম : লুহোংনব শেল লৈব ইমুং নত্তে, মমা লুখ্রাবীনি হায়। ঐখোয়দৌন লৌ উল্লকদব মৌ নত্তেয়ে। মীন ফর ফরব নুপী হায়বিরুবদি পামদে পামদে হায়রগ, মমাই থর লংবৈদমক মপাগি মচা মাইথক্ন পাই অম উল্লকওইদব হোনবসু খঙওইদবী লুখ্রাবীন য়োকপী অম পুন্থন লাক্লনি, ঐদি খোঙখুৎ শৎ তিংথোক্ন হেক কপনিংইদা। ঐগি লাইবকসি খ্রীপ্রমানেদকো বিধি, ঝাখিদোরিদা !

চাও : কপ্লিংলগ নং কপ্ল, ইচান পামজব মমাই লংবী, লাইরিকসু হৈবী মৌ অম ইচান পুরক্লনি হায়ব বাসি খল্লুবদ থমচেৎ, ঐদি কপ্লিংবদি হায়রুম্নু বাসকতুম মতেক অম মোমোন নোকুন ঙংনীংলকই।

থম : আজকালগি লাইবিক হৈবীগি লীচৎ শাজৎ মখোয় বাজিবু চহি ফন ময়াম্নে খঙবিদ্রাও কবিমতা ? মান তৌরদোবসি ঐদি উরে।

চাও : ঐসু থর খঙই, নংন খঙবসু হায়মু তাগে।

থম : ইপা ইপু হাকুকুগি চৎনরকপ লীচৎ ব্যবহার, ধর্ম্ম কর্ম্ম লোইন থারদোবনে ; ইরুজদন চাক থোংগে, য়েরুম হোগে, তুলযীবুং বাই তৈব খুৎ মোৎলি, লাইতীলগি থবক হৈতে, মাই তৈবগ ফি নাম্নগ য়েক্লাং হাওরগ লোইরে হায়রনিয়ে। হৈনবিগদ্রাও ?

চাও : ইমৌ ওইরবদি নুপী, মরাল পূম্নমক ইমানীন উব য়াদ্রে লৈকাই-নসু উখিদনব ইমানীন খন্দোকপ তারে মাইখন ওইন। নমৌগি মরালবু লাক্তি্রু হৈদগি হোন নংন মাইক পায়দুন লাওব চুমব্রাও ? তম্বিবগ নিনীদ লোনচৎ ব্যবহাব, ধর্ম্ম কর্ম্ম খঙজবক্কনি, লাইরিক হৈবীনি তম্বিব বারোইয়ে।

থম : ঐখোয়ন তম্বিবদি য়াদন মান ঐখোয়দ ইরুজদন চাকথোংব, মেজদ চাক চাব, য়েরুম, য়েন য়ু, খৃষ্টান ধর্ম্ম, মাইদ পাউদব, চিন্বান্দ মুক অঙাংব তম্বিরব্রা কবিনো খঙদ্রি।

চাও : মান হৈবন মান তম্বিরব ঐখোয়ন হৈবন ঐখোয়ন তম্বিব হায়দুনি নুপী। নংসু অহল ওইরক্লে, নশকু চহি থর হম্ননব নমৌদে মাইম্নিং তৈব. কোক চীন য়েকপ থর তম্মু ; শক ফজহনব আইন কায়ব অরানব থবক নত্তে থরোমা।

থম : নচা নমৌগ পুকচেল তিম্নন লৈমিন্নজহো—ঐদি ঐন হায়ব মৈতৈগি চৎনবী রুহী, ধর্ম্ম কর্ম্ম কায়দন চৎলু হায়ব য়াদ্রবদি, তোঙান্ন চাম্ন হায়, ইপামদ চৎখি হায় তৌনি।

চাও : নমৌগ লাম্বা তৌগ্নন খৎনগদবগি লাক্তিঙৈগ্নন থাংজেৎ শেংতুন ঙাইরম্ৰা নুপী ? মতম তৌগ্নু, শোইদন যদ্দুমগনি, জ্ঞান ভাবী. লাই-রিক হৈবীনি, মৈতৈনুপীন মপা মপুগি চৎনবী খঙদব ফৌনদে।

থম : খঙবু খঙলম্লবদি মপোৎ মচৈ উল্লক্ক্ বসু ফৈনে ঙায়. নুপীমচা থরো, ইমা ঘা হায়গে. থুনদৌ। ঙাং কৌনবা লাইরিক ঙৈনাইবিরাও ?

থরো : করি হায়বগে ইমা লাইরিক হৈতবী. লাইরিক হৈবীশিংবু কল্লকপী।

থম : শাস্ত্ৰাব, যুথকপ লাইরিক হৈব লাইগু খঙদবশিংদ নয়ুম পানগে লাক্করিব অঙাং ঙহাক্ত চৎলু নং তাদ ক্নমারথোয়দ শেল পায়দব নবুংগি পাউ লৌরু, করম করম তোরে কোর্ট কানব তারম্ৰা হংউ।

থরো : তাদ কুমারবু ইনম্ম ওইদৌরিবদু চেনব যাওই হায়ম্ৰাও ?

থম : নুপীগি মমাদু নং তাদ কুমারন শেল পীনিংঙাই লৈতবনিন মচীন মেল্লগ উখোক তেন্দ পুন্দুন থনম্মি. নবুংখোয়ন নুপীদু থাংজুন পূরকই হায়ন তায়। ঘা থোক্কম্ৰা করিনো খঙদে, মবেল অমত্ত হংউনে।

চাও : শেল পায়দ্ৰব মতমসিদ থানা কোর্ট যৌনক্লন খৎনববদি হুমাং শৌনিদা।

থরো : ঐ চৎলুরগ হংলক্কে—ইমা।

থম : নথবাইন তাব লাইরিক হৈবী নমৈ লাক্কদৌরে শেল থিযু চানিংব পীজনব শেৎনীংইম্নীংব লৈবিদন নিপা নম্ৰাও।

চাও : মথোয়নীন থবক ফংদ্রি ফাওবদং মরম ওকপী লৌ উল্লকপী লক্ষ্মী নং থাকখো, কোম্ম শিংহনগে—ঐর পুথোকউ হায়রবদি হিঙ্গোলসি তঙ্খাই অম শোইবম ইম্নাকথুনবদ বক্কান থম্মুদৌব মঙায়। শেল লৈতব মুংঙাইতেদা।

থম : হিক্কোল ভাংনরব নোংম নোংমগি মমল হেঙ্গৎলব মতমসিদ কৈদৌন বক্কান থম্লদৌরিব—নোংম নোংমগি শেল শাম্নদৌম্নিব থবক শূনিং-

লোইদব নমৌ থাক্লবা? মতৃবু মুমাক্লোনন্দাও লাইরিক হৈবী মকুয়োক ?

চাও : মহাক লাকপদ ঐখোয় ইমুংসি মনি লোইবদৌন মশক্কে মহৈনে ইঙাল ঙাম্‌দোৗরিবনি। হিদোল বক্সান থম্মগ তুম্বা লেপশিনবসু নত্তন তোলোব চাগদৌবী শকহেনবী থাকপয় করিগি পাম্মুক্রদগে?

(থয়ো পয়প পয়প চেক্লকই)

থয়ো : ইমা ইমা. তাচৌখোয় লাকহৌরে. কোর্ট ইনস্মক্তন তাচৌদ লৈত্র-রদি শিনি হায়ন খুম্লদৈ থাদোয়ক্লে হায়। ইমা ঙানপ অত্তেকপকা থিক্লয়ো চাক খোজংববা।

চাও : খজিমোল, খজিমোলা! মুংঙাইয়েদা! ভেরীওদ। কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাসিনী বোল জয় রাধে, গোবিন্দ রাধা। হৌগংলু মুপী চাক থেংলে,মহাক মথে চায়ম-খজম খঙলমোই কুঞ্জ কুঞ্জদ কোইম লোংনব থানা থেংনদনব হোংনবদ। কুঞ্জে কুঞ্জে বিলাসিনী—রাধে···।

থম : মুপীমচা চংলু—চাখুম চংউ. ঐ মেঙ্গাং শেম্মক্কে। চেং ওন্দোবসি মুত্রেদা মোঙ্গু চাক কয়াম্বা চায়মদগে খঙত্রেদো। মেঙ্গাংদি পালদৈ হেন্না লৈরম্মোইসে।

চাও : চেংদু যাম্লপ হেক্ত ওন্দু থয়োমা. থবাই থয় মুংঙাইববদি ঐখোয়দি চাক লেমহনব পাংদব মী নত্তে। ঙা থোংউ, পান পীজক্ল।

(হাম্রাগাডী লাকপগি হোর্ন মখোল, গাডী মনিন তায়। মুং-ঙাইয়ব মুরদ মেওন যম্নগি ইশৈ মত্তেক অম তায়।)

নিগায়চা : ওদ বাই যম্নাম থারোবিব যাদে। হোয়েলদি মুমিদা· ঐখোয়দ মুক্ত হাখিব্রো।

মজায় : মনি, গ্রেশমু। . ওদ লক ম্রিশ।

কম্মা : থেক যু;

নিপা : চাক লাম্মরিনি দার্লীং ।

কন্যা : ঐখোয় ইমুংবু দিয়ার য়েঙ্গাং হাওগনব্রাও ? ঐদি ঙা অচৌব, শরেং, ৱোঙশ্ব চাগল্লিবো ।

নিপা : পাল্লা মাইরেল্লা খঙদে ইবেম্মা ।

কন্যা : নয়ুম য়োরক্লহুন নিপাগি হৌনবা থৌশারক্ত্রবাও ? কদায়নো নংন নখোয়দি চেং অয়েনব চাদে, ফৌ কোং অচৌব অম খিল্লি হায়বহুদে ?

নিপা : ঐখোয়গিনি হায়ব নত্তে, য়ুমলোন্নবৈ কোং অম ঐখোয় কোম্বোং মপান্দ থিল্লি,—য়ুম থিব ৱারোই হায়বনে । তো সিদৈ দোতাপা অচৌব অসিনে ঐন হায়বদো ।

কন্যা : নখোয় য়ুমদি আদৈ চরোংন কুপ্প ৱায়ুম অসিরা, নারক্তা কেকু লোংলিবসে ?

নিপা : মানি ইংগ্রে কালেন্দদি, জিখন কুপ্প য়ুমসিদি লৈনীংউন্নু নিংথমথাদসু ইংগ্রপোংনি ।

কন্যা : দিয়ারখোয়গি ফাদরগ মাদরগবু গৌডিয়া য়ামন তৌব্রা, চাব থকপ য়ামন চাওখংতব জাংলা ? হকচাং ফনব য়েক্কম্নু —

নিপা : মখোয়ন পাম্বু লীচং শাজং মখোয়ন চংচব, ঐখোয়ন পাম্বন ঐখোয়ন চংচব হায়বত্রনি । অহল্লোন নহারোম্নিদন দার্লীং ।

কন্যা : নত্তে. অহল্লোন ওইরবসু তম্বিব য়াব নহারোনগি অশিংব শাজং লীচং পাক পাক খুঙ্গংপ অমসুং মতৌ তম্ব ঙম্ব ওইরবদি ফৈদনা । লাইরিক হৈতব, বিজ্ঞানগি ৱা পাজব ঙমদব অহন্দি তিন্নব য়ামন ৱাইয়ে ।

নিপা : মহুগিদি ইমানী চংক্রন অসুম অসুম খর তম্বিরগ হেক্ত হৈরক্কনি । ঐখোয় ইমাদু থাইনগি অর্থ লৈত্রব চংনরোল খর থাজগল্লি । অহানবদদি মান হায়বহু পাক পাক হেক খেংকম্নু, তপ্প তপ্প নংন অপাম্ব লম্বীদ পুরক্কব তম্বিনব লাক্কৌ ।

কন্যা : অহুবুদি তম্বিগে হায়রিবনি, I am over ready to te.ch old women.

নিপা : Thank you darling. মতৌ য়েংহন শিংনে চৎলু, লাইরিক হৈবিনি।

চাও : ( অরাপ্লদে ) হায়, থমচেৎ। নচানিপাগ নমৌগ লাক্লে হায়, ওক্লরো লাকও।

কন্যা : ( লোম্ন ) দিয়ারখোয় বাবাবা ? ঐবু খুরুমজ্রাও ?

নিপা : চান্ন মথুরুমজ্রবসু নকোকতু খিৎতং নোল্লু, নকোক খুম্ব তল্লগ রুমান অম য়েৎশিল্লু।

কন্যা : কোকপুদি ফিতা অঙাংবন শম পুল্লিয়ে শাংব মাম্নব।

নিপা : অহু ওইরবদি য়াবনি। ঐখোয় father দি করিসু থিবিরোইদা, mother দি খর চেকশিল্লুকো থাইনগি মোদেলনি।

চাও : ( নক্ক ) লাও কাখৎলকউ করিমত হঙ্গোইহু ইমৌসিদি নয়ুমনি ঙসিদৈ।

কন্যা : গুদ মোর্নীং. ফাদ্রইনলো।

চাও : য়েস য়েস, ভেবী গুদ।

থম : ঙাইখো রুপীমচা বৃন্দাদেবী খুরুম্মখো হায়, ঐঙোন্দ কোম্ন মৈতৈরোম্ন খুরুম্মু—ঐদি ময়াংলোনকা হৈতে হায়।

কন্যা : নমস্তে বৃন্দা ঠাকুরাণী। খুরুমজরি অবোক।

থম : হো --অহুনিদনা। লাকও লাকও, সনামহীদ অমুক অহুদৈ লৈমরেন্দ মৈতৈরোম্ন খুরুম্মু, য়ুমশিগি মখাদ অহল লম্মনগি সেবা—নিংথিন তৌগ্নন মুংঙাইন পাঙ্গগে হায়য়ু।

চাও : ননেম্বোক চাম্নন লৈমিম্নজগে হায়ব অমসু মনিংশল্লু, কাম্নরকপ য়াই।

থম : খুরুম্ব লোইরগ নফি-নরোল হোংদোকউ, নথোঙ নখুৎ হামদোকউ, ইক্লমাইথজথোকউ।

নিপা : ইমা ঐখোয়ন শেৎলিব লিংজিব কিরোলশিংসি অশেংব ঙাক্তনি।

থম : নচিঙ্খিনু, থানা মৌরুরব, কোর্ট কারুরব নক্তি ঙাক্তনি, ইরুজরগ অশেংব হোংদোক্ত্রন চাও বৃন্দাদেবীগি মচুম থরুগ। ঐদি চাক চাদ্রিডৈদ ইরুজদব চন্দোল থিজব য়ায়োই থঙত্ত্ব।

নিপা : ইমা ঐখোয় ভাব তাজরে, ইমানী চাক্ত্র ঐগি কাসোমদ থম্বি-রম্মগ ইমাখোয় বাজিখোয় চাবিরুয়ো।

থম : সুপ্রীমচা, থরো! ননম্মগ নবুংগগি চারুক্ত নবুংগি কাসিদ থাংবি-য়রো হায়। ঐ নং বাজিগি লাই খুরুম্নব অক্লুক তৌরুখিগে চাথুমদ চংলকপন হাল্লনি ঐন কাক্লন লাই খুরুমহল্লবদি।

থরো : ইমা চাক পুথমদি অম থাংলি কমদৌনি?

অনৌবী : সুপ্রীমচা, নং তাচৌর্গিগ ঐগিগ পুম্ন হেক্ত খিরুকউ য়ানি। য়েঙ্গাংবু করি ঙা থোংবগে?

থরো : ঙাখা ঙমহায়গ পালগ থোংই।

অনৌবী : দায় হল্লেদা ঐদি লেকুনবন মহানি, বিস্তাহৈতন মাংনি।

নিপা : নখোয়গি পাল অরেংবহ্ নত্তে। ইরুজদন হেক্ত চারসিরা লাম্বন শিদোরে?

অনৌ : ইরুজহ্নন চারগ পান থোংববু হাওরকখিল্লাও, ঐ চাব হৌরুম্নগে নং লুজগে লুজরুচো লাইনীংবী মচা।

থরো : চাক থাংলক্লে ইনম্মা পুম্ন থিরে।

(থম্মি অক্তুগ চংখি।)

অনৌ : ঐ চাব হৌরে লাকচরো মিস্টর।

নিপা : ঙাইখো তৌহৈদে, ঐ চখোম অমত্ত হায় চাহৌখিগে ঐন নিপানে।

অনৌ : নহানবৈখদি সুপ্রীম্‌ নিপাগ equal rights-ঁন্ন হায়ত্নন চপ মান্নন চামিন্নরগ—ঙসিদি করিগি নমুমদ নংন হায় চাদৌরিবা? ঐ চারে থঙদে। (চাঁয়)

নিপা : তপ্প চাও হানি হায়। হাওব্রা পান ওইয়বসু লাম্বু লাম্বরদি হাওতব লৈতবনে। (চাম্রিরৈ ফু-ফা সি-সা লাওনা)

থম : (বা ভাংছুন লাকই) নিপাম্মচা পুথম পুরক্লে, মাগিসু থর থায়দোক্লগ চাম্রিরবো, নংন চাবগ অমত্থ য়েংহন লৈররিনি সে।

নিপা : নং ভহাক্ত পোখাখো, চাম্রিবর উগ্রবদি ইমান বা থোক্লনি। (লোয়)

থম : পুথমসিদ মাগি শরুক থায়দোকপিয়ু. নংন চাবগ মাবু ভাবোক ওইহল্লিবোইরে। হৈমা, নিপাম্মচা নখোয় ইরুজন্ত্রবাও ? চন্দোলদি কদায় ?

অনৌ : হমাংন মুংখ্রিবনি।

থম : হো, থায়দোক্লগ চাহন্নো। ঐখোয়সু চাকখিগে। করিসু হন্নোইগ্নু। হোরেল মুংদাংদি ভানপ অতেকপ ফংক্রবসু ফাবৌঙা অতেকপদি শোইদন পীজনি। থর হন্দোক্লগ চানৌ শোক্লনি নকমজে।

(চংখিব খোঙথাঙ ভায়)

অনৌ : নখোয় নমাসি ইবুংঙো বাবকপ বাদৌরিদা !

নিপা : থর লৈবগ ফবক্লনি দার্লীং।

অনৌ : ঐবু য়ুমদ হলহৌবন চুমগন্দ্রা।

(মমান লোয় ভায়)

নিপা : কৈদৌন হন্দোরিব সুক বান চেল্লক্লবদ ? ঐখোয় ইমাগ তিন্নব বানি হায়ব্রাও ?

অনৌ : নখোয় মাদরসি তম্বিব বাদোরি, "ইনকোরিজিবল ফুল" হায় ছুনি. থাইনগি মোদেলনি।

নিপা : ওবান ফবরদি বানিদা শেম্ব।

অনৌ : ঐ থাজদে. ঐবু চান্নব লৈয়ু হায়রবদি নখোয় মাক্মসি মপামদ হনজো। ক্তত্তেদা মন্থ ঐ লৈভবন ফৈদা !

মিপা : বাজিদো খায়নরো য়াগত্রা অমুক তায়খিগে। ঐগ নংগ খায়নদৌ শরুক দালাং।

( মমান খৌদেমগ শাওরপ চংখি—অয়াকপ যন্ত্রইশৈ তায়—পুখম লৈমাইদ থাদব মখোলন লোইশিনখি )

থম : ( লোয় ) খবোপা, মৌ অনৌবীদি লাক্কে, অঙ্গ মৌ অরিবী ঐদি ইপামদ হনব তারি।

চাও : করিনো কৈদোরে ? খংনব হৌরক্লব্রাও ?

থম : ঐগ তিন্নব য়াররোই, মতৈ-মনাও চাকলুক অমদ পূন্ন চামিন্নবে ইরুসু জদে চন্দোলসু থীন্দে, হেৌনব খঙদে ঐন হায়বঙমক তৌবে। মহৎদি লাইরহুন ( কপ্ন কপ্ন ) নচানুপান ঐবু মাগি নুপীগ তিন্নব য়াগ্রগ ইপামদ চংহলখিনি হায়রে।

চাও : ফাগী তৌনব ওইরিনি শাওখিনু, খর লৈরগ ফরকনি। চাক পূন্নকা মুন্ন মুন্ন চারহন মংখোয়নীদি য়াম্ন চান্নরিব বা ওইরে।

থম : অঙাংদি নিংথাদ খঙই হায়ব বা লৈ, ঙসি অয়ুক অনৌবীসিগি মশক মতৌ ব্যবহার, বাঙাং শাঙাং উব তাবদ ঐ খাবে। ঐ ইপামদ চংলনি থিনবিরো—চাকা অমত্ত চারবোই।

চাও : নংগিদু ইমানী পূন্ন চামিন্নদে হায়হন তৌরিব্রা ? নমৌ নুপীগি মতৌ তম্নিংলব্রাও ?

থম : ফাগী নত্তে ঐ ইপামদ চংলে, মখোয় করি চাতুন হি বগে য়ে গে ইতিক খঙহনগে।

চাও : চংলু অহুদি ঐসু নতুং ইল্লে। ( চংমিনবৈ ) কনামত তাক্লমগনু হেক্ক মাংখিসি লোয়। ( খর চংলগ )

খরো : কদাম্নদনো ইম্নাং বাজিগ চংলিবহবো চাকা অময়ত্ত চাদব মখৈ ? ( লোয় )

থম : নমম্বগ ঐগ তিন্নব মাক্লোইদোরি, ইমাদি ইপামদ ১০ নী ৫ নীদং লৈরুখিগে।

থবো : বাঙিদি কদায়দা ?

চাও : নমাগি মপামদ য়াওং ইল্লব তাগ্রে অতো।

থবো : অনু নঙ্গোয়বা মাতু ইল্লে, মখোয়গ লৈমিন্নব ওল্লি। চিঠি অমত্তংদি থনমগে। (অমুক চংখি)

(গীতবন তিংাত কাপই, অৱাব সুবদ)

নি । নুপীমচ থবো, ইমাদি ? বা খঙদেদা—কাকা পুরকউ নহায়। কদাংদ লে ? ইমা ! ইমা।

মৌ : নমাদ লুপা ১০ খক লৌ, মিনেক্লা য়েংদব কুইবে। য়াববদি শেলচু থব য়ায়, পোৎসু য়ামদ লৈদোব লৈ। (কোইন চংতুন থিনৈ)

নি । : কনামত লৈত্তেনহায়, কদায় কদায় চৎপ্রে ! থবো, ও থবো ! ইমা ! হুম' — ও ইমা !

মৌ : 'নখো য়দ বাই চিন্দনব ঐখোয চংলে" হায়তুন চেসিদ ইবিবসি নচনা শুৎ নপ্রা ?

নি ।। : মামা নহায় কবন্নো শেলদি নয়া পৈশা অম ফাওব পাযদ্রে। ইন ৫ ম মন লৈবম্ব য়াই, মথে যদ চংনব বসকি ভাবা নয়া পৈশা ১০ ফাওব লৈতে কমদোসে ? নঙ্গোন্দদি শেল য়াওদ্রবা ?

মৌ . কা চানংবন চুরু থ রু বনশিদোববনি, নয়া পৈশা ৫ ফাওব লৈত্রে।

নিপা • পোৎ-চৈ ছাত্রক ছভিক য়োলব য়াব কবি কবিদি লৈবি ঐখোয় ইমুংসিদ।

মৌ • চাক চরুক অনৌথক লৈবিবসি হোটেলদ পুতুন য়োল্লুসি হায়ববসু পাল অবেংবনি কনামত চাবিরোই।

নিপা : নখোয়দ চংতুন লৈরুবসিবা ? ভুহাক লৈবদি নুমিৎ তাবনি মরুপ মপাই থর চাক চাব লাকনি।

মৌ : ঐখোয়দসু ইমান শাওগ্রে, নংবু চংহন্নবোই। নং নৈহোয়ো, ঐ চংলগে—ইমানী থায়নয়সি।

নিপা : থঙজ্রেনে শেল লৈতবসিদ মহন ফগন্না!

মৌ : মহন কৈ, ঐ হন্নে ইবুংঙো, নম্না পৈশা অম পাম্মদবা। গুদ বাই!

নিপা : বাই বাই! ( চংখিব মখোঙ থাংব তায় ) (তহাক লৈরগ অন্নাপ্নদৈ) মেংওই দার্লীং! তোলোব চাব থবক হেক ফংবগ অমুক চেনসিকো।'

মৌ : ( অন্নাপ্নদৈ ) ইপুংঙো, পাল লেঙঙে!

( মু'ঙাইতব যত্র খোঙ্গোক্ন লোইশিনখি )

—লোইরব—

# অপণ্ড-থৌনা

## ( *Adventures of a son in-law* )

**লীলা মীকোক**



১। ওঝা তোম্লেন—মমাক ইবুংঙো চহি ৬২ রোম

২। ঐ···মুপা. লৈরেন—পণ্ডদবী, চিংনগনবী - ২৬

৩। ঐ···মকুবোক, তোকপচাং হঞ্জব, থাঙ্গগনব অহল - ৫০

৪। ঐ···মনেমবোক. হঞ্জবী লৈ: নমা. চাওজনীংবী ৪৫

৫। ঐ মশেন হৈতোন থাঙ্গনব. আশাচাউব—২৩

৬। তোকপচাং খুনগি হিদং, অতোপ্পমু মরৈমেৎকনব—৫৮

৭। চিত্রগুপ্ত –**Manipur news reporter** — ৪৪

৮। ছাত্রী, তেনবা বি, এ তম্মিবী — ২০

৯। ঐ—মপা কোইরেং এস, আই এসেম্বলী হোল O/C ··· ৩৫

১০। কেরানী বাবু, পাখঙ ১ — — ২৫

অতাং খরগ —



# অপঙ-থোনা

—:(*):—

*A radio play of 30 minutes duration*

**লাওথোকপ :** অপঙথোনা লীলাগি নায়ক ওইরিব মমাক ইবুংঙো তোল্লেন. মনেন য়োক্লন ইম্ফালদ লৈরম্মি চহি ২০ শুব কাওব। মেট্রিক ফেল ওইবদগি ওঝাশিং অমদি সমাজবু শাওদুন ইম্ফালদৈ চৎখি লাপ্লব লোৱাই. পাৎয়াদ তাব তোকপচীংদ। চহি ৬ অঙাংশিং লাইরিক তম্বিহন লৈরগ খুলগি হঙ্গবৈ মচানুপী, পঙদবী লৈবেন লোৎপি লুহোংহন। মযুম পানব চহি ৬ শুবে, মচা ২ নুপীঙাক্ত মমিৎত উবে। ওঝাতোল্লেনসি পঙব্রা হায়রবসু ওক্লব ৱাখল অনৌব থনব উই, শিংব্রা হায়রবসু পঙলব থবক কয়া তৌথোরকই। লোৱাই মচা অমদ, য়ুমগি ৱাখন্দ কুরু শুংদুন লৈব তল্লক্লে ওঝা তোল্লেন। মাবু থীন তৌখিব ইম্ফাল সহর দিগ্বিজয় তৌব চৎলনি হায়দুন শেম শাবে। মহাকপু য়োকপিখিব লোৱাই খোঁৱাইবু চাওখৎহননব মনিপুর স্নালৈবাক অমুক পূমশেম শেম্মগে লেপপ্রে মমাক ইবুংঙো তোল্লেম।

( হজ্ঞ লোইবগি মোইবুং খোংব মখোল তায় )

**অতোলম্ :** মাংদ চৎলিবী শকহেনবী নংবু, ঐখোয় তাদ হঙ্গবন পোকপ লৈরেন নত্রাও ?

**লৈরেন :** মানি খুড়া হিদং, করি ওইরবনো ?

**অতোল :** হজিক মোইবুং খোংখিবস নখোয়দ নত্রা ? মনা হুৎপ, লুগুন থাংবগি যজ্ঞ লিংখৎপ য়াওব্রা ?

লৈ : না হৎপ লুঙুন থাংবৈদি নত্তে, যক্ত মচা অমদি ঐখোয়দ লিংখৎহৌই, খুডা হিদংন তাবিরবদি ফন নোক্লিংনি।

অতোল : আয়, আয়। কবিগি যক্তুনি হায়বগে য়ুস্ফাল মচাদ ওংবী লৈহাও লৈরেন মানবী ?

লৈ : খুড়াদি করিমত তাবিদ্রিব রা ওইবে, তোকপচাং পূম্নমক পূম্নিল নিল-বদ ? ঐখোয়দ লৈব য়ুস্ফালগি মমাক ইবুংঙোন্থু য়ুস্ফালদ চম্নিংলত্রা করিনো মতাং অনৌব অম তৌবে।

অতো : হায় করিনো মতাং হায়বদে নুপীমচ ?

লৈ : ইস্ফাল সহবদা দিগ্বিজয় চংকনি, মঙ্গল ওইরকুব থৌদোংব হৈব মকুবোক মনেমবোক থাজগনব অপঙব অহল অনীন যক্ত তৌরিব, ওসি নুমিৎ চপ য়ুংবদ যাত্রা ফৈ হায়দুন চৎকনি হায়রি।

অতো : তাদ হঙ্গবন ওরাং পাৎপান্দ উম্নবদ ঐবু ওসি কোইথোরকউ হায়-রম্বদি মহুগি ওইব তারে। চৎলু, চৎন চৎন বাবী শাসি। বামায়ন মহাভাবতকি বাবীদ রাবণ, লক্ষ্মণ, অর্জ্জুন চৎখিব দিগ্বিজয় অহু-গুম্বা ওইব তারেনে হা ? নরাইবক ফৈদা পাথৌগি নুপী ইবেম্মা। নমিং চৎতৌরি। লাম্মীদি লিশাং কয়া পুদৌরি, খুৎলাইন করি কবি পায়নদৌরি ? ইস্ফালদি সহবনি জ্ঞান লৈব লম্নিদো। ঐখোয়গি য়োৎ, থাঙ্গোল, তি, নৌ, চা-ফানব শোই, লু, লাংদি—মখোয়ন কর্রিসু লৈতন উরম্নিদো হা ?

লৈ : ঐখোয়গি হৈতোর লাম্মী ওইতন মতুংইম্নি, য়ুস্ফাল নুপী মশক ফজথ্রবী অম মাগি থিবিরকনি হায়বহৃদ মাদি ফন হরাউরি। ঐখোয়গি হৈতোর পুবগে হায়ন পুরবদ খোইজৈ মণ্ডায়, শোরারু কবোরু পুবদি ওরি।

অতো : য়ুক্সাল সুপীসিবু থোই চোগ্গগ কাব য়াই. শোয়াক্ক কবোক্কন ফাবদি বানি হায়নত্রা মশেন মবাইন বায়ী শাবদা ?

লৈ : খঙদেদা খুড়া হিদং, মমাক ইবুংঙোন মপ্লোং হুক্তবনে, ঐখোয় বাজিগ ইমাগন পঙবনে, ঐদি তঙ্গত্রে। থবক তনব, বায়েম ঙাংব হৈব য়ুক্সাল নিপান ঙাংবদ মতিন কুং কুং য়োংতুন তাজবগি ঐগি ইপবা হৈত্তোন হায়ব অঙাংসিসু কপা ফংলে. য়ুক্সালগি মশা নানবী লৈম অম লৌয়গ লাইরৈবাক্ত মুংঙাইন পাল্লুবগি মঙদ লুপত্রে। ঐন ফন মিকপ থোক্লো হায়দুন মশেন মবাইবু হৌদোকপি. তাবিপোৎ নত্তে। ইমাগ বাজিগন মমঙহ্ কায়নব হৌদোকলকপ য়াওগেদি হায়দন "হয়-য়, হয় য়" হায়দুন তখিরিব ময়ল তপ তাবমথে য়াংজগে হায়হব।

অতো : মশেন মবাইবু ইক্সালদ দিগ্বিজয় চৎপসি লুপা কয়ামুক পুনি হায়রি ? লাশ্মীথি য়ামদবনিন চেংচাক্তি পংপু পুত্রবসু য়ানি। য়ুক্সাল হায়বহ্ ঙক্তি ঙকত্রে হায়দা, চাক য়েঙ্গাংব দোকান ফম্মগ অথোংব ওইন য়োল্লি হায়নে।

লৈ : অহৃমন হায় খুড়া, মখোয়গি হুই তল হায়বত্নদ—ঐদদি হঙ্গোইজৈ, চাক চাব ঙম্মোই শেন্দোং য়ামন পাম্ব মীন য়োল্লমগনি।

অতো : মখোয়গি হুইতন হায়য়িব দোকান্দু হাওদি হাঙমানে, য়ুক্সাল কাক্কব নহায়োলন ওইনয় তখি। শেল্লা পুখিবমথে হমক্তে হায়নৈ, মখোয়গি য়ুক্সাল হায়বহ্ শগোল থাকপদোন তৌই. শেল য়োংলি, শঙপ ফাওব শায়দে হায়নৈ। ঐসু অমুক্তদি শ্রীগোবিন্দ খুক্কম চৎনিংবনি, অহৃসু ইবেম্মা লবীদ ফুম্বিংথাউ কাত্তি খেংনত্রা হায়-বগি কিবন চৎচন্নবনি।

হঞ্জবী : ও মুপীমচা, লৈয়েন। নখোঙহ্ থয় কয় থাংলকউনে নংবো,

চাগদবা থক্কদবশিংনা য়ান ঙাইহৌরিব, মৈবা চৎপা নংনা করিদ মুং-ঙাইত্রুন ইংন হল্লকইবনো ?

লৈ : মনা অকংব অথুইব ঙাক্ত ঙাইদুন অনাপৈশামগীদৈ লৈবক্কে মনাকান। চুরুপ অঙাংব য়াওদত্রুন ঙাংবম দোকান যৌরুত্রুন তপ্পিবনি।

অতোল : ইতৈমা হঞ্জবী, নয়াইবুংঙোবু ঙসি য়ুম্ফাল কানি হায়ববু শোইদ্রবাও ?

হঞ্জবী : শোইদ্রে, হৌজিক চৎগৌদোরে। ঙসা কুং চংউসিদনা হিদংসু শুলগি অহল ফম্মাইব অমনি।

অতোল : কবি থবক্কিনো ঙা ললোনব চৎহনদোবিব্রা।

হঞ্জবী : কদায়দৈনো হিদং লৈবাক শেম্ব চৎতৌবিবনি, লবাই, থবাইগি প্রজা পূম্নমক নুংঙাইনব ইম্ফালদ লান্দাকাদৌরিবনি। থাং তেন নোংমৈ য়াওব লান্দি নত্রে মশেন মবাইন চংতোবিব দিগ্বিজয়সি। ইম্ফালন তৌনিব অবানব থবক ময়ামত্তু ঐখোয়গি নয়াক ইবুংঙোন লাইবিক ওইন লেংদুন থগ্নে, মত্রু পুংথাক্তুনা মরৈ য়েংনকনি। মত্রুদনু মতাকন মমাই পাকচবরদি মন্ত্রী হাপখিব য়াই, লৌবাই থৌবাই পূম্নমকসু নুংঙাইব হেক্কংলনি মতম্ম তৌববদি।

হিদং : চুম্মি নয়া ইবুংঙোন ব, ঙাংব ঐ ত রে মরৈ কল্লি, মাবু লাক-চগদব নিপা নুপী ইম্ফালদ পংয়াম য়াম্মোই।, শেল পাম্মুব য়াদে, চৎসনু হঞ্জবী ইতৈমা। থুঞ্জা মগামদৈ শেল থাগৎলগ অঙম্ব খব ৫ খুডদে ১০ খুডদে পানবনি।

হঞ্জবী : মাইবীনসু কুইরে মমিং চৎলু হায়ব লৈ চতি ৩২ শুবকপদ হায়ন ফাওখিব। মতমত্রু ওইববনে।

লৈরে : মাইবীন ফাওব বা, অমসু অমসু ওইব য়াব বা. অত্রুগ ইম্ফাল মচা মতৌ মাল্লিংবন লৌবাইদ তৌবব নাপল পংলো লৌরুত্রু ইমা। থবক শূনিংদত্রুন ইম্ফালদ মীগি মতৌ য়েংব চৎনিংত্রুন তৌবত্বসু য়াইকো — হা, খুড়া হিদং ?

অঙ্গো : করিনো ফাষ্টদি ওইরম্মোইদা ঙৈরেন। খাজদব ভোমু ইম্ফাল মচা লাইনিকো। য়েংবদ কল্লু, থৌরাই য়াওন হৌরকপ থবক্ত মৈখাইব চুমদে।

( সনসেম্রহান উখোঙদ বাশী খোংব তায়, মুংশা কল্লব মুমিং মুবে মতমদ কাক অমনা খোংনাং মভোম্ব খোংই )

হঞ্জব : তোকপচৌংগি খুঞ্জাশা। হঞ্জব ঐন হায়রিবসি থাজৌ ; নংন নংন ওন্ন শেল খায়গৎলু, নখোয় ঐখোয় অরাপ্প চীংমা তময়াদ লৈব পুম্নমক্কি কাম্নবব থবক্কি, হন্দক ঐগি ইমাক নিপা নখোয়গি ওবা তোম্বেন্দ্র য়ুংফালদ কাহুন লৈবাক শেম্বগি বা ঙাংনব চৎতোম্বিবসি। মাগি মহৈ মশাং, মতিক মগুণ নখোয় খাইন খঙইবক্সনি, মান হৈতব অঙ্ক পাটিগনিত্ত য়াওদে. লাইরিক্কি জাৎত দেশনায়ী হান্নবতুন লোইরবনি খঙহৌ, মতুগুম্ব দেশনায়ীছ মান হজিক শূম্রিব শামত নত্তে পোৎমনি। হন্দক মান ইম্ফালদ দিগিজয় চৎতোম্বিবসি ময়ম্নাইগি নত্তে, লৈবাক খুঙ্গা ময়ামগি য়াইফনবনি। লুপা ৫০০ পুনি হায়রি, ঐন পুথোক্কনি। লুপা ২০০ য়োমদি খুঞ্জান খায়গৎপিরগ হজিনবিবক্কনি নিংজৈ। ঐন হায়রিবসিবু কাম্নরব্রা ইবুংঙো হিদং?

অতোম্বম্বু : তোকপচৌংগি হিদং অতোম্বমু ঐগি বাদি তাধন হঞ্জবন তাকপিবিবসি য়ামন ফজগ্রব বানি। খুঙ্গা ময়ামগিদমক মমাক ইবুংঙোন ইম্ফালদ দিগিজয় লেংগদৌরি, লুপা ৫০০ হঞ্জবন পুথোকপিদোরি—খুঙ্গা ময়ামন থায়নরগ ২০০ হজিন্নকউ হায়বিরিবসি লাইবক ফবনি। কানবু কাম্নরবদি ময়াম্মক হয়াউ হয়াউ খায়নবনি নিংজৈ। এঃ, মমাক ইবুংঙোমু লেংথোরক্লে লুক হাব লোইহুন করি করি মথেল ওসিদি হাওরিবিনি?

তোলেন : খুড়া মথেল অনীদনি ; মাইয়েনগ পোম্নোমগ খোংব অম, ওক্রোগ পানগ খোংব অম।

অতোন : ইস্কালদ কারগ মমাক ইথুংঙোন তোকপচীং শেমগৎনব ঝা ঙাংনকদোবসি কনা কনাগনো ?

তোলেন : ইঞ্জিনিয়ারদ চৎলগ লম্বী-থোঙ শেমহন্নব ঙাংনরুনি, ইস্কালদ মক শেন্ন, অরাপ্প লৌয়াই থৌরাইদি শেম্বিদোবদ মালহনব, শেমদি ইশেম শেম্বিদব কবিগিনো হংউনি। তোকপচী দ ডাক্তবখানা অম লিংখৎনব ঝা ঙাংনরুনি। লাইবিক লাইশু তম্বিবৈ লোইশংদ চৎলগ ইস্কাল মচাশিংবু লাইবিক্ত তম্বিব লাইশুদি খঙহন্দব, থবক শূহন্নিংদব. অহাওবদ চানিংহনব, অকেব অনানব কাম্নদব ফিজেৎ লৈতেংদ পামহনব, অবেন্ন কুম্মৈ ফিহোং, সিনেমা লীলাদ শেল অমসু মতম অসুক চাদিং তৌহনব কম্নিগিনো অবানব লাইবিক তম্বিবননি হায়রুনি। মখোয়, ঐগ পেংনববদি খুম্ন খবদি ঝানি। ( মম্নামন খুবাক খুই )

অতো : মমাক ইবুংঙোগি নতিকচাব থবক্লি। ইস্কালসু লৌয়াইসু মনিপুর মচা ঙাক্তনি, খাজনা থিনবিব ঙাক্তনি। ইস্কালবুদ শিংহন নালহন, থাংমৈ অঙানব থালহন, অহাওব চাহন চীংয়া তময়াদ লৈব ঐখোয়বুন থবক্ত শূহন. অনা অয়েক তৌহন, লাইবহন, পঙহন -ধর্ম্ম নত্তব থবক্লি ; মমাক ইথুংঙোন তাকপিব চুমই।

তোলে : লৌয়াইগি লৌমীন উব লোগি চেংদি অহাওব মচঙ মখৈ মখোয়ন চায় —, পাৎতৈ ঐখোয়ন কাব ঙা অহাওব ফত্তবমখৈ মখোয়ন চায় ঐখোয়ন চীংদে য়ানব শীঙ, উ, ঝা, লী মখোয়ন অয়াম্ন শিজিন্নৈ মমল খিজিক্তং পীবগ,—মখোয়দে ঐখোয়ন লৈব তেবশীং, থুম, ফিরোল শেংন ইম্নবন তাংহল্লিবদি অঙকপনি। মসি চুমখোক্লদব য়াত্রবনি খুড়া। মখোয়ন মথুকচেল ফগৎপ ঙম্মরোই হায়রবদি লৌয়াই ইস্কাল তোঙায় চানব তায়, চীংমীশিংগ ঐখোয়গ পূল্লগ ইস্কালগি থাংমৈ মুথৎপ তায়। মম্নায় খুবাক খুই )

হঞ্জব : ভাইখো অঙাং, ইস্কালদ সেক্রেটরী কয়াখো লৈ হায়বত্রু লৌবাক-পিস্রু সেক্রেটরী অম হাপ্লিয়ু, নহাক ওইজগে হায়রূন ভাংনব য়ারবদি ওইরৌব ফৈ, ভম্মোই তল্লিকাদি হায়কস্রু।

তোলে : ঐ ভাংনজবক্কে ইকুবোক, ঐদি লম্নাইগি বাদি থোইনবু থৌ-শাজদে—চীংয়া তময়াগি ইপা ইপন ইচিন ইনাও ময়ামসিন নংন-য়িব বানয়িবসিদবু খব কোক্লবদি—।

হঞ্জবী : বাবীদি মুংঙাইবি হায়ববু পাঞ্জিন পীব যাত্রাগি পুংভমদি য়োঃরেদো নিপাম্মচা

তোলে : অবোক চংনব তৌজয়নি। হৈত্তোন নংবু নফি নরোল শেংপ লোইরত্রা চংসিনে থেংগ্রে। পংকে কেস্নু ইস্কালন মতৌ তম্মি হায়নি—থোরকও।

লৈবেন : কা অতপ্প অসিদ লৈরে। চুরূপ অঙাংবদি উপু অনীদগি হেন্ন লৈব ফংদে।

তোলে : ফবে, য়ুস্কাল য়োরবদি লৈনিংবমথৈ ফংনি। কবিগুরু ইরাইবক ফজুন থবকন তান চাবংদি হৈত্তোন থাবক্কে নংসু অবোকখোয়সু লোইন ক্ষাবকউ - য়ুস্কালদ মতম খর লৈক্লব ফওব নত্তে।

লৈ : য়ুস্কালগি অথুম অহাও চাক্লবগ ঐখোয়সিদ হল্লক্লুব মরোইন থাও ভৌদব পাল মাইধেল চাবদৌব তল্লকপ ভাংলাও ? খঙদ্রপোংনিদা।

তোলে : ঐবু থাইগি মীচমগুম্ন শনগমু লৈবেন, থুপ্পীমচাগি মমা, ঐ লাইন থারকপ ইমিং চংকদব নিপানি, চংলিব লামসি লাইতাক্কেনি।

লৈ : মঙদ ওইসনু তাইবং শেম্ব মপুংগি থোজালনু। শোইদন মাইপাক-পিরকউ অথৌবা।

( Soft music followed by the noise of, Town life bus and motor horns, cyc'e bells, norning 10 am. Students officers rushing to School offices. )

তেনবা : তা কেরানী নংবু মঙলান্দ লৈবগ তাইবংপান্দ লৈকা কনাব মুংঙাইবগে ?

কেরানী : নংবু করম্বদন মুংঙাইবগে তেনবা মানবী লমঙানবী ? নংগি হায় তাখিগে ?

তেন : মঙলান হায়বসি কুইন চৎতে, ঐদি তল্লি, তাইবঙপান্দন হেল্লি মুংঙাইজব ।

কে : পুলিশ সবইনসপেক্টর তলব চাউন চাব, শেলসু য়ামন থোকপ নপাবুং লৈবমিন ইবেন্মা নখোয়দি তাইবংপান্দন মুংঙাইনি ।

তেন : তলব য়ামন চাব হায়বদি হায়য়ু, শেল য়ামন থোকপ হায়বদুদি মীন তারগ ফজদে । পাবুংদি শেল অয়েন্দ্র চাদব কুইরে, এদেম্বলী হোল পুঙেদগি ফুমদ ফিমু শেৎপ কনামত লাক্তে, ঙা ফাওব মনীং-থোঙ, চাথুমদ চারদ্রে । করি মঙলান্দ মুংঙাইবিরিবগে ?

কে: ঐগি মঙলৈবান্ত লিংথোগি মজাইবেম্মাগুম্বী বাকোং তেনবা, থোইনীং ঙাম্ন থঙোং মানবী মশক মতৌন, য়াম লৈত্রেদা মনা ওইন পীনব মতিক চাব পাথঙ শিংজক, করিগুম্ব হিরমদ তারবদ মকোক ওই-রকপ থরগ ।

তেন : করি করি হিরমদ তারে ? মনা ওইন পীহনদো শরুক ঐদি তারবক্তদ য়াওনীংই ইশান ।

কে : লমজেল, বোক্সিং, শাম্নব মথল মথা কয়া, ইশৈ, অগোয়- লাইয়েকপ, লাইরিক হৈব, লাইরিক লেংব থঙদে থাইন লুন তৌনব করিগুম্ব হিরমদবু মকোক ওইরবদি তেনবা মানবী নংগুম্ব অমদি শোইদ্রে ।

তেন : নমঙন্দুদ তাকেরানীদি করদ মকোক ওইহন কনা ফংখি ? ঙা-রাকপী অম কাও থুংবিদ্রাও ?

কে : ঐদি চাৎলেংদ হেক হেক থথহৌহুন মনা অমত্ত ফংদ্রিবনে। ঙহাক্ত সুম্লাইদ ঙাইরম্মু, নির্ম্মলাদু লাইরিক তম্ব কাম্মিমসি হৌবিরকউ হায়বনি ।

তেন : থীনকর কুইন লেম্ন তমি. মঙদ কাও মাইথীবাও।
( cycle bell ক্রিং ক্রিং থিংই, rickshaw ন পি পি লাওই। )

নিপা : হায়, কবক্ষ নিপানো ? লখীদবু কাম্নল তুরল চৎপসিবু গাডীন তকওইদ্রাপ ? নমিংতু কবিদ মেংইবনো ?

তোলেন . হৈতোন ঐবো নমিং চোইন্নু. গাডী কুংই ইস্কাল য়োম্নবনি। খোন য়াক্লখেদা ইস্কালসে ময়াংকাকৌনা। মখোঙন চৎপসু তম্নরে।

হৈতোন : ইস্কাল হায়বসিদি ইবাই ফজখ্রেদা। করিনো লাইরৈবাক্লিনা। কন্তিমালান থঙনি।

তোলে : কদায়দ কবিদ ফজরিবনো লবাইগি লাইরব তমত্তুন চারগ মমাই লংব মশা নোইব লম অসিবো ?

হৈতোন : মখোয় গুবাইগি মুপীশিংসিন শিঙেল নৈরাং ঙাক্ত মাল্লিবসিবু চেংঙৌ চাব, য়েঙ্গাংদ য়াঙং য়োরোক য়াম্ন থাক্তুন চাবনরা ইবাই ? তোতি ঈশিংনরা ? ফজখ্রেদা।

তোলে : মখোয়সি শজোমন শাব রসগুল্লাগুম্বনি, নখোয় পাৎকি ঈশিংদ লোংখোম্নব থাদরবদি ঙান চাখিত্তুন তোক্কনি, চীংদ শীঙ চল্লুচো থাখিবদ মক্টী ওন্দুন চীংখাদ চেন্থখিনি।

হৈ : শিদ লেপ্পিবীসিদি তেনবা মাম্ন ফজরেদা, ফুমগি অক্লাদ খোংজী শিবিবগ পুন্দুন থম্বদ য়েংব নুংঙাইখ্রনিদ।

তো : মঙোন্দৈ হেম্ন ফজব পিকথম্ন লৈবমখিনি, নমিং থকমু, চাদৌমখৈ য়েংব হৌনদে, চৎলু।

হৈ : মঙোন্দৈ হেম্ন ফজবী কা পামজদ্রে মপোকলিমদি মাবু য়েংবদ কোম্নবনি, মমিং মথা অমুক্ত হংবিমু, ইথলাইন পামজরে ইবাইইমুঙ্গো।

তো : শকহেনবী ইবেম্মা নহাকপু লাইয়েবাকি নিঙোম্মা ? কবক্ষ কোম্নুদ ঙানবীবগে ? মিংলেম তিলোত্তমা নত্রগ উর্ব্বশী কৌবিত্রা ?

তেনবা : তেনবা মানবী ভম্পাক লৈম কৌই ইমিংন. মুম্না আদ উগ্নিব চেক্তি মুব অসিনি, ইপান পুলিস এস আইনি। খুডা থোইবু করি লমদৈনো ? ইকালদ লম য়েংব, নুপী অঙাং য়েংব কারকপ্রাও ?

তো : ঐন তোকপচীংদৈ লাকপনি, মাইল ৪০/৫০ লাপ্লে, ইম্ফালগি অপঙবশিংদ লাইরিক তম্বিগে কারকপনি, মনিপুর পুম্নমক মুংঙাইনব লৈবাক অমুক শেমদোকপ পাম্মি। অমসি হৈতোন কৌই ইশেম্নি, মাগি নুপীমচা অমত্তংগ থিবগে লাকপনি।

তেনবা : ওঃ তাকেরানী! পরপ পবপ লাও।

**Come quick, here is fun, you would like.**

কেরানী : ( চেম্লরুগ ) **What is the matter ? What fun ?**

তেনবা : য়েংওই, খুডাসে তোকপচীংদৈ--ইম্ফাল তম্বিব লেংলকইব ওঝানি, মনিপুর শেমগে কারকইবা।

তো : ইমিংন ওঝা তোলেম কৌজৈ।

কে : **I See। Don quixote De-La-mancha.**

তেন : অহগ তাইবুঙো অমসিন ইম্ফালদৈ নুপীমচা অম থিব লাকইব— মশেন মবাইনি হায়।

হৈ : ইমিংন হৈতোন কৌজৈ, তোকপচীং হক্সব ইনাক থুনবৈ মচানি।

কে : **O. K., Sanco Panza.**

হৈ : ইবেম্মসিগি সঙ্গাইদ:নুমিদাংবাই হিদাক ঙাম্বক অমকা থকপ লাকচব য়াগম্না মরূপ ইবুংঙো ?

কে : **Why not ?**

হৈ : হবাই মতোন হায়রবা ?

তে : অঙ্গে করিগি য়াদদগে হায়বনে।

তোলেন : মনিপুর শেম্বগি বা থয় ঙাংবনীংঙৈ, ইম্ফালসি লম য়ামন হেজে, লাকপ কনাম ওইরিবগে ?

কেরানী : লৈবাক শেমদোক শেমজিনগি বা ওইরবদি খৈদেন ময়াদ লৈব মনিপুর পাউজে লোইশঙদ চংলগ হংবিক।

তোলে : হৈতোন নখোঙ থাংলকউ, নমিৎতু 'অর-তিতি' খঙহল্লু। চহি ১২ সিদ ইস্ফালসি মাংলমদোরেদনা! মপোঙবু থাজদহন পেং লাওবী তোংলে, মমাই পামজ্রন্থন উফুলন খুম্মে, মচু শংলে।

**( Gay soft instrumental music stopping abruptly followed by laughs and claps. )**

চিত্রগুপ্ত : মনিপুর প্রেশ রিপোর্টর চিত্রগুপ্ত ঐন হায়জরিঃ নোকমু ইস্ফালগি নুংশিরব লৈবাকমচাশা, বাখল তৌবিয়ু। শ্রীতোলেন অমসুং শ্রীহৈতোন হায়ব পাখৌ মাইচৌ অনীসি তোকপচীংগি মহাদেবন ইস্ফাল শেম্মু চংলু হায়হুনা সাক্ষাৎ থারকপ ওইরমসু মাই। মমাক ইবুংঙো তোলের হায়রিব বাশিংসি খন্নব য়াব বা ঙাকনি, কাগি ওইন লৌবিদোব নত্তে। ঙাংবিয়ু ওঝা তোলেন, মী ফন য়ায়া তিল্লে। খৈদেন ময়ানি, ইস্ফালন তৌরিব অরানব ময়ামছ অমুক্ত ইস্ফালবু খঙহল্লু—। ইস্ফাল মচান জ্ঞান তাদন মনিপুর চাওখৎপে থবক লৈতে. মনিপুরগি চীংতম পুম নংমিন্নদৌরি।

তোলেন : থাজবিয়ু হৈরেবাক মচা পুম্নমক, ননাই ঐহাক তোকপচীঙগি মহাদেবন ইস্ফালগি মরাল চুমথোকউ নত্রবদি মনিপুর নংব তারে হায়হুন থারকপ পাখৌ অমনি। ইস্ফালদ লৈবশিংন ইস্ফালগি মতৌসি মিংশেল য়াওদবন উবিদ্রে। অরাপ্প লৌবাইদে লাকপ ঐদি ইস্ফাল উবদ কপ্পিংলে। ইমফাল মচা নানদ্রে, ফজদ্রেদা, থবক শুরম্নি থাজদ্রে। অরেম্বদ শেল য়ায় তিংহল্লে, লিক-কোল, ফি-রোল, হরাউ কুম্মে, বারেম খৌরেম মতম মাংহল্লে; মীব কেথোক-হল্লে, ভলহল্লে। তোকপচীংদ জীপ, কার, ফিগে ফনেক, মুগা

ফুরিং, মারী, মক্সিমুক্তা, লৈতেং থোশানদে। ইম্মদনব ফি রেলাল মীয়াম্বাংদ কাবক চৎথোকপ যানব খরদমক থয়ে। লীলা, সিনেমা, মিঠাই, ময়োই ভিরেলো, বিজুলী-থাংমৈ, থোংউপ, চা হোটেল, সিন্দুর পাউদর, চাক ভুম্নব, অতনব ফনব, ওক্তব হেয়ব হিদাক লাংথক মাওদন অচুম হিংবৈ। চরা অনীরক চাব ফংনব থবক কয় নোয়ব্রেদা। মনিপুর হায়বসিবু ইম্ফালদেরাও? চীংমা তময়া লোবাই অরাপ্পদদি মনিপুরগি মচা নত্রব্রাও? ইম্ফালবুদ অশেংব মচাগুম মনিপুরন হোৎনবসি করি ধর্ম্মনো? অরাপ্পদ লৈব ঐখোয়বু মনিপুরগি মচা নত্রব্রাও? চাওথৎনব, ঐখোয় চাংলৈবাক ওঞ্জ-গ্রগে? ঐখোয়ন উব লৌ, ফাব ঙা, যাম্নকপ শাঙ ইম্ফালন পাম্বিদব গুজব্রাও? ঐখোয়গি ইত্তেং পাম্বিরবদি ইরাসু থর লোখিরো। ময়া অমত্তে মচা ওইরবদি ওইজ ওইথকসু, অবা অনাসু মাল্লন ফেমসে।

( মতাং মতাংদ মী থরন থুবাক থুই )

হে ইম্ফালগি লাইমচাশা! লাইরিক হৈবন অয়াম্ব নত্রাও? ধর্ম্ম অচুক লৈতব করিগিনো? 'মিঠ্যা কথা বলা পাপ" ওইদব ঙাংব পাপনি "যথা ধর্ম্ম তথা জয়" হায়ব খাজবিদ্রা? ওইদব, অবানবন অচুম্ব অওইব শাব পায়ব করিগিনো? ইমফালসিবু 'হিতোপদেশ" তমকত্রাও? বিচার লোইশং, ডাক্তর খানা, ইঞ্জিনিয়ারিং, ইদ্ধ-কেস্যন······অফব অচুম্ব তোরোইদব ওইরবদি মুথৎপিরো। উকীলন কনখিনি হায়তুন মীগি চাকলুক্ত খুজাই থাংজিনব কিনদ্রে, ডাক্তর লৈ হিদাক্ক ফহনগনি হায়তুন হকচাংশি লমচংকি নিয়ম ভাঙদ্রে, চাব থকপ, য়েংব ভাবগি কাংলোন কিনদ্রে। লোবাইদ থোঙ মচা

অমত্তং শাবিয়ু চায়ন লাওবদ চহি ৩ চংই, শাবিবদ চহি ৫ চংই। ইস্কালদ শেম্মিব লম্পী-থোঙ. শারিব য়ুম, দলাল ময়ামসি ঠিকাদার অমসুং ইঞ্জিনিয়ারিং চাওখৎনব শেম্মিব্রাও? মনিপুরগি মাইথোঙ ইস্কাননি চায়ত্নবু মাইদ পংতে তৈরগ কলাপ্ত লৈখোম, খুজিন্দ ককই চুরিবসিবু ফজরিব্রাও?

(খুবাক খর খুনৈ)

চিত্রগুপ্ত: তস্কাখুদোপ য়াইওইবন লংলগ থোকপগুম লৌবাই পুম্নমক মতম অমত্তদ শেমগৎপ ঙমদবনিন থৌবালগুম্ব, মোইরাংগুম্ব মথং মথং শেম্মকইবসিনি মহাদেবগি মনাই ওঝা তোলেন।

(খরন নোকই)

তোলে: ঐথোয়গি খুলু চহি ১০০ গি মতুংদ শেম্বিগে হায়রবসু মরক অসিদ চাকতদি ২ রক নোংমদ চাব ফংনব। নিংথমথাদ কৈজুপ ওক্লব খাকপিয়ো হায়জরিব, ইস্কালন তৈরিব পাউদর অমদি থাও মনম মুংশিবদু খিজং হম্বিব য়ারগোইব্রাও? পোথয়েন, শেনয়েন খর ফজদে, ধর্ম্ম য়াওব্রে য়া লৈবাক মচাশা। অসুক মীচং মীখায় ন।ইন থীন ।য়নবিদোব ওইরবদি ননাই ঐ লৈবাকসি অমুক্ত শেমগৎচগে, ফজন য়েঙ্গগে। (খুবাক)

চিত্র: ওঝা তোলেন, লৈবাকি মীহৎ ময়াম্ব তিমরিব এসেম্বলী হোলদ চৎসি, মখোয়গ ঙাংনবিয়ু—লৈবাক শেম্বদ শোইরিবসি মখোয়ননি।

তোলে: লাম্বা পীবিয়ুনে, লৈবাক মুংঙাইব হেম্নব য়েৎনগে ঙাংনগে হায়ত্নন ননাই ঐ মহাদেবগি য়াথং পুত্নন অরাপ্পদৈ কাজরকপনি।
( Claps )

( I strumental music silences claps & laughs )

অঙাং ময়াম্ব তোলেন, হৈজোনগি মতুং ইনদ্বন লাংই, লক্রে, লাওই:

অঙাং ১ : মহাদেবগি মনাই । ময়াম : জিন্দাবাদ ।
,, ওঝা তোলেন ! ,, তোয় তোয় !
,, লৈবাক শেম্বা ! ,, শ্যাও শ্যাও !
,, মশেন হৈতোন ! ,, ঙ্যাও ঙ্যাও !

কোইরেং : খৈদেনগি অঙাংমচা মখৈ খোম্নগ আন্দোলন হৌরকইব অঙাওব অনীসিবু কনা কনানোনে ? লৈবাক্কি মিটিং তৌরিঙৈদা লাংগন্নু লাওগন্নুনেহে—কদায়দৈ—অঙাংশিংনো লাইরিক তম্বদি চৎকে হায়ত্রহ্না ?

অঙাং ময়াম— মহাদেব মনাই—জিন্দাবাদ ।
ওঝা তোলেন —তোয় তোয় !
লৈবাক শেম্বা —শ্যাও শ্যাও !
মশেন হৈতোন—ঙ্যাও ঙ্যাও !

কোই : তুমিন লৈয়ু । নখোয় পুলিশকি থাকোক কিদ্রাও—চৎখ্রো চৎলু নং নং হুনদা । হায় নিপা ২, লাও, বা হংগে ! নখোয়না কদায়দ চৎলিবনো—সুবাইদ লাংহনগন্নু, লৈবাকী মীহুৎ ময়ায় লৈবাক শেমগৎনব বা অরুব ঙাংনরি ।

তোলে : ঐ তোলেন হায়ব—মহাদেবগি মনাইহুনি, খবরদ ইমিং য়াওরবহুনি । লৈবাক চাওখৎনব বা তায়ব য়াওব লাকপনি । ইস্কালন তৌরিবসি য়ায় শোইরে, চুমখোকে লাকপনি ।

কোই : নখোয়গি লমগি মীহুৎ ওইন মীখলদ কারকপ ওইরবদি Assembly ক্ষদ য়াওব য়ানি । নত্রবদি ময়ম লৈতন নংগুম্ব মীচম য়াওব য়ারোই ।

তোলে : অপণ্ডব প্রজান খনবদৈ হেয় ক্ষব মনিপুর শেমখিব মহাদেবন খারকপ নিপানি ঐবু খাজো । মীখনদ কারকপশিংদুগ ইস্কালগি ময়মদ বা খর ঙাংনগে লমী থৎকন্নু—ময়ামহ উয়গে তর্ক তৌনগে ।

মখোয়ন ওম্মে ঐবু হাংসনু, ঐন ওম্মে মখোয়বু হাংকে তর্ক ক্ষেত্রদা।
লৈবাক মাংহন্নসি দারোগা বাবু।

কোই নংনে তর্ক য়ায় পায়বদি থানাগি উপূদ বাকোক মরৈ য়েৎনরো।
লাও, চৎলু মাং থাও, নম হেন্নবদি লাখি চাজনি। হায় অঙাংশো!
নখোয় লৈহৌবো লাংগম্ন।

অঙাং ময়াম : ওব্বা তোলেন - দেশবন্ধু!
ফাব য়ারোই—লৈবাকী নেতা।
হুজিকমক থাদোকউ—মহাত্মা তোলেন!

(পুলিসন হুইশেল থোংই, বাকোক মৈনবগি মখোন থোকই, অঙাং ময়াম "অয়োমা" লাওহুন কায়হুন চেয়খি।)

কোই : হৈতোন হায়ত্রা হৈয়োন হায়ব্রা নং লৈহৌয়ো তুংইনব। নবাইদি থানাদ নব্রগ জেলদ লৈব তারি। জামিন্দ থাব য়ানব নমুমদৈ লুপা লৌক্চো নং।

হৈতো : ইবাই ঐ লৈহৌরগেকো।

তোলে : চৎলো চৎলো নচেদৈ লুপা ২০০/৩০০ পুরকউ। ইকুবোক লোইনবকউ, লম্বীদ থেংনব তেনবাহুগি বাসু লোইনবব। ইবাইদি ইমিং চৎলু তমগ্রমানে—দেশবন্ধু—দেশ নেতা মহাত্মা তোলেন ওইদব য়াদ্রে।

( Sad musical note by Guitar )

তেনবা : করি থবকিনো তাদ হৈতোন, হিদাক থকপ কোইরকইব হায়হুয়াও? ইবাইহুদি কদায়দ লৈহৌরে?

হৈতোন : ইবাইহ্ থানান ফাহৌরে। ঐবু ইচেদৈ শেল লৌক্চো থায়ক-ইবনি। ইবেম্মগি সঙাই থঙনিংহুন লাকচবনি।

তেনবা : ইবাইদি লৈবাক্কি নেতা অম ওইন জেলদ লৈহৌরেনে ? কৈ-
দৌরুবগিনো ?

হৈতোন : প্রজা মরামন ইবাই ইমাম্বিবু খাগৎতুন লাওব তাবদৈ থানা
খরন ফাখিবনি। ইবেম্মা য়ুম পানবিদ্রিকো'

তেনবা : পাগুদ্রি। তাদদি পানবিরব্রাও ?

হৈ : ঐসু পাগুদ্রি।

তেন : তাদবু করি থবক শূহুন চাবিবগে ?

হৈ : ঙা ফাবন ঐখোয়গি ইশিলনি। ঙা চাবিদ্রাও ?

তেন : করিগি চাদদগে, তাংমন্দুন চাব ফংদবৈ বাদনি। ঐদি ঙা য়াম
হৈনজে।

হৈ : ঐন য়ুমদ চৎনুরগ কারকপদ ঙা য়ামন পুজরকনি। ঙা চাব বাৎত-
নব, বাদি বারোবিম্নু বা অমত্ত হায়জগে।

তেন : হায়বিয়ু করিনো ? ইহে, হিদাকসু হান্দে ঐখোয়দি হিদাক
থক্তবনিনা।

হৈ : চুরুপ আগোরসি অমত্ত ফানবিয়ু।

তেন : ঐদি থকচদে, তাদ ফাল্লু।

( চমতুন থকখি, কম্ন চিংতুন )

করি বানো ? হেক্ত হায়বিয়ো।

হৈ : ঐন পাৎতৈ ফারকপ ঙা মথৈ, ইবেম্মগি ওইবিরো হায়ববু বারোগদ্রাও ?

তেন : ঐদি ঙা পাম্বনিন য়ানিংঙে, অম্বদ ঐখোয় পাবুংন ঙা চামন্নবদি
ঙাহিং নম্নি হায়হুন য়ারোইদ্রা খঙদে। এঃ পাবুংসু লাক্লে।

কোই : পুত্রী মপান্দ কৈদৌরি মুপীমচা ? অমদি কনানো ? হায়, নং
অসাই থানাদ লাক্লবত্ত নব্রা ?

হৈ : য়াবি ননাই ঐ, ইমিংব হৈতোন কৌজে।

কোই : নখোয়নীদি কদায়দ কমদোন খঙনরুরিবা ?

হৈ : লাইবক্র তন্ন হায়বতুনি বাব। লয়ৌদ উন্নবদগি য়ুম থিজরকপ। ঙসি
 বাবী শাজনম্নিবা ইবেম্মনা ঙা য়ামন পাম্মি হায়ব, ঐন ঙা য়ামন
 ফাব হৈ, অফ'ব ঙা পূন্নমক ইবেম্মগি ওইবিয়ু হায়জরম্নিবা।

কোই . নংন বান ফাজবগ মঙোন্দ লেমন পীজব হৌনদে—অপঙবা। নবাই
 আমিন্দ লৌথোকনব নখোয় খুন্দ পবপ পরপ চৎলো. মতম মাংহন-
 ন্ন শেল লৌক, চৎলু। নুপীমচা চৎলু লাইরিক তৌক্র, মী অপঙব
 লকরগ করি কায়ে ?

( সেতারন নোক্লিংন তিং তিং থোংই )

হঞ্জবী : নুপীমচা লৈরেন ? নং বাজিবু পাৎত কুমখিব্রা ? হিদংখোয়দ
 খুন্নিয়ব য়াঙখিব্রাও ?

লৈ : করিগিনো ইমা, বাজিদি মাঙ্গোন্দা থৌরী ভাহন লৈহৌই।

হঞ্জবী : পাৎতৈ কাবকপ নিপমচা অমনদি নোপ্রা হৈতোন্দু উবম্নি
 হায়দা কদায়দনো ?

লৈ : লাকপু লাক্লে মাদি।

হৈতোন : ইমা বাজি লৈত্রাও ?

হঞ্জবী : লৈ, করম কবম তৌবক্লে নখোয়দি ? নবাইন কদায়দ লৈহৌরবা ?

হৈ : ঐখোয় ইবাইচু ইম্ফালদ অচৌব নেতা অমনি হায়ন মমিং চৎহৌরে.
 মীয়ামন ইমানীগি মিং পল্লহন জোবাই জোবাই লাওবদ করিনো
 নাকোং য়ৌশিনবনে। মী পূন্নমকন ইমানীবু থাগৎনবন য়েংনবন
 করিনো অঙকপ কুপ্লে অম ওইখ্রে।

হঞ্জব : ওজিকপু নবাইন ইম্ফালদ লৈহৌরিবদু মন্ত্রী ওইন লৈহৌরিব্রা
 সেক্রেটারী পহাগ্রবাও ?

হৈ : ইবাইবুদি হজিক থানাগি উপুদ লৈহৌবে।

হঞবী : হৈমা মত্থুদি করিগি কবয়া ?

লৈয়ে : নশেন নবাইবু ইস্কালগি কবিপোৎ হূবাল্লুববগে ? শেল পুথিবহন অপাম্ব পোৎত্থু লাক্তৌশরুক লৈব য়াদ্রাও ?

হৈত্তো : পোৎ ল্যাকপগি নত্তে ইচে, নেতা অম ওইগে হায়রবদি থানাদ জেলদ মতম থর লৈব হৌনৈ হায়ত্রন লৈহললিবনি হায়।

হঞব : মসিগি অঙাংসিন তম্ব পাউদি মথোং অমত্ত হেক খঙদেদা। পঙনসু পোকইদকো পাবি হৈত্তোন নংসে।

হৈত্তো : পঙবৈ বা নত্তে বাজি, ইস্ফালদ ফজগ্রব মচীন ঙাংব মনাত্তোন শাংব. মথান শামত্থুগি ফুরিৎন থয়া মানব তেনবা অম লৈহৌই, মত্থ ঐথোয়সিদ য়োকপ তারে বাজি, লুপা লিশিং ১ গ, ঙা মীপোৎ ৪'৫ গ পুত্থন ঐ অমুক ইস্ফাল কাব তারি, ইবাইসু লৌথোরক্লবা।

হঞবী : কোম্ফোংদ লাকইবসিবু মবাই নত্রনে নুপীমচা ?

লৈয়ে : মানি, বায়েম থৌয়েমদ পাম্ব, থবক শূনিংদব অতনব ইস্ফাল মচাম্বনি।

হঞব : মবাইসু লাক্লে, থানাদে কয়মন থারকপ কৈদৌবৈ চংউবা ?

তোলে : ইকুবোক, ইস্ফালগি চৎনবী থর লৈবম্মে ঐগি ইতুংদ। লৈবাক শেম্ব নেতা, মহাত্মা তোলেন ওইগে হায়রবদি মীয়াম্ম লাওত্থন পুবগ থানাদ জেলদ মতম থর লৈব তাত্থন থানাগি উপুদা পুং ২৪—নোংম লৈরুরে অত্থগ থাদোরক্লে। লৈবাক শেম্বগি মীতিনফমদ মরৈ য়েৎ-নসি হায়ত্থন ঐন ফি তাথৎতুন শিংনরুই, কনামত্ত চোংথোকপ ঙমদ্রে মন্নাল লৈব ইস্কাল মচা পূম্নমক। মত্থদৈ থানা বাবু অমন ঐবু উপুদ

পম্নে। মান তাক্লে, লৈবাক শেম্বৈ বা ভাংনগে হায়রবদি নখোয়গি খুন কয়াগি খুঙ্গাশিংঙুবু সহি তোহন্দুন ঐসি মখোয়গি মহৎনি হায়দুন থাহল্লকউ হায়রি।

হঙ্গব: অঙদি মীখলদ লেপ্পগি ৱানিদন। মী য়ামন মুৎনৈ, লৌরি ঋমফম মাংনব য়াওই মহুদে।

তোলেন: নো'মৈ অমদি মীখলদ লেপ্পব য়াদ্রে, মন্ত্রী অম হেক্ক ওইব য়ানি হায়রি মহৃদবু কারবদি,—কাবু কারবদি চংখিব শেল পুম্ব হঙ্গিল্লগ য়াম্ন তোংই হায়নঠৌই কারবারসি।

হঙ্গবী: শেল চংঙসনু মন্ত্রীবু ওইব য়ানি হায়রবদি, অহগ, বিপাখচা হৈতোন্ন লোইগে হায়রিব তেনবাহবু লুপা লিশিং ১ গ ওা মীপোৎ ৪/৫ গ লৌনি হায়রিবসি অচুমব্রাও?

তোলে: মুপীমচাদ্র বি, এ থাদোব চহি ৩ ৱাৎলি, হৈতোন্ন চহি ৩ সি মন্নুংদ এম, এ পাশ তৌব ডমবদি মুপীহ হৈতোন্ন লৌব য়ানি হায়হৌই মপা দারোগা বাবুহন।

হৈতো: ইবাই অদুদি ঐ লাইব্রিক অমুক তম্মগে ক্লাস সিক্সত মিং চনব তারে।

লৈরে: কুমসি সিক্সত নমিং চল্লগ চহি ৩গি মন্নুংদদি নংন লাইব্রিক ফবনিন এম, এ হেক্ক পাশ তৌব ডম্মিদা। লাইব্রিক কয় পারো। ঐন তপ খিব ইম্ফালগি খুঙ্গী, নাদ হায়বীকাহ্নদি।

তোলে: অঙাং ময়ামন কোইশিল্লগ পম্বও থাংবও কোইরাও লাওহুন ইম্ফাল মীয়াম মরক্ত চৎপত্রদদি ফুরিংখাওদে লুপা ৫০০দু পুম্ন শংঙ্গে। মীঙোন্দে পুহন, শোৎতুন চারকই, ঐবু নেতা অমনি হায়ব খওবি-দ্রবদি চৱা হেন্দুন শিবু শিরম্নি হায় লৈরেন।

লৈ : অত্নক পঙব নখোয়নীন ইম্ফালদ কাবগবু মথোং চাব হৌনব্রাও? মতুং মনাও ইম্ফালদ হেক কাগে হায়ববদি ঐগ থায়নবে খঙও। কাখিদোব লৈববদি হুজিকমক থায়নবসি, অঙাং অনীসি অমমম য়েম্নরসি।

হঞ্জবী : খোন নেম্মু নুপীমচা।

লৈ : ইম্ফালদ অমুক কাদোব ওইববদি থায়নি, (কন্ন) কথিদ্রবে নুপীমচাগি মপা?

তোলেন : নংন য়াদ্রবনিন — ইম্ফালদ কাব্রবেই।

( সেতাবন—তিং, তিং, তিং )



—লোইরব —

# নুপা থিব

## *A RADIO PLAYLET*

## লীলা মীকোক

১। ইবেচাওবী, নুপ্রাবী, চহি ৩০ রোম।

২। নুপীমচা, বি, এ ছাত্রী চহি ২২ রোম।

৩। ওঝা লাইরিক হায়ব, পাগ্রা চহি ৬০ রোম।

৪। পাখঙবা, কেরানী বি, এ ছাত্র চহি ২৫ রোম।

৫। ডাক্তর লোলিত, নেচরোপেথ, মোইরাংথে চহি ৩২ রোম।

# নুপা খিব

—:(*):—

বাঁশী নেম ন খোংব তায়, চোংডা শেন্দাংনচিংব উচেক
খরসু লৈকোন্দ খোংই চিকনরি।

নুপীমচা : ইচেমা চাওবী, য়েংউনে ফজদ্রা পুন্ত্রীদ পোমলিব খরো অঙাংবসো। অসুক পামলবদবু হেক্কব হৌনদে লাওদা।

ইবেমচাওবী : ওঝা লাইরিক হায়বগি হিঙ্গোলনি। মহাক উপ্রবদি অপোম্ব হেকই হায়তুনা শাওরক্কনি তৌরুনু নুপীমচা।

নুপী : উদ্রিদৈদা হেকহৌরগা লোইরে।

( ওঝা অরাপ্পদৈ লাওরকই off the mike )

ওঝা : হায়, কনা কনাগি অঙাংনো ? অপোম্ব লৈ হেকনু তৌহৈদে।

ইবে : চোপ্রেদো নুপীমচা, ঐন তৌরুনু হায়দ্রা।

নুপী : হেক্লগা চেনসিদো, হন্নব মান তানব ফংগদ্রা ঐখোয়বো ?

ইবে : ভাওশিন্নব য়াপোৎ নডে, ফিয়োনবী গোপী ময়ামগী লাইরিক হায়ব য়ায় কল্লিব পাত্রানি লৈকায়গী পঞ্চায়েৎগিসু মকোকনি।

ওঝা ( অরাপ্পদৈ ) : লৈ পাম্নগ সুবাইদ শাৎলিব আতোম্ব গোলাপ, উরী-রৈগাসি হেক্লোনে চৈরাওব ফাওব খাবন চোংবীশা।

নুপী : হেকউসি চংলু ইচেমা, মসি য়াম্ন নুংঙাইবা অহলনি।

ইবে : মহাকপু লাইয়েংবা ডাক্তর মোইরাংদৈ অমসু মখোয়দা তোইন কারকপনি মঙোন্দগি শেল খায়রত্রা খাবল চোংনবা ?

নুপা : খায়দ্রি, মশাবু লৈবিদ্রা ? ঢাকুব লোলিত হায়বসি ঐদো নহাক মিৎয়েং অম ওইন য়েংই ইচেমা ? মসিবু চহি কয়া শুবনিদগে, ময়ুমগা পাল্লাবিদ্রা ?

ইবে : হংলগ খওনি নহাদি য়াম্ন ওইন উই পাল্লমদব য়াই।

ওঝা : ঐদি অঙাং মচা অপিকপ ওইববোইদা হই, নকশিল্লগ উববাদ শবী ঙাক্তনিন নুপীমচা নংবু লৈশাংথেম ঠিবাদ কন পোকপ নত্রনে ?

নুপী : মানি ইপু।

ওঝা : ইবেমচাওবী নংদি য়াওশংদ থাবল চোংব শেন্দুন বাক্লনী হংচিং হায়ব ফাওব চোংব য়াওবিবদি নত্তিক নপ, চাব বাবু অমযাওব ফাহৌব ভমদবো ?

ইবে : বেন্দ পার্টি মখোল তাবদ শেন্দাং শঙ্গুন ফো যৌবিব ফোবাদ চেং চেং পায়শিনবগুন বাবু ভ যা য়য় কয় খুক্তং পালোইনহন থাবল চোংমিন্নখি। চেং তাংহি, ডলব কয় চায় হংউবদ নহাবেংলসিদি ইপল থরুং মপান্দ খৌশাবন্নসু ফ্রং ফ্র হেক্ত পায়নখি।

ওঝা : মবৈ পবেং শিহনব, যিদে যনেক লৈবিব ডম্ব মীশক্তি খওদেদো নখোয়ন পওডিবা উফুল চাত্নন থাবল কুইন চোংখিনি।

নুপী : মবৈ পরেং, ফিগে ফনেক লৈবিব ডমদোব মীশকতুং কনানোনে ইপু ?

ওঝা : নংদি শকুন্তলা খোয়গি লেংগানি নঙ্গোন্দ তাকুন কাম্নদে, নচেমাদি চহি ৩০ হেল্লরিনিনে ?

ইবে : ওঝাবু চহি হুমফু শুবিদ্রিবাও ?

ওঝা : য়ামন ৱাংলি হুমফু শুদোবদি, নুমিৎ ৩০০ নি বোম ৱাংলি।

(অনীন্থ নোকই)

নখোয়নিনা থিরিব লৈদু কবিগিনো ? লুহোংদোবা য়াওরিব্রাও?

নুপী : লুহোংবৈ নত্তে ইপু, থাবল চোংবদা চিন্নব থেংনবনি, হোরেল নুংদাং চোংদোরি লাইশুমাংদা।

ওঝা : বারুনী হংচিৎনি নখোয়গী থাবলসি মতাচাব বাবু থেংনদ্রবদি চৈবাওবা ফাওব য়ৈথোকপ তারিনে।

ইবে : মবৈ পবেং, ফিংগ ফনেক লৈবিগে হায়ব পাখঙ খঙদে হন্নুব খঙদে হেক থেংনদ্রি মইখ থবল চোংখিনি চৈরাওগে চৈরাওসনু।

( অনীতু নোংকাংমৈ )

ওঝা : নখোয়গী থাবলসি হৌন থেংন চোংমনখ্রে, হোরেলদি মিকোল থাগোল্লো। ঐখোয়সু থাম্ব থোবকপ তাবি।

নুপী : মবৈ পবেং য়াওবক্রবদি কান্নবোই ইপু।

ওঝা : ফাগী নত্তে। বারুনী মতুংদদি থাবল চোংলরুকে। মখে লাংমল্লে লৈবাকসে ওঝা-অনা নংছন তোক্কনি তৌইদে ঙসি পেন্নব চোংহোরে। আতোপ্পলাপ অপোম্বহুদি হেক্কনু নুপীমচা, নখোয়ন থাবল চোংবদ মশা ফন্দুন নঙক চৎতুন, নওং নতৌ শুন উৎপগুম, গোলাপ অপোম্বত্রসু লৈচব মশক, মনম উৎতুন পেন্নব শাৎহনখো। লোলিত নত্রা কোম্ফোংদা চংলকইসি ?

ইবে : মানি ওঝা নুপীমচ বেন্দ পার্টিগি শেল বাংলি হায়বদো।

নুপী : ঐ কাওগনব মীশক নত্তে ইচেমা।

ওঝা : য়াওশং মতুং শেল মুনগেবা ?

নুপী : য়াবু য়ানববদি ইপু মতম লৈতে।

ললিত : ( off the mike ) কনা লুহোংবৈ লৈ থিবিরিবনো ?

নুপী : লৈসু, বব ওইবিনবসু থিজরকইবা।

ললিত : এওইরনে ইবেম্মা ঐবু হরাওব য়ারদ্রাও ?

মুপী: হবাওবদি হোবেল থাবল চোংফমদ হরাওবিবো লাইগুমাংদ, পুং ৬॥০ দনি। বেন্দ পার্টিসু মাইকসু ৰাইজরুরে লুপা ১২০ দা।

ললি: ইস। শেল য়ায় চংলিব ঙাংনিনা।

মুপী: লোইনমক পুথোকপিদে'ৰ নত্তে লুপা ৩০ দং হাপিয়ো?

ললি: লুপা ১০ দং হাপচগে।

ইবে: ডাক্তৰ বাবু অমন করিগি ১০ দনো? শক ফজরগ শেল খিংত হাপ্প য়াত্রাও।

ললি: নেচরপেথিগি ডাক্তরনে লাইরব।

মুপী: মীন ইজ্জৎ লৈতে হায়থিনি ২০ শুহনবিবো।

ললি: অদু মঙাইরে ঐগি মীচংন হায়বখদি ২০ শিদং পাইবিরো।

মুপী: **Thank you.**

ইবে: ওঝাগিদি শেল হাপ্লিবোইদ্রাও? চহি ৬০ শুদোৰসু ফন য়ায় ৰাংলি।

ওঝা: মরক ময়াগি ৰাদি ঐঙোন্দ হায়বনু ইবেমচাওবী ঐ অপঙৰ বাবু নত্তে।

ইবে: অদুদি পোং অনীদু হোরেল থাবল চোংফমদ পায়বিরকওকো? ঐথোয় হঞ্জরে।

মুপী: ডাক্তর বাবু, থাবল চোংব শোইদন য়াওবিবদৰ য়াদেকো? **my special request.**

ললি: **sure sure, thank yon** (ভহাক লেপ্লগ) মামতনবু থাবল চোংব য়াওদোরিব্রাও?

ওঝা: কদায়দেনো কাগী তৌরিবনি।

ললি: হোয়নে অহনন থাবল চোংলবদি হন্নসনব হেন্নিনে, ঐগি ৰোতনিকো।

(লৰীগি মীনিল, মোটোর হোর্ন, **cycle** গি **bell**)

ইবে : খোই চোপ্পসি লুবজাংনি মুপীমচা পাংদব য়াদে, ইঞ্জিনিয়ার অমথক থুরবহুবু হায়গংপ তপ্পুন ঈশিংদা অদুম লৈহৌই।

মুপী : ইচেমাচাওবীবু ডাক্তর অম ফারে হায়ন তাখিদা মরক অমা ?

ইবে : মহুন ঐন থৌনা কমনশিহুন ইন্দ লক্ত্রিভৈদ শোনগংপন হাল্লুবা। মপান তাখিহুনা ইন ময়াদা চারব য়াদনব কয় থিংখিব। নহানি তাকপিদে হায়নি চেকশিঞ্জৌ, মতম থওভু ।

মুপী : ঐস্ু ইজিং য়ায়া থাওলিপোংনি, পঙপোং নত্তে ইচেমা।

পাখওব : ( off the mike—cycle bell খিংলগ কুমথহুন ) কমদৌরে মুপীমচা বেন্দ পার্টিহ লুপা ১০০দগি তাও য়াদে পুং ৩ দা।

মুপী : Thank you য়ামন ফরে।

পা : শেল শুরনিকো ? মাইকন লুপা ২০ নিদো পঙত্রে, মৈতৈগি নহারোলসি থাবল চোংবীগি band party গি সুরহু record ২।৩ দা জাং জাং লোহোয়গ gramophone অমদ খোংলগ চোংলবদি শেল ইতিং তিংলোইদবনে।

ইবে : নোংমৈদি মহয় তৌসি পাখওবা ঐখোয় পঙঙে। ইবুংঙো নখোয় volunteer দি কয়া শুই চা খর কা চুরুট খরগন য়ানিকো ?

পা : মহু চংনত্রে ইতৈমা, foreign liquor মক ওমহ্রবসু লিয়ী ৪।৫ দং থৌয়াং তৌদব য়াদে। থবকন য়াদবনি High potential energy য়াওত্রবদি লুম লুম্মব. ওম্ম ওম্মব বাজাও হৈথ্রকপ ওম্মোইদব লম হেনব পাখওশিংগি মনাকোংদা পায়ব।

মুপী: হোয়দ চংনবী ওইরবনিনা ইকাইখুয়দব য়াদে শেল পাম্মব য়াপোং নত্তে। মহুদি তাপাখওবন শিল লাংবিরোকো। ওসিদি last day নি পেয়ব চোংদৌরিবা লৈ ময়াম থেংনব হেকউয়িপোংনি।

পা : র্বানী মতুং মশেম লাইব্রিক তম্ব কাবদ চন্দ্রজিনীগি বাহু নং ময়েক অম শেংনরক্লোকো ? ঐন নখোয়গি থাবল চোংবদা অসুক বান লাং-লিবসি মহুগিনি তাব তাও।

নু : ঐ লোয়ন খঙ্ডি তাপাখঙবা শোইদনব তৌনি নচম্না, কৈগি মপান নাপীন তাং, নাপীগি মপান কৈন তাং হায়বহু তৌনদব য়াদে।

( অহমহু নোকমিন্নৈ. followed by )

থাবল চোংবী তান্দ band party গি low tone sweet music ওহাক লৈরগ ইশৈ অমন হল্লগ ময়ামন খুমই।

| ( অহনব ) | | ( খুল্লব ) |
|---|---|---|
| শাংচরো শিঙেল | — | শকহেনবী ; |
| ফুগাইন থম্বাল | — | শাংপঙম ; |
| কুমসিগি ঙসিন | — | লোইরেদে! : |
| হঙোইন গোগো | — | খোংবদো : |
| মকুমন মথা | -- | লাকপদা ; |
| হৌনবু চোংহৌ | — | শানৌখোয় ; |
| নশান নিকনিক | — | ফল্লিঙৈ : |
| নশম্ন বাইবাই | — | চাইরিঙৈ ; |
| পাখঙগি নিংদোন্দ | — | খাই খাই |
| থেক্কবু নৌন | — | চোংজহৈ ; |
| ননিংন নখা | — | তমজহৌ ; |
| পাখঙগি খাংপোক | — | য়ৌখ্রগা |
| নমাইদা মাইহিং | — | কাখ্রগ |
| নচান ঙেং ঙেং | — | ইল্লব কাল |
| নিংঙমহৌদন | — | তোকচনি। ( fade out ) |

পাখঙবা : Hello, Hello, করিনো। করিনো My dear cowboys and bull calfs. মসিবু সঙ্গাবুংলাও ? লৈশাবী পায়বদ মুন্নবিনো। gentleman দোন শেং চারগ সম্নাওমচাদোন তৌরিবন্থবো ? অহল লম্মন্ন য়াদ্রে। থাবল চোংব তোকপা তারে। অদুম সম্নাও শাবি-রবদি ( মমৈদ খোল কনথংলি ) ( Band অমুক তপ্প খোংই mike ৈত খর লাপ্পা বারি লোন্ন শাব তায় )

নুপী : বানী কারুসে ডাক্তর বাবু।

ডাক্তর : নোংমাইজিং কাদোবগি শরুক থাংজীং নব্রগ থাঙ্গ কান্নাংচীং কারুসিদনা পুন্সিসি খব হোংবসু তম্ব ফৈ, নুংঙাইবনে।

নুপী : নুপী ঐখোয়দি হোংবা হৈনদব য়াপোং নত্তে। ফৈনে থাঙ্গ অমুকুং য়েংনিংইব কুইরপোংনি।

ডাক্তর : অদুদি হয়েং নুংখিল বস্তু লাকও ঐ মোইবাংদ ঙাইবমগে। চং-মিন্নসি হায়ববু ঐদি অমুক ঙন্তা অরুব থবক অমগি cycle দা চংখিব তারে।

নুপী : শোইনব য়াদ্রেদো ?

ওঝা : অঙাংশা, লৈকাইগি অহল ময়ামগি খোম্পেলনি ঐন হায়বিবসি। মতমসু থেংলে। নচংসু হাকমল্লে, ঈ তানদ্রিবৈদ তোকলো। য়ৈনব উনব petromax থানব থাং খিন্নব তানব mike নত্তে।

পাখঙবা : থারোবিনু, থাবল চোংবসি তোকপ তারে Good night! খর খাম্বিয়ো শিনরনিয়ে। Instrumental music fills up void.

( Bus চংপা মখোল তায় Horn খোংই )

Bus conductor : বিষ্ণুপুর, মোইরাং য়োগদবমখৈ কাথংপিরো। Bus থাগদোরে।

নুপী : মাইক থিল্লুরব্রা তাদ পাখঙবা ?

পাখঙবা : থিল্লুরে রিক্সা ভারা লুপা ১ ঐন তিংজরে ইবেম্মা।

ইবে : লুপা ২০ দৈ অমফাও তাও হায়নব য়াদ্রা।

পা : য়াদে ফন ঙাংনৈ। মতম্মনি হায়রকই।

লুপী : তাদ পাখঙবা বারৌবিব য়াদে বসত কাখৎলু মোইরাংদা চৎলুসি খর।

পা : হায়, করিগিনো ! ঐদি য়ুমদসু তাকনা।

লুপা : থাজ য়েংউসি, করাংগি চৌংদ বারুনী কারুসে।

পা : লুপীমচা নং করিনো। ঙরাংগি থাবল চোংবীদুন শেম্ম মানে মহৌশাগি নত্রে। ঙাওরব্রাও নংবো ?

লুপা : ললিত ডাক্তরগ বা লোয়নখ্রে, থাঙ্গদ বারুনী কাসি হায়দুন।

পা : মহাক মশাদি ?

লুপী : মোইরাংদ ঙাইরম্মি শোইদনা।

পা : নখোনা ফরেদা ?

লুপী : ফত্তব য়াদ্রবননি হা ইচেমা ?

ইবে : খোনাশি ফবসু য়াদে ফত্তবসু য়াদে লাইবক নৈরে।

পা : নয়ুমদদি তাক্লমদবা ?

লুপী : কৈদৌন তাকউরনি লাইবক্ল তম্ম।

পা : হয়েং নখোয় ইমান ঐন শেম্বনি হায়দুন শাওরবদি ?

লুপী : ফত্তব নিপা নত্তে, ললিত ডাক্তর, ঐখোয় ইমাসু পঙদে। নংগ্ খাগৎকনি।

পা : চন্দ্রজিনীদু বারুনী কাগদ্রা হংনিংবনি নংগি খবকসিন urgent ওইন Express telegram লাকপসিদ ঐ জ্ঞান মাংলে।

লুপী : মপান বারুনী কাহল্লোই চন্দ্রজিনীদি ঐগিসিদ মাই পারুব ইমানী হোৎনখিসি নংগি চন্দ্রজিনী ঐগি খুৎত লৈ, ঐ শোইদন শেম্বিগে বিদ্বা সাক্ষী ঙাইঙমদব তৌনো।

পা : অতুবু ওইরবদি নংন হায়বিবমখৈ য়ারে বসত কাখৎলো থোক্লব লাক্লনি।

ঙুপী : ইচেমা ঐখোয়, খব ফনব যেংবিরম্মু। ইমাদু ঙুংশা থীহনগহ।

পা : ইচেম্মা ঐবুদি খঙদে উন্নদে হায়বিয়ু মীন হংলগ।

Bus conductor : কাখৎকদব মখৈ কাখৎলোকো ( bell খিংবদ বস চৎখিব মখোল তায় (music মখোলগ Bus চৎখিবগি মখোলগা য়ান্নন তায় ঙহাক)

বস conductor : বিষ্ণুপুর কুম্থিহৌবো, মোইবাং কুম্বী যৌবিগদব কাখৎপিবো।

ঙুপী : তা পাগংবা মোইবাং য়োদোব কয়া বাৎলি।

পা : মাইল ১০ ফাদ্রে। নংগি খম্বদু উদোব কুইদ্রে। ডাক্তব ললিত হায়দুবু M.B BS নত্তমানেনে, naturopath ওইবমানে।

ঙুপী : ওইনিংব ওইসন্ন শকক্ম কাইদন শেল থোক্লবদি।

পা : নং মাবু কয়া য়ামন ঙংশি হা ?

ঙুপী : ইকাইবা শঙদবখৈ ময়ুমদা হৌব চৎলিবশিনি খঙদে থোনা ফমল্লব্রা ঐবো।

পা : নহাক্কোন চন্দ্রকিশোরসু হৌনা ফববদি বিদ্যা সাক্ষী নুংঙাইগ্রনিদা।

ঙুপী : ঐগ তিন্নব মরূপনি ঐন মখো শঙলগ লেইবে। কবিমতা ঙুংশা থীম্ন ঙংবু ঙুংশিবদি মশম্মু খব বাৎলিদা।

পা : মশমহ never mind মাগি মথিৎতুবু য়াওবক্লবদি।

বস conductor : কাখৎপিবো মোইবাং কুম্বী।

( বস অমুক চৎখিবৈ মখোল তায় )

Bus. c মোইবাং য়োবে কুমথবিবো। কুম্বী য়োগদব কাখৎপিবো।

ললিত : মসিগি ইম্ফাল লৈশাবীসি ঙক্কদোবিদ লাক্লেনহায ( অবাঙ্গল শোনব )

পা : Hallo, ডাক্তব বাবু ঐন খিঙ্গবকইবা।

ললি : Good morning ইবুংঙো পাখঙবা বাক্স ইবেম্মা কমদোই বস চেংবাদ।

নুপী : হকচাং থর বারবসু উন্নবদ পুক্কিং সুংঙাইবন বাব ফখে।

ললিত ( হোটেলদ চারা চাক্লা করিনো থর চাবগ লাক্লাক মংটে শেন্দ্রাদসু চৎলুসি।

পা : ডাক্তব বাবুখোয়গি শঙ্গাইদ্রু কদায়দনো।

ললি : য়ুম থর ফজব অমদ তাকশিনব তারে তু সুম চৎলা ইনং লৈন অমা ইগি য়ুম অম লৈরিবসিনি।

নুপী : বাক্কনীবু ঙসি কানদ্রা হয়েং কাগদ্রা ?

ল : ঐখোয়দি নকপনিন হয়েং কাব য়াই : তু আদৈ থাঙ্গি চৌংদোন অসিদ কানদোবনি।—চাক অনীথক্ত যঙন শেম্বিয়ো— হোটেল। অঙাং য়াম্বন য়ুমদদি সুংঙাইরয়োই।

( নেমন হৌরব অয়াকপ খোম্হোক্ত ম্যুজিক লে ইশিনখি ... সুংঙাইতব মখোলনি )

ওঝা লাইরিক : হায় ইবেমচাওবী। তাবিব্রনে ?

ইবে : ( off the mike ) ঐবুরা ওঝা ?

ওঝা : নশা চাব চৈ অম পুন্থন পরপ পবপ লাকউ।

ইবে : করিনো ওঝা মরৈপরেংগি বারাও ?

ওঝা : ঙাইখো, খিগৎখিদ্রু হৈদ্রু, নংবা থোকপ তানে, লৈক ইন ব কং লয়ে থানা য়োনব তারে মতা চাদ্রবদি।

ইবে : করিনো কৈদোরবগে ?

ওঝা : করিনো হায়বদে ? লৈশাবী অমগ পাথং অমগ মাংইবসি নং শেন্দ্র নব্রাও ? নং থানা য়োব তারে। অশেংব তম্মু ঐডোন্দ নংব্র ই কনবিয়ু হায়রবদি। মরৈ পরেংগি মহুৎ য়োৎকি খুৎ ...।

ইবে : ওঝাগি মাইব ললিত হায়বদু লৈহৌদ্রাও ? মতাক্ত চেল্লঙ্গ তারে অহুদি।

ওঝা : হায় অঙাওবীসিগ মীগী ময়ুম পাল্লদুন মচা ৪।৫ শুনবদুদ কনমন চেন্দোরিব লৈশাবী মাম ? থাবল চোংব য়াওরম্মগ অয়ুক ঙন্তান একাগাড়ী ভোংদুন ময়ুমদ. চৎথ্রবনিনে ললিততে।

ইবে : হবে হয়ে, কবম্মো ঙক্কদে।

ওঝা : নাকনী কাকব পোক্লো নুমিৎ তাবে মী পূম্নমক হন্ননক্লে, লৈকাই বা ব লাওনবে, মখোয়নী মাংখ্রে নিনী ঙবে হাযদ্রন। ০ংদি খঙভিনি ০বা .শংদোকউ।

ইবে : ওঝা ইবুংঙো, বা থোক্কনব তৌবিয়ু ঐ মোইনাং গাড়ী থুংফমদ পাদ অমুক্ক লোজক্কবিগে।

ওনা। থুবকউ থীনব য়াদ্রে. লৈকাই পঙ্কায় তিলাহোন

( গীতবন তিং তিং খংলি )

নুপী : থাঙ্গ কনাং লোক্তাক্কি সীনরি য়েংবন্থ খিং কুইমনখ্রে ইবুংগো মতুন অহ নব গাড়ীন্থ ফংহৌদবনি।

াঃ০ : গাড়ীন বেবা তৌবিদ্রবদি হুমিং তাদিংডদ থুংদোবান' ছক্তিক্কি ন্নং০ ংগি পুং ৯ তাদোবে।

মুপী ° য়মদ কনি হায়বমদগে ঐবো ?

ঁশ । অংগাঙ্গী ওইত্তন নংন লৈহোবো হায়বসু যাদেদো ইবেম্মা।

মুপা ঐ মাই খিং থকমনখ্রে, মচা বিবি লাওবিব ৪।৷ চেনব নিপাবু ঐন পাখংগুম থল্লুইদা, মিং হায়বসিদি পঙখ্রপোৎনিকো তাপাখং. মিৎন ওংশিব হায়বসিদি থাজব য়াদে. বিদ্যাসাক্ষী।

পা ° শতুবদি ঐগি মিৎন সুংশিবে হায়ন খনজবিব চন্দ্রজিনীত্ত T B. ৩০শ হাযববদি ঐসু মাবু পাম্মোইদোবিবনি।

ইবে ° কনা বনানো নুপীমচা নত্রা ?

মুপী ° মানি ইচেমা, কুম্মেদ তাবে, মী হায়দোকপিবন্থ—ঈগি য়ুম অপেব অমদ. মতু পুকচোনবী অম থিবগ মচা ৪ শুবব ডাক্তববাবু ওইবম্মে। নোক্কদ্রা কপকদ্রা ?

ইবে : হায় তুমিন্ন লৈয়ু লমহেনবী। নখোয়নী চেনখ্রে হায়হন লৈকাইগি পঙ্কায ফমখ্রে। নখোয়নী নবাইবক্তা লৌন লৈনৌ তমগ্রমানে. অহ

নত্রবদি নুপী নং চোপ্প তারে, নপাবুংন লৈকাইদ থিবকপদগি লোৎপ য়াববোই।

নুপী : ঐ শিবন ফবেদন, কমদোনি তাপাখঙ? ( হীক হীক কপই ) হে লাইবক।

পাখং : কবিগি শিরুদগে? ঐসু সঙ্গন চোপ্প তাববনিন শিব নত্তব নংব অপাম্ব অম হায়য়ু।

নুপী : চন্দ্রজিনীদ শোনব নংবু কবল্লা—ঐন।

পা : ইরাইবক্ত তম্নবনিন চন্দ্রজিনীদৈ নংবুন হেন্ন নুংশি। শিদো শক্ত নুংশিনবন ফৈ।

ইবে : মত্নিদন নিপাম্মচা নুপীমচা হায়হুন, হায় মী লাকই নশক লোৎলু।

ওঝা : হায। কনা কনানো অমম্বদ তম্নবিবা? ইবেচাওবী য়াদ্রা? হা নহায়?

ইবে : য়াওই ওঝা।

ওঝা : মখোয়নীদি কদায়দ লৈবে হায়?

ইবে : সিদা লৈবিব অনীসিনি।

ওঝা : ফবেদা নক্ত থেংনবা। নুপীমচা, নং নশানা য়াত্রন চেনবনিকো? অশেংব থুম্মু।

নুপী : মানি ইপু।

ওঝা : মতম্ন ফৎত্রবনিন নিপা নংগিসু নত্রা হংদব য়াদে। নংসু নশান যাত্রন নুপীসি চেল্লুবনিনেকো?

পাখং : মানি হোয় উঝাবু।

ওঝা : অহদি নখোয়নী ঐখোয়দ লাও, কনামতন ফাব য়াবোই, হয়েং লুহোংনব ন্না ভাংনরুসি।

---

—লোইরব—

# ইলেক্ট্রা

## লীলা মীকোক

---

১। ক্লাইটেমনেস্ট্রা, হাংত্রুব এগামেম্নোনগি ম্নাণী
২। ইলেক্ট্রা, মখোয়মগি মচানুপী
৩। ওরেষ্টেস, মাগি মোৌপনা
৪। লোৌমী অম
৫। হনুব অম
৬। পাইলেদস ওরেষ্টেসকি মরূপ
৭। কোরস শকপী

---

# ইলেক্ট্রা

—:(*):—

অয়ুক অমম অঙান শিন্নব মতমনি. য়েন অমসুং উচেক মচা খর চেক চেক খোংব তারে। চৌংখোং লম্কাংদ খাংপোক অম লৈ। মনাক্ত লৌমী অম লেপ্পি।

লৌমী : আর্গোস্‌কি তুরেল. মপক্ত জাহাজ কয়ানে৷ নিংথৌ এগামেম্নোন্ন হোল্লম্ব, ইলিয়ন্দ লান্দাব চৎপদ। য়েক্লব প্রিয়াম্ব য়ৈথুক্লব. লম্ফৈদ মমাই পাকখিব ইনিংথৌ এগামেম্নোন, মথবাই মাংখি ময়ুমদ হল্লক্লগ, মতুমকন থাকপ লাংদ থুহুন। মহমক্তি মপাবুংগি য়েক্লবৈ মচা এজিষ্টসন শিনখিব থৌরাংনি। য়েক্লবন রানী লৌতুন লৈবাক ঙাকহৌরে। নিংথৌন থনম্ব রাজকুমার ওরেষ্টেস য়েক্লববু খঙহন্দন সমুদ্র খাংমদ মনাই অচানব অমন পুবিখ্রে। মচে ইলেক্ট্রাবু মমা কিবন হাৎপিদ্রে, নিংথৌ মচাদসু থাজদ্রে মচান লম্মন থুম্বকদ্রা কিবন। লাইরব লৌমী কৈসু লৈতব ঐঙোন্দ লম্মন মথাক লৈ-হৌদনব থাজরে। ঐদি নিংথৌমচাবু লৌজদে, লাংপনি। হুজিক ফাওব মহাক কুমারীনি। নুংশিববু বারকপ ঙমদব কারামজাওব অপঙব মী নত্তে ঐ। আ: ওরেষ্টেস, খঙনদব ইবুংঙো, নুংশিদকো কয়া লাপ্ন লৈরিগবা! করিগুম্ব মতমদ নরৈবাক্ত হল্লক্লগ তোন্ন খম্বিরবী নচেসিবু উরখিদ্রাও?

( অমেঙব গীটরগি মখোন তায় )

( চক্ষু অচোব মকোক্ত থোংলগ খাংপোক্তগি ইলেক্ট্রা বাজরবী থোরকই, লৌমীহ উদন ঙাংই )

ইলেক্ট্রা : অহিং লাইবেনবী, ইমা নংদি উবিনি, লৌমাইসি পাক্লবনে চফুন চীংদৈ ঈশিং হোনবদ ; ঐন রাজবিবসি তাইবং মপুন কাও-বিদনবনি অহিংদসু নুংথিন্দসু এজিস্টসকি মবালদো। অচগ কনান খঙনি, ঐন কপ্পিবসি লক্কাংগি অতিয়ান য়োবিখিব য়াই পাবুংগি নাকোংদ, ঐগি ইমাসি, ফত্তবীগ্গি মকোক্ত নোংথক্তে শাপ হৈথসম্ন। ঐবু মান ইয়ুমদৈ তাম্মোকপিবে, য়েক্লবগি মচা পোকখ্রে। ইচিন ইকপবাবু কবিসু লৈতব ওইহল্লে, কবিসু ওইহল্লে।

লৌমী : ইতেং পীবদ পোথাব নাইদবী,নিংথৌগি মজাইবেম্মা। থোংব মেওন য়োক্লকপী নংন কবিগি অত্রুক বান নোম্মিবনো ?

ইলে : ওঃ, ঐগি মরূপ, তাইবংমপুন ওইবিবগুম মরূপ। বাবব তাইবংপান্দ ইমিংকী প্ৰিবাং নেথৎপিদব নংগি নতেং পীবদ ঐগি অবাব লৈতে। নংন লৌবুক্ত বান শূকবগ হল্লকপদ নযুম থাংপোকসি ইবং লংন থম্মি-হুন নথবাই নুংঙাইহনব ঐগি ইথৌনি ইবুংঙো।

লৌ : নংনবু পামজরবদি, অপাম্বত্ত তৌ। ঐদি চাকচামাংদ খোইবব লৌবুক্ত মহৈ মবোং হুল্লুব তায়। লাইমিং লিশাংলক শোনবনা নেং মগি চবা নোংখম্নব য়াদে, ঐ ৰবক চৎলে।

ইলে : ঐসু চাংদৈ ঈশিং হোল্লুখিগে।

( গিটবন তিং তিং কাপই )

ওরেস্টেস : ঐগি অশেংব মরূপ নংদনি পাইলেদস, মীহাৎপ য়েক্লব অমদি ইমা মীহাৎপীন ওৎপদৈ চহি কয়াসি নংন ঐবু কনবিবকই, তে বা। বিবকই। হুজিক্তি পোক্লভম লৈবাক আগোস য়োবে, মতৈ মনাওদ লম্মন শিংনব ঐ লাক্লে কনাসু খঙদ্রি। অহিংদ পাবুংগি মোংফম য়োক্লবে, কংলুবে মিংকি পিবাং, ইকংকোকপৈ শময়াম লোয়নন। ঐগি লাইরবা ইচেমদো চীংমায় সুবাইদ লৈ হায়, ময়ুমসু পানখ্রে

হায়নৈ, মাবু থিখিব তায়, ঐখোয়গি থবক্ত তেংবাংহন্নব. পাউ অতৈসু লৌনবা।

পাইলেদস : য়েংউ মক্কপ, অয়ুক্কী অরংব মমিৎ পাংলক্লে। লম্বী চৎনরি-বসিদে লাপখোকসি। ওন্ন য়াহোব লৌমী লাকপ য়াই, থেংননি।

ওরেস্টেস : ঙাইখো ইশিংশোকপী মীনাইনুবী অম য়ান লাকপ উবে। সুবাইদ থুপ্পগ মঙ্গোন্দ হংসি।

(অয়ুক্কি উচেক য়া য়া খোংনবে)

ইলে : থাউ খোং বাক্সবব অনী মিৎকী পিবাং মরক্ত, চহি কুমজান লেপ্পবগুম লেপকন্নু।

ঐ নিংশিংগে, ঐহাক মহাক্কি এগামেম্নোনগি মচান্নুপী, অদুগ ঐগি ইমান তমথীববী বানী, ক্লাইটেমনেষ্ট্রা, হেলেনগি মচে। ওক্কব মীয়ামন ঐবু কৌরি ইলেক্ট্রা। য়ুম্নাইদ্রিবী, তাইংমপুন ঐগি ইকাইবসি ঙাকপিসন্নু। লাপথ্রেকো নংদি, হে পাবুং নিংথৌ, অশিবৈ লমদ। ঈ পাম্ব মতৈ মনাওন মসি পুন্নমক থোকহনবনি, অমন নংগি তমথীরব য়েক্লবন্নুনি পাবুং, অদুগ অমত্রন ননাক্ত হিপ্পন্দ্রী নুপী ল ইশমংদো।

(থবাই চাক্ত. খোঙ্গোক হোংদুন)

ইওনিংথৌ, কবম্ব ঈচাও তোর্বান্দ নংবু লৈবরগে? হক্তিন্নব নয়ুম খোঙ্গান লৈবত্রা নহাকপো? পাবু হাৎখ্রে, ঐবু হন্দোক্লম্মগ নংসু চৎখবে, ঐবু থাদোকপিনব. তুমথুব পাবুংবু হৌদোকপিনব নিপাদি নথন্তনি ইবুংঙো, য়ুমদ হল্লক্লো ইবুংঙো।

কোবস্লুপী : নিংথৌগি মস্তাইবেম্মা ইলেক্ট্রা, নোংঙানবদ ঐন সিদ লাক-ইবসি নংবু হৌববনি। হয়েংগি মথং হংচিৎতি হেবা লাইবেম্মা খুরুম্ব নুমিৎনি, লৈশাবী পুন্নমক জগোই শাবনি মাগি লাইশংদ, নহাক্সু য়াওকসি।

ইলে : হরাও ভয়াম ইশৈ জগোইদ ঐদি পুক্লিং তাজদ্রে, অমম্বদ কপ্তুন
লৈবন ঐগি হৈনবী ওইজরে।

মুপী : মতিক লৈবী লাইরেম্বীনি, কেন শেৎ-চাম্বুন মণ্ডোম্দ জগোই কৎ-
লগ নংগি অবাব কোকপ য়াই, লাইবৈবাকন নংগি য়েক্লববু লৈখা
তাহনব য়াই।

ইলে : মতেং লৈত্রবশিংন কপ্প লাওবদ,
তাবিদে কৈদোউঙ্দ লাইরৈবাক্ত
থোশাবিদে নিংথোগি অরিব ঈন কপ্পদসু।
অবাবনি। তেংথাব য়াদ্রে। চেল্লো মুপী।
শকথঙদব খুৎলাইপায়ব মী য়ুময়াদ লোৎতুন লৈবে।
নখোয় লোয়ন হল্লো লম্বী অদোমদ। (চৎখি)

ওবেষ্টেস : লাইবকথীবী। ঐগি থাংসি কিগনু।

ইলে : (কিবন নিকতুন) এপোল্লোন কনবিসনু। থোজানবিয়ু ঐবু
হাৎপিগনু, ঐ খুকউ লৈতাজরে।

ওরে : অতৈবুদি হাৎকদব লৈ, নংদোন মুংশিদব।

ইলে : ইনাক্তৈ চৎপিগ্রো। নঙ্গি নত্তব হকচাংদ নখুৎন শোকেবা ?

ওবে : ঐন শোকপ য়াদব কনাদসু শোকলোই।

ইলে : ঐগি য়ুম মনাক্ত লোৎপিদিব কবিগিনো ? কবিগিনো থাংশাং
পায়বিরিবনা ?

ওরে : লেংগনু, বা হায়গে তাও, মাই হায়ব য়ারোই।

ইলে : লেংওই, অপাম্ব তৌ, নংন কনব হেল্লি।

ওরে : নংগি নৌপবান বা অম হায়রকই।

ইলে : মক্কপনি অগ্নদি, মক্কৈগে হেমবা। হিংশিব্রা নত্রগ শিরব্রা মাবো ?

ওরে : মহাক হিংলি।

ই : অপুম্ব য়াহৈদু হায়রবগিদমক নংবু তাইবংমপুন চানবিসন্নু।

ও : তাইবংমপুন ইমানীবু, নংগ ঐগবু চানবিসন্নু।

ই : লাইবক থীরব ইকপন্নাহ্ হিংলি হায়ব! করি লমদ লৈরিবগে মাবো? চাব থকপদি ফংলিদ্রা?

ও : লম য়ামথ্রে মান য়োক্নবা। চাব য়াংতে, অদুবু লংফৈদনিন মশাদি কনদে।

ই : হায়য়ু নঙ্গোন্দ মহাক্ন করি শিন্নরকই?

ও : নংবু হিংলিব্রা অদুগ নোংমৈ নুংশিং অহিংবন নংবু কয়া থীন শোক-হল্লে হায়ব খঙনিংই।

ই : নংন উন্নিব শোক্নব শকফম, চুবা কুংশিল্লিব নোংখাং চায়রব অসিনি।

ও : ঐন নিংই. নখন্দ ঙাইরব নংবু নৌপব্রান. কনা খঙনি নপাবুংনসু শেন্নরম্ব য়াই।

ই : মখোয়নীদৈ হেন্ন নক্নব ঐগি কনাদি লৈরিবগেদো?

ও : অসুক চীক্ন লমদোনপোকসিদ লৈরিবদি করিগিনো?

ই : মীনৌ, ঐ য়ুম্বাল্লবীনি—শিবন ফবনি।

ও : আর্গোসকি করম্ব নিংথৌমচাদ?

ই : মপাবুংন থাজবিগে খল্লম্ব নিপাদ নত্তে। লাইরব লৌমী, মবুক্তি শেংব, পাবুংবু ইকাই খুম্নব অমদনি। মহাক্ন ঐবু মাগি নুপী ওইন খনবিদে, মচনগুম্ন থম্বি।

ও নিংথৌগি মজা ইবেম্মবু পামদবা?

ই : ঐবু থাজবিব নিপাদুবু মহাক ইকাইখুম্নদে।

ও : ওরেষ্টেসপু কিবনরা?

ই : মচ্চসুনি মবুকচেলসু চাউবজাংনি।

ও : অঙকপ য়ানি. অফব মীনি মহাক, মতিকচাব মনা ফংফম থোকই। নখোয় ইমাসিদি নঙ্গোন্দ থীন ভৌরিবসিদ করিসু নুংঙাইতব তৌদ্রা?

ই : নুপী খুদিংগি খম্মোইদ মচাদগি মান নুংশিব নিপান লূম্ব হেল্লি।
ও : এজিষ্টস্ন নংবু ইকাইহনবৈ মরমদি ?
ই : ঐঙোন্দ অতোনব অঙাং পোক্লগ মঙ্গোন্দ লম্মন খুম্মক্তনব। ঐদি লম্মন খুমগনি।
ও : লৌমীন নংবু লৌদে হায়বসি এজিষ্টসতি খঙদ্রা ?
ই : হায়দোক্লদবনিন মাদি খঙপোং নত্তে।
ও : অসুবাইদৈ নুপীশিংসি ঐখোয়নীন ঙাংনব তারি,— মখোয়গি কনা কনানো ?
ই : মরূপ ঙাক্তনি।
ও : ফরে মরূপ্ন কোইশিল্লুন লৈব। ওরেষ্টৈস্ন করি নতেং নঙ্গোন্দ কৈদোঙৈ পীরব য়ানি ?
ই : মতমচ্চ থেংদ্রিব্রাও হৃজিকপো ?
ও : কমদোনা ? মান হাংকে নিংলবদি কমদোন লাক্কনি ?
ই : মথোনান, মখোয়ন মপাবুংবু হাৎখিবগুম।
ও : মহাক লাকপ থোক্লবদি নুপীগু হাৎনব নংগিসু নথোন লৈগদ্রা ?
ই : করিগি লৈরোই ? ইপাবু হাৎখিব শিংজংনুমক্ল য়ানগনি।
ও : নবুকচেল লেপ্পগু তাবদ নুংঙাইরে।
ই : ইমাগি থোৱাই লৌরবদদ ঐ শিব নুংঙাইনি।
ও : নংন নুংঙাইবতু ওরেষ্টেসন তারবদি কয়া নুংঙাইগব।
ই : মশক্লু উরবসু সিদ ঐম মাবু খঙলোইদোরি।
ও : চুম্মি পিশক পিক্লিঙৈদ কায়নখিবননি।
ই : হন্নুব পাবুংগি মনাই, মাবু লোন থৈদোকউবহুদদি মাবু মশক খঙগদ্রা।
ও : অতুয় হায়নৈ। চুম্মি। নপাবুংগি যোংভমদি কমদোরি ? লূন শেন্নব্রা ? মথক্ল হোৎবী ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌরিব্রা ?

ই : করিমত তৌবিদে, মচানিপাসু লৈতবনিন।

ও : মঙ্গোন্দ কবি পাউ তম্মুগে?

ই : মীবক তিন্দন, মীনাইগুম, অমা অনাদন শরুক ওইদুনা লৈবিবসি তম্বিরু।

ও : থবক বান শূরুবদৈ হল্লকইব নিপাসি নংগি নিপা শাবিরিব অদুবা?

ই : ঐগি ইপুবোইবনি হায়নরিবহ মহাকনি।

লৌমী : কনা কনানো? শক খঙনদব খুৎলাই পায়ব মীশিং ঐগি য়ুম মমাংদ?

ই : মক্কপ্নি, ফত্তব কবিমত খনবিক্কগু, ওবেষ্টেসকি মক্কপশিংন ঐঙোন্দ পাউ পুবকপনি।

লৌ : থোইদোকপ অনা অয়েক্কি য়াওদে হায়ব্রা? হিংবদি হি লিকো।

ই : হিংলি হায়। ঐগি পাউ লৌরুচো থাবকপ ওইবমানে।

লৌ : লেংসিনবিবকউ মক্কপশা, তোল্লব লৌমী ওইববসু, পুকচেল শেংন লৈজ্রব চামিন থকমিন্নদুন তবাম তবাম তোঙম থোকই। ইমুংদ লেংশিনবিবকউ।

ও : অঙকপনি তাইবং মীগি মতৌ, মল্লব মফমসিদ ইকাইখুম্নগদৌব মীসু লোৎলম্মি, চাওবব মী কয়াগি মচান কবিসু লৈতন মাংবসু য়াওবি। সুপী, নংগি নিপান লুন তৌবিবন ঐ থৌনা ফবে, নং খঙক্রু ঐ কনামত নত্তে, নংগি মাংলুরব নোপব্রাদুনি।

ই : ঐগি অমত্ত ওাইজ্রবব ইকপব্রাদুমক।

( গীটবন মেঙন তিঙ তিঙ কাপই )

লৌ : লাইববগি লৈজ্রব খবসিন সেবা তৌবদ তাবেদনা।

ই : ঐ হোৎনরমগে, মাবু লোম্ন পিক্লিডৈদ থৈদোকউব হন্নবদু টেনাওজ্জ তুবেল মপান্দ লৈবনি, মাবু অমুক্ত কৌবিক্ক, মীনোন চানব অহাওব শা থরসু পুহল্লকউ।

লৌ: অরৈবমখৈ পীজব হৌরম্মু ঐ হন্নুবত্থ কৌব চৎলে।
(নুংঙাইরব যন্ত্র ইশৈ মতেক অম তায়)

হন্নুব: কদায় কদায়. নিংথৌগি মজাইবেম্মা ইও পিশঙে?

ই: ইপু ঐ সিদ লৈরে। করি করি পুবিরক্লে?

হন্নু: য়ু অরিব থর, য়াওমচা অম সক্লোমপান থরগ পুজরকই। পুশিল-লোসে, মিৎসি কপ্পন ইচোৎ চোৎলে ইপুদি, নপাবু অমদি নৌপবাগি বা থল্লুবদ।

ই: ইপু ঐগি ইকপবাত্থবু কদায়দ লৈরম্মি হায়ন খনবগে?

হন্নুব: ঐন ঙসি নপাবুংগি মোংভমদ য়ু হৈব চৎলুবদ অঙকপ থুদম থব উরকই: য়াওগি ঈন নৌন পূজা তৌখিব, মরু কোকপগি শম কৎলম্ব উরকই; মত্থ তৌরমগদব নিপাসি আর্গোসত কনামত লৈতে নুপিমচা—নংগি নৌপবান ঙরাং অহিং লৈবাকসিদ লাক্লগ তৌরম্ব নত্তনদি। মাগি শম মচুত্থ নংগিত্থগ থানত্থন য়েংউ কয়া য়াম্ন মান্নব খঙগনি। মাগি খোঙ্গুনগ নংগি খোঙ্গুনগ থানত্থন য়েং-লবসু মায়ৈ মান্নদে হেক্ত খঙনি।

ই: কদায়দৈনো ইপু, নিপাম্মচা মাগি মশমগ মুপীম্মচা ঐগি অমোনব অশাংব শমগ মান্নব হৌনদেদা। অত্থগ পাবুংগি মোংভম নুঙ্গাই মরক্তুদ মাগি খোঙ্গুল য়েংনব য়ান ময়েক লান তারম্মোইদা।

হন্নুব: মীনৌ থর থুংলৈ হায়বত্থবো, ঐ মশক অমুক্তদি য়েংগেদন।

ই: ইমুংদ চংবিরকউ ইপু।

হন্নু: কদায় কদায় ইবুংঙোশিং মীনৌ থর থুংলৈ হায়বত্থদে?

ও: ইপুবু ঐখোয়নি, লৈখিদ্রব নিংথৌগি মনাই অচানব ওইরম্ব অহল-ত্থনিকো ইপুন হজিক ওইরিব কিভমসে?

ই : মহাকসিনি পাবুংবু পিক্লিডৌদ তম্বিরকই হায়রবত্নু মহাকলিনি ঐগি ইকপরা ওরেষ্টেসপু য়েকনবাগি মথুংন শোক্তনব থৈদোকউই হায়রবত্নু ।

ও : ঐবু অহলসিন চাদোমথে য়েংই । চান্দিরা অচম থাতুরা থঙনিংবগুম ।

হনু : (থংহায় ওইন) মজা ইবেন্মা, ইলেক্ট্রা ! ঈশ্বর থুক্লমু, নথবাই য়াওন তাইবং মপুবু থাগৎলু ।

ই : কৈদোরবগে ইপু ?

হনু : নিপাসিদ মিৎয়েং অমুক্ত তাও, নংন থ্বাইদৈ নুংশিভম থোকপসিদ ।

ই : চহি য়াম্মহুন ইপুবু ঙাওরব্রাও ?

হনু : ঙাওরে হায়ব ঐবো, মজাইবু থঙা পিশক নংগি নোপবাহ্ন ভৈবগি ঙাঙদোরিব্রা ? ঐন হায়রিবদি - সিদ লৈরিব নিপাসি ওরেষ্টেসনি, নপাবুং এগামেমোন পোকপত্ন !

ই : ইপু, করম থঙবিবগে ? করি থুদম লৈবগে ?

হ : য়েংউ মরাইবক্ত লৈরিব দাকসি, নথোয়নিন পিকলিডৌদ শক্তিমচা তান্নবদ তুশিন্দুন শোকথিব অত্নপি মফম্ নি ।

ই : দাগ লৈরে, চুম্মে ইপু চুম্মে ।-

হ : নচিন নোপবা কোয়দ্রিব করিগিনো ?

( তিং তিং তিং )

ই : ঐদি থঙডুদ্রিবনে —ইকপবাবু ।

ও : মংহাগুম্বনি, ইচেমশি !

ই : ওরেষ্টেস ওইরেকো ইবুংঙো নংসে !

ও : মানি, ইচেমসিবু ঙাক্তে লাকপা, মথন্দন তইবংপানগ লাম্বা তৌগে লাকইব নিপাহ্ন ঐনি । তাইবং মপু লৈরি ইচেমশি, নোংথক্ত মঙাল লৈরি অয়োইব ফাওব অরানবদ অচুম্ববু নঙ্কৎতুন থম্ মায়োই ।

কোরসশকপী : চহি কয়াগি মতুংদ ফাওরক্লে মঙাল্দো ইংলব চীংথক্ত. মুথত্রে মৈ অত্থ নোং নংউরব, হল্লক্লে লম কয়াদ কোইরুরব নিপাদো, মাবু শক খঙলমত্রব ময়ুমদ অমুক। নপাম্বোম থাঙ্গৎতুন তাইবং মপুদ নিজরো খুদোং থীরব লাল্লক্ত নৌপয়ান মাইপারুব।

ও : পোক্ল ঙোরব অহল, মতমগি লংদাইদ লৈরবা, নশুদ পাউতাক পীনবিয়ু করম্ব পাম্বেন পাবুং হাৎখিবগি লম্মনসি খুমগদগে? আর্গোস লৈবাকসিদ ঐবু নুংশিবিব লৈখিদ্রা? কনাদ হায়জসিগে কনা কনাদ চংজো হায়বগে ইপু?

অহল : আর্গোসত নংবু আশা তৌনদ্রে, নংবু শিগ্রে খম্নরে। নংগি মরূপ লৈনি হায়ব খাজদ্রে। অদুবু তাইবংমপুগি থৌজাল, নপাম্বোমগি পাঙ্গল লৈরি নঙগি, নরৈবাক অমুকুং হঙ্গিঞ্জনব।

ও : থবক্ত করমন পাংগদগে ইপু।

হন্নু : য়েরুব এজিষ্টসপু য়াম্বু, নমাসিসু য়াওহনখো।

ও : কদায়দ থেংনদগে? শেন্নব মী কয়া য়াওরম্লিদো ইপু?

হন্নু : নংবু কিবন নিকুন লৈরিবনি মহাক অহিংসু নুংখিলসু, ঙাইখো বা অম নিংশিংলে। লম্বীদ লাকপদ ঙসি ঐ মাগ থেংনরম্বি। লৌবুক লম্ফাং মাগি শগোল থাভমদ উমং লাইবেম্বা পূজা তৌহৌই মহাক।

ও : মচা অনৌব পোকপৈরা পোক্লব্রা অদুদে?

হ : ঐ মুন্নদি খঙদে, সল, লাব লৈ পরেং শিব অমদি য়াওহৌই। মাগি ইমুংগি ওইন তৌব মী থর নত্তন, থোইদোকপ লাম্মী লোইনহৌদে।

ও : মীচম থরুদুদি ঐবু শক খঙলমগদ্রা?

হ : খঙঙোই, নংবু উখিব মী অমত্ত য়াওদে।

ও : ঐন করিগুম্ব ঙম্ব থোক্লবদি মীচমশিংদু ঐগি মী ওইয়ু য়ানিকো?

হ : মীনাইগি হৌনবনি, নঙ্গোম্দ কমাসু মাইওকনসি হায়রোই।

ও : মনাক্ত করমন য়ৌসিগে ইপু ?

হ : মান উনব মনাক ওইরপ চৎলু, মান শাক্ত বলি কৎত্রিবৈগদা। হেক উবদ নংবু কৌরক্কনি চামিন থকমিন্নসি হায়রক্কনি। মতুদগি মনাক্ত লৈরব মতমদ তাঙ্গা য়েংহন এজিষ্টসপু ককউ. নপাবুংগি লম্মন শিংউ।

ও : ইমাসি য়াওরম্মোইস্রা ইপু ?

হ : থুঙ্গংগি মীয়ামন্থন হন্নথ্রগ মহাক থোরকপ য়াই, মাথদি মীয়ায় শেংদবী মুপীনি হায়হন ভুক্কচনৈ।

ও : অমুক্ত অনীমক লোইশিনসিরা হায়বসিদি।

ই : ঙাইখো, ইপুন ইমানীমক্কী তেংবাং পীবিব তারে।

হ : পীদবদিকো। ননীং থুংনব করম্ব লৌশিং পায়রবগে ? হায়মু।

ই . ইপু, রানা ক্লাইটেমনেষ্ট্রাদ থীন্দন চৎলগ তাকপিক্ক—ঐহাক নৌন অঙাং নিপামচা অম উনরে হায়ন।

হ কয়া কুইরে হায়গে।

ই : মপান থোক্তন লৈনব মতমগি পোকপ মতুং ১০ নী সুব অমুকনি ইপু। মতু তাবদ মহাক চেল্লক্কনি, তোল্লব য়ুমদ ইচা পোকপগি মহাক কপ্লনি। সিদবু লাক্কবদি ঐন থোকপ তৌরনি ইপু।

হ : থোঙ্গানসি তায় ঐন পুরক্কনি।

ই : মফমসিদ মাগি নোরোক কোম ওইনি।

হ : মতুদ উরগ ঐ থবাই পেম্ন শিখিগে।

ই : অতদি নংগি মতম ওইরে ইবুংঙো। লান্দ চংনব তারেদো ঙসিদি।

ও : ঐ শেমশাব লোয়জরে ইচেমশি. মী অমন তাকপিরবদি।

হ : লম্বীহু তাকনব ঐ লৈরে ইগু।

ও . জিয়স ! ইবুংঙো নংগি থৌজাল পীনবিয়ু।

ই: খোঙ্গানবিয়ু ইবুংঙো খোজানবিয়ু জিয়স। চানবিবদ মতিক চারব ননাই ঙাক্তনি।

হ: চানবিয়ু ইবুংঙো ননাই অনীসিবু, নংগি ঈ ঙাক্তনি। মপাম্নল পীনবিয়ু মপাবুংদ লাম্লকপগি লম্মন খুমজনব।

ই: নোংথক্ত কাখ্রব পাবুং তাবিয়ু, ঙসি য়েক্লব এজিপ্টস হাংতোক্লনি নচা মুপান। থাং অম ফেংঙন লৈ ঐগিসু মচুন লুন থিনগনি মবুক শেংদবীগি মবুক্ত। চংলো য়ুমদ শেম শাহুন লৈরুবগে।

ও: ঐ পুম্নমক খঙলে ইচেমশি।

ই: ঙসিদি নিপামচাগি খোদাং য়েংউরে। নংন কবিগুম্ব শোইখিব থোক্লবদি ঐসু খুদক্ত নতুং—হেক্ত ইম্লক্লদোবনি। ঐ অশেংব ঙাংবী অশেংব চংপী মুপীনিকো।

ও: ঐখোয় চংচরে।

ই: মাইপাক্লকউ। ঐ ইমুংদ লৈক্লগে শেম শাহুন নখোয় পাউ পীক্লকউকো।

( যন্ত্রগি ইশৈ মুংঙাইন তারম্বদগি অয়াকপ খোঙ্হোক ইবাং লাংব, মীকপ মীয়াও ইনিন নিনব তায় )

কোরস মুপী: করিনো লাংন তারেদা, মী হাংনব শুনবগি খোঙ্হোকনি— করিনো করি থোক্লবনো। ইবেম্মা ইলেক্ট্রা। অমুক্ত লেংখোবক্লুন তাবিরো -

ইলে: করিনো মক্লপশা? করি পাউ তাবগে?

মুপী: অরাপ্পদে লাক্লিব মনিলসি অমুক্ত তাবিয়ু। মী হাংনব শুনব ওইরম্ব তায় খল্লে।

ইলে: ইবুংঙো ওরেষ্টেস নং ওইরিম্লা। লাংতক্লরেদা ঐগি পুকনিংসে। পাউপুব মীসু অমত্ত লাক্তে, ঐবু শিব তারব্রা—য়েক্লবগি মখুৎতা ক্যান্নিডৈঙেদা।

হুপী ঃ নিংথৌ অম হাৎপ অরাইব থবক নত্তে, পাউ লাকখিনি, থগৎপিখিন্নু।
পাইলেদস ( চেল্লরুগ ) মাইপাক্লে, আর্গোসকি লৈশাবীশা, মাইপাক্লে।
ওরেষ্টেসপু নুংশিয়, মহাকন হাৎলে এজিষ্টেস, নিংথৌ এগামেম্নোন হাৎলুব নিপাদো—। তাইবংমপুবু থাগৎলু।

ইলে : নংবু কনানো ? অশেংব পাউরা নত্রগ অশেমবা ?

পাইলে ঃ ইবেম্মা ঐ নৌপবাগ লোয়নবকপ মরূপতুনি, ঐবু শক খঙজবা য়েংউ।

ইলে : ও: খঙজরে। শোইদ্রেকো মরূপ, পাবুং হাৎপ নিপাদু লৌবুক্ত তাগুন লৈহৌরেকো ? কমদৌন হাৎপগে তম্বিয়ুবা।

পাই : শোইদ্রে ইবেম্মা। ঐখোয়ন লৌবুক্ত চৎপ মতমদ—এজিষ্টসন কৌবকই কনানো নখোয়বু হায়দুন। ওরেস্টেসন খুম্মি ঐখোয় থেশালীদ লৈব মানি। মহুদ নিংথৌদুন পূজা য়াওখো, থকখিসি চাখিসি হায়ন কৌশিল্লকই। মহৈ মরোং য়ন চিংব যজ্ঞগি লৈবংদ কৎলে। অহুদগি সঙ্গংওদ বলি তৌবে। মান তৌরিব পূজাদু য়েক্লবন মংবু কবিসু তৌব ওমদনব লাইরেম্মদা খুরুম্ব ওইরম্মে। মংন কিবম্মিবসি ওরেষ্টেসপুনি। মহাকন থেশালিয়ান ওইরবদি মউন খোকপ, চীংগি শগোল লাকপ য়াম্ম হৈ হায়—মউন খর খোকউ হায়দুন দোরিয়ানগি পাং অম পীরকই। ওরেষ্টেসন খোকলে শা মনুংদ এজিষ্টসন য়েংবদ খুদম ফত্তব উখি, ওরেষ্টেসপু মরূ লৌথোকউ হায়রম্মি। ওরেষ্টেসন থাং অরূম্ব থেশালীয়ান অম পীয়ু হায়দুন লৌরম্মি। এজিষ্টসন শাদু মুন্ন য়েংদুন লৈরিঙৈদ মঙক্ত ওরেষ্টেসন ককখি। লৈরম্ব মীশিংদু তা পায়দুন থাং পায়ব ইমানীদ চংলক্লে তৌই। মহুদ ওরেষ্টেসন লাওখি—"ভাইখো লৈবাকমচাশা ঐ নখোয়গি য়েক্লব নত্তে, ঐ ওরেষ্টেসনি, ইপা হাৎপ লম্মন খুম্বনি ইপাগি প্রজাশা! মিংসি তাবদ মখোয়দু খুৎলাই থাদৈ, অহল হল্লবন চংহন য়েংলগ

এগামেম্নোনগি মচা অশেংবনি তাক্লবদ ময়ামন মঙোম্ব লৈ পরেং হুকই-লোইন হরাওনৈ। মাগি লম্মন শিংগ্রে ঙসি—এগ্রিষ্টসকি মকোক পুন্থন লাক্লনি।

কোরসশকপী: নুংঙাইরো হুজিক্তি মজাইবেম্মা হেকউরো লৈরাং পরেং লেংনব, নৌপৱাগি মকোক লুহুপ ওইন উপ্লিনব। হুজিক্তি নং ঐখোয় ইরক জগোয় য়াওব য়ারে চান্নবী। শজিমচান অহিংদ চেন চোংবগুম, লাংতকনরে লিরী শিংপ নুংশিংন, হরাওফিজোন শেংলবী ইবেম্মগি জগোই খোঙথাং উনিংবন।

ই: উরে কোরৌহনবগি মঙাল ইরং লংব, ঐবু পুন্নম্ব অমম্ব অহিং ইমিং তাহন্দন, থাদোকপিরে ঐবু হুজিক, থম্মোইগি খোজান হাংলে। এজিষ্টস শিরে, পাবুং হাংখিব নিপাদু লৈত্রে।

কো-শকপী: লাক্লে ইবেম্মা নৌপৱা ইবুংঙোদু।

ই: লানঙম্লক্লব ইবুংঙো লাও ইচেমদা, লাও নকোক উপ্লিগে লৈরাংগি লুহুপ! নংসু চংলকউ মরূপ পাইলেদস ইকপৱাগি থৱাই, ইখুংতৈ লৈরাং পরেংসি লোৱো অচুম্বগি মীচং।

ওরে: ঈশ্বরবু থাগৎপিয়ু ইচেমসি, নোংদম্ব মাগি থৌজালন হাংলে য়েক্ল-বম্ব, পুহল্লকইব মশাসি য়েংউ।

ই: অশিবসিবু উরগ ঐন তুক্কচবসি ইদি ইকাইদা। ঐন শিরবসু মীন অসুমন তুক্কচননিকো।

ওরে: অহিংব মী অমত্তন নঙ্গোম্ব অথীব রা-হায়নব লৈরোই।

ইং: ঐগি ইমাবু ইকাইব পীখিব নিপাদু নংনিকো? নংগি পাংদ্রব খুৎননিকো ঈপাক রাংম লাল্লুব্রিব এজিষ্টস, পাবুংবু হাংখিব? ট্রোইগি লান্দ মমিং অহুক চংখিব, হেল্লাসকি চাওখোকচভম ওইরিব পাবুংবু নংন হাংখিবকো, নংন লৌরম্ব রানীদু মবুক শেংদে হায়বদি নংসু থঙজিনি, নংবু মীনদি নিংথৌনিদি হায়নদে রানীগি

মতৈনিদি হায়রম্মি। নংসু হজিক থঙলে —নমথাক্লি মনাদি নমথাক্লি হায়ব। কনা কনানো মসি থর চিংথোকখো—ঐখোয়গি ইমা মপুবোইব হাৎপী লাক্লে, থাং থেংনব্রিভৈদ মাবু উহনব ফত্তে।

ও: ইমাশি লাক্লে, ঐবু পোকপী ঐবু য়োকচবী ইমাহ্র লাক্লে।

ই: লাক্লে মাবু ফানব লাংদ থুনব।

ও: ইমাবু কমদৌসি হায়ব? নংন হাৎকে হায়খিব্রা?

ই: তোঙ্গিদ। নমাগি শকপু কিব্রাও?

ও: ঐবু পোকপী, য়োকপীবকপিবু করমন হাৎতগে?

ই: পাবুংদ মানা য়ানখিব অত্নমন য়ানগদবনি।

ও: অমম্বনি হে ঈশ্বর।

ই: নংগি ঈশ্বরন উদ্রবু ম মিং. ন'বু মঙাপ উহনগনি।

ও: ইমা হাৎপগি বিচাবদি কনান তৌবনি?

ই: পাবুং হাৎখিবগিদি কনান বিচার তৌখি? পাংদব নংন ঐবু মাই-থীহন্দোবিব্রা? মহ্র য়াবোই।

ও: অঙদি কমদৌনি লোন্ন থিনগদ্রা?

ই: পাবুংবু হাৎখিব অত্নুম, নথোনা লৈয়ু, এজিস্টস হাৎলুবব ন্সিপা নব্রা নংবো!

ও: ফবে অহ মঙাইবে, ঐ ইমুংদ লৈগে।

কো-শকপী: য়োবক্লে বানী দোলাই তোংহ্নন।

ক্লাইটেম: ট্রোইগি মীনাই মুপীমচাশা। ঐগি পাম্বোমসি পায়ু—দোলাইদৈ কুমথগে।

ইলে: নত্তে ইমাশি. মীনাইগুবীগুম্বী ইমুমলৈজদবী ঐ লৈজবে সিদ, রানীগি পাম্বোম থাংন থাজৎনব।

ক্লা: মুপীমচা, লাম্দ ফারকপী মুপীমচাশিং লৈ, নং বাদব য়ানি।

ই : ঐসু ইমাশি লান্দ ফাবী নুপীমচাগুম্বীনি, ইপাগি কোন্নুং য়েক্লবন লোৎখ্রে, ইপা লৈত্রে, বন্দীগুম লৈবিব নত্রা ঐসু।

ক্লাই : মচানুপী হন্দোকখিবহ নং পাবুংনি, মান নুংশিব য়াব মচা ···· ঐসু হায়দোকউবাও ? ( অশাওব খামজে ) মিংচৎ থীগ্নবী নুপীন হায়ব ঙমদব লৈতে, নংন তুক্কজনিংবমখৈ তুক্কজো· মত্তুন কবি কান্নে য়েংউ। পাবুংন ঐবু মঙোন্দ থাজবকপত্ত ঐবু নত্রগ ইচানুপীবু হাৎনব্রাও ? লমহেনবী হেলেন ফারুনব ঐগি ইচা ঈশিংদ থাদখিব চুমব্রাও ? মান বাণী হাপ্পব অম য়ুমদ পুবক্লবদি ঐ তুমিন্ন লৈগদ্রাও ? মবম চাদন নপাবুংবু হাৎখি থল্লবদি ঐবু কিগনু হায়নিংব ব্রা হায়ু ঐ তাগে ?

ই : অদুদি ঐ খুমগে ইমাশি। ঈশ্বরন ইমাগ ইন্দোম্মচা হেলেনগ নচিননাওবু মবুক শেংন শাবকপ্রাও ? নশকপুদি নখোয়নী ফজে· নিপান য়ামন পান্নে। তাইবং মীবক্ত অতাংব, হেল্লাসন মতিকচান খনব ট্রোইন কিনব অদুক থোব পাবুংবু হাৎপগি মবম নচা নুপী লহদ কৎখিবগিনি হায়জিনব ঐবু হেক্ত থাজোবাও ? ঐ ইমাবু মুন্ন হংবা নচানি। পাবুং লেংখিবদ ঙাইবি নংন মিংশেল থাদুন কেবত্ত, য়েক্লবন মাইপাক্লগ হবাওব নংনি· মবম ওকপী নুপীনবু অদুমন তৌব হৌনব্রাও ? পাবুংগি য়েক্লবদ নংন মক্লপ শান্নবত্ত নুপীগি অওক ণ লাচৎলাও ? ওক্তবী মমাই খব লংবাদি নিপান য়েংনবনে, মত্ত হবাওক্লনো, ইকাইগদব ব্রানি লমচৎ নাইবীন। ইচিন ইকপব্রাবু কবি ইবাল লৈত্তন অব্রাব ত'তল্লিবনো ? পাবুংন তাল্লম্ব শেলন য়েক্লবগি খুংলাই লৈহনব চুমব্রাও ? মচাশিং ঐখোয়দ পীথোকপ চুমদ্রাও ? ইপা হাৎখিবগি লমল মচান শিংকম থোক্ত্রাও ?

ক্লাই : অঙাং নংগি নবুকচেলত্ত ঐ খঙব কুইবে। নং য়ামন ব্রান লৈবে, ঐবসু নুংঙাইন লৈ খনগনু, ঐ লাল্লুব্রব জাৎনি নপাবুংদ, থব্রাইসি ঙোত্তুন লোরবনি।

ই : নতেং লৈত্রব মতমদ কপ্লদি ফজবজাৎনি। নচানিপা অমদি লৈরিদো।
ক্লাই : ঐ মাবু কিব জাৎনি।
ই : নখোয় নিপান ঐবু সুক শাওরিব করিগিনো?
ক্লা : মাগি পুকচেলনি, নংসু অদুক তপ্ল নুপী নত্তে। মতুংদ নঙ্গোন্দ থীন তে হল্লবোই।
ই : নখোয় নিপাণ্ড ঐখোয়সিদ হিপ্তুন লৈ।
ক্লা : শাওগংকন্তু নুপীমচা। নংন ঐবু কোব করিগিনো?
ই : ঐ অঙাং উন্নবে হায়ত্তন পাউ চেনখিবনি।
ক্লা : কনান সেবা তোই? মক্লপ মপাং অমত্ত লৈত্রা?
ই : ইগল্দনি, চাকনীবীগি য়ুমদ মক্লপ কনা লাকপিনি।
ক্লাই : ইমুংদ চংত্তন য়েংগে লাই খুরুমগে। নংগি নতেং ঐন পীবনি। অদুগ কোন লাইখুরুমহৌব লক্ষাংদ য়োকব তাবে। নুপীমচাশা—নখোয় সিদ লৈহৌ।
ই : অনেম্ব মুমনি নোঙ্গুন চ বিয়। ফক্লাংত্ত মৈখু চুবনি, ফি মোৎকনি চেকশিনবিয়
ক্লাই : (খং) অংংণা তৌনু। ঈশ্বরগি মিংদ ঐন হায়বি, নমা হাৎপ হৌনদে তৌনু।
ই + ও : বুং হাৎনুবগি লম্মন।
ক্লা : অযো-ইমা। ঐ শিবে।
ও : ওন্থোক নি মমা হাৎপ ঐনু কনান ঙাকপিদগে।
ই : ইমান মখুৎ তিংথোক্লক নদমাবু ঙাকপিয় হায়বদু কবম্ন কাওসিনে ঐাগ খুৎসিন থিল্লুখ থাৎনি।
ও : খুরুমসি লাও ইচে, ফি অমন ইমাবু কুপশিল্লু।
(কপই অনীত্ত হিক হিক লাপন)

কো-শকপী : শাথীন য়েংথীনরম্ব শঙ্গাইদ
য়েংউ, থুংলরে, শান্তি মমৈদা !

ও : চংলো অতুদি মক্নপ পাইলেদস, ইচেমসিসি নঙ্গোন্দ কংলবনি। বিদায় ইচেমশি, শিবফাও নবুক শেংবী।

ই : নুংশিরব ইকপবা অমদি আর্গোসকি মক্নপশা বিদায়।

পাই : বিদায় নুংশিরব মক্নপ।



( নুংঙাইরব যন্ত্র ইশৈন পোইশিনখি )

# মপা নীংব রাম

## লীলা মীকোক

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। | ওঝা | চহি | ৪০ | — | দশরথ |
| ২। | চাওভন | ,, | ১২ | — | রাম |
| ৩। | ভোমচা | ,, | ১১ | — | লক্ষ্মণ |
| ৪। | মাইমা | " | ১১ | — | ভরত |
| ৫। | কুমার | ,, | ১০ | — | শত্রুঘ্ন |
| ৬। | সনাহনবী | ,, | ১১ | — | সীতা |
| ৭। | কেতুকী | ,, | ১২ | — | কৈকেয়ী |
| ৮। | ভোম্বী | ,, | ১৩ | — | মন্থরা |
| ৯। | পিশক | ,, | ১২ | — | প্রজা (১ |
| ১০। | বিধু | ,, | ১০ | — | প্রজা (২) |

# মপা মীংব ক্লাস

—:(*):—

## স্কুলগি কংসি শিংথন তাকপ

অয়ুক পুং ১০ তারে মোদেল স্কুলগি ক্লাস ফাইভত ছাত্র ছাত্রী মী ২০ মুক তম্মি। ওঝান চৌকীদ ফম্মি ছাত্র ছাত্রীশিংনা বেঞ্চদ ফম্মি। ওঝাগি মথুংদ ব্লেকবোর্ড লৈ।

ওঝা : অঙাংশা, দুর্গা পূজা থিংত ঙাইরেদো, কুমশিবু করি লীলা শান্নসিগে ? নখোয়গী অপাম্ব লৈরবদি হায়রকউ।

চাওব : ওঝা দুর্গা পূজাসিবু কনান হৌদোকখিবগে ?

ওঝা : অযোধ্যাগি শ্রীরামচন্দ্রনা লঙ্কাগি রাবন সীতা হুরানববু হাৎপ পাক ওমখিদে। পাম্বোম ভয়া পানবী লাই খুৎহেনবীনা মনাই কোকয়াম্ব রাবণবু কন্দুনা থমখি।

তোমচৌ : ওঝাবু লাইবেম্বী মান অতুক ওকব, মীগি নুপী হুরানব রাবণবু কল্লিব করিগিনো ?

য়াইমা : অদুদি ওঝাদ হংউদ্রবসু ঐ তাকে তোমচৌ ভায়। নুপী চেল্লব নিপাবু পাক ফানদে।

ওঝা : তাকউনে য়াইমা নংনা অথঙব।

য়াই : হুরানব পুম্নমক ফাদোক তারবদি কনাসু হুরাম্নরোই তোমচৌ ভায়। হৈন শিংনা, লোৎফম লৈন, উকন ফন হুব জাৎতি নাম্বোকখি। মতিক লৈবন হুবানবদি ফনব য়াই।

কেতুকা : দুর্গাদেবীসিবু ওঝা, উকীলগি থবক তৌরা ? রাবন শেল কয়া পীতুন নেকইদগে ?

য়াই : মিশ কেতুকী, দুর্গা দেবীদি উকীল নত্তে। মনাই চানবী লাইরেম্মা অমনি। মঙ্গোল্দ চংজব মীহু চানবীব অাংনি, লান্নবসু চুম্মবসু। ঐগি মীচংদ ওইব ঐখোয় ইমাগুম্ব অাংনি।

তোম্বী : য়াইম বাবু লাইরৈবাকসিবু অয়ানব ফাব থানা লৈত্রাও ? অচুম অয়াল বিচার তৌবিনব থাম্নেনশং লিংত্রাও ?

য়াই : মিশ তোম্বী, ঐ লাইরৈবাক থূংন য়োজক্লদ্রি, থানা কদায়দ লৈব কোর্টিন কদায়দ—লৈব ভুগোলদ য়াওদে ঐ খঙজদে—। অশিব অনাব নাইদব লাইশিংসি লমদি হেন্নত্রে থাগীদ।

ওঝা : লাইরৈবাক থানা লৈতে, অতুবু অচৌব লাইশিংন হায়ব মচান ইরৈ। লাইখো, দুর্গা পূজা তৌবগি ময়ম হায়খিগে।

চাওব : তাকপিসি ওঝাবু।

ওঝা : য়াইমন হায়গুম্মতুন য়াবণ পোৎচৈ য়ামন কৎপন দুর্গাদেবীন য়াবণবু লূন তৌই। থম্বাল অশংব ১০৮ কৎপদগি দুর্গান রামগি পূজা মহৈ য়ালহনখি। হেম পাম্ব পোৎ কৎলগ মীসু লাইসু পেন্নে।

চাওব : তাব তাজরে ওঝাবু শ্রীরামন রাবণ হাৎপ ঙম্নব দুর্গা দেবীন মপালৈতন পাম্ব পোৎ থম্বাল অশংব ১০৮ কৎতুন পূজা তৌখি। ঐখোয়গি লীলাসি রাবণ হাৎপ, কাক যাত্রা হুমিৎকি লীলাদু শায়সিরা ?

মনি : মকোক ১০ পানব, মখুৎ ২০ লোংব রাবণ শাবিনব লৈতে, মদু শায়ব ঙম্মোই।

ওঝা : ঐ অম হায়রগে, নখোয় বেরা তৌগদ্রা ?

ময়াম : বেরা তৌজরোই, ওঝান শায়বসু থারোইদব চুৎসু চুংঙাইদৌব অম হায়রবিয়ু।

ওঝা : "মপা নীংব রাম" শামসি।

ময়াম: শামসি, শামসি। (ইয়াং লাংই) মহ মুংঙাইনি, সনাহনবীবু সীতা শাহনসি।

ওঝা: ঙাইখো লাংখিহ। লীলাসি মুংঙাইনব নখোয় ভাব তাব কৈ মায়ীহ নংন নংন শায়িবহ্ন পকনব মা থয় হংগে, নিংথিন থুম্ন। নখোয়বু অপোকপ নপা, বাজি বাজিহ্ন মুংশিনদ্রাও?

মনি: মুংশি ওঝা, বাজিন ঐগি পোৎচৈ মামন লৈবি, লাইয়িক ভমহল্লি, মুপীসু থিবিনি হায়।

তোম্বী: ঐদি বাজিসি কয়া মুংশিদে ওঝাবু।

ওঝা: কয়িগিনো তোম্বী?

তোম্বী: ওঝাবু ঐখোয় বাজিদি মুপী অনী লোল্লি, অতোম্বীগি মচাবুন ঐঙোম্বে হেয় লুন তৌই। থরদি মুংশি হায়ববু বাজিবু ঐ মায় মুংশিব ঙমজদে।

ওঝা: রামচন্দ্রগি পাবুং দশরথ নিংথৌদি মুপী ৭০০ লোল্লি। মচা মরীমক্ত মপাবুংবু মুংশিদে হায়ব ভাদে তোম্বী।

তোম্বী: ওঝাবু দশরথ নিংথৌন মাগি মুপী ৭০০ অমসুং মচা নিপা ৪ বু চপ মায়ন মুংশিব ঙমলমগনি অহ্নবনি। ঐখোয় বাজিদি অতোম্বী অমদি অতোম্বীগি মচাবুন হেয় মুংশি।

য়াইমা: ওঝাবু ঐন বাজিবু মুংদি মুংশিয়গ মামন কয় মুশিংব ঙমজদবদি ঐখোয় বাজিন দগরথগুম্ব নিংথৌ অচৌব ওইয়মগেদি হায়দন ফুলগি চৌকিদার ওইয়ম্ব অসিননি।

ওঝা: য়াইমা! মী পূয়মক মান মান পাম্ব থুংব নত্তে। লাইবক মায়দে, অতোংব থয়, অকুৎপ থয় হায়বহ্ননি। অহুবু ইপা ইপান ঐখোয়বু লুন য়োক থাকপিবগি দমক ঐখোয়ন মুংশিক্কম থোক্তাও?

কেতু: মুংশিক্কম থোকই ওঝায়। ঐন য়ায় পিক্লিঙেদ লৈথিল্লব ইপাহ্ন, মতা থব ঐবুদি লুন চায় ভৌবিরম্মি হায়ব ভাবদদ ঐ য়ামম

মুংশিজে। হৌজিক ফাওজা মপা হিংলিব, কাংগ্ৰ, অমত্ত ওইরবসু লৈবিরিব মপাবু মুংশিদে হায়ব শিংহু তৌবিরল খঙ্কব জাংনি, মবা লৌখিরক্নু। ( ময়াম খুবাক খুই )

ওবা : ফরে লাংনু ঐখোয়না হন্দক পূজাসিদ শায়দৌব লীলাদি বোর্ডতা ইগেকো।

"মপা নীংব রাম" ( হয়ই )

পিশক : বাদি বারৌবিনু ওবাবু, বা অমত্ত হংজহৌখিগে।

ওবা : হংউনে, নখোয়না হংলকপ খুদুব ঐ লাকইবনে চাকওন চায়ন।

পিশক : লীলাসিন ঐখোয়দ করি কায়রহন্দগে ওবাবু ?

ওবা : মহুদনিনে ঐন নংবু পিশক বুহু হায়রিব।

পিশক : বুহু হায়রকনি হায়রন ঐসু হংব তনবনিনে ওবাবু।
( ময়াম নোকই )

ওবা : খঙনিংব হংদহুন লৈরবগি বুহু হায়বনি শাওনু পিশক, হংলক্ল-বদি অশিংব পিশক কৌরনি। "মপা নীংব রাম" গি লীলাসি শায়রগ নপাবু খর খরদ মুংশিরবহু য়াম মুংশিরকনি, মুংশিব চুম্মি হায়ব জ্ঞান তারকনি। রাম, সীতা, লক্ষ্মণ চিংব শাবদগি তাইবং পান্দ কায়রব মীতৌ তম হায়ব মহৈহু খর হৈহৌনি। পুম্নমক্কি মথক্ত লীলা য়াওব মুংঙাই, য়েংবদ মুংঙাইবগুম। সনাহনবী নং হায়, হৌজিকালদ নিপাম্মচাশিংন লম্বীদ করম্ব লীচৎ চংলি।

সনাহনবী : নিপাম্মচাশিংন মুপ্রীমচাশিংবু লৈকে, একাগাড়ী কয় থোই, লম্বীদ অহল লম্মন তাখিব য়াই হায়ব কিদন মচিন্দগি অথীব বা কয় চাথ্রোরকই।

ওবা : মুপা মচাশিংন লম্বীদ চাওশিনরিবনি মখোয়বু গোকপ মপাশিংন য়ারিক্র ?

বিধু: নশক্তিদি পংক কজে হায়বনু তায় বং নপা লাইরবন ওয়াংদ লৈ-
বিরকপ লাইরিক্ত্ যোম্পোক্লগ শিনেমা য়েংব ওম্মি, নংন মপা নিংব
বাম শাবদ ঐ নোক্লিল্লকনি।

পিশক: পক্লোইদব ওইরবদি শাজনরোই, ময়ামগি লীলা লুংঙাইব হুম্বনব
তৌজনীংদে ওঝাবু।

ওঝা: করে অন্থদি থর য়াংব চাওব বং রাম শারো, য়াইমা নংন ময়াম্ব
নীংব ভরত শারো। তোমচৌ নংন লক্ষন শারো।

বিধু: হুম্বরব দশরথ নিংথৌ শাবিনবদি লৈতে কযদৌনি ওঝাবু?

ওঝা: নখোয় নহাসু হুম্বব হুম্বরী শাব য়াই লীলাদ যেয়া লৈতে, শেষ
শারগ য়েক্লগ মালহম্বব তৌব য়াই, ঐবু শাও হায়রবসু শাগে বেয়া
লৈতে। ( ময়াম্ব খুবাক খুই )

চাওভল. ঐবু রাম শাজৌ হায়রবদি ওঝাবু, য়াদি যারৌবিয় ময়ামগি
লীলা লুংঙাইনব সীতা শাগদবসি—

কুমার: রামন সীতা অপাম্ব থনবিরিব্রা?

চাও: ইহে ভাব ফত্তব থনবিদু ইবুংঙো কুমার।

কুমার: ভাব ফত্তব নচ্ছদে,, ঐ সীতা শাবদ পক্কদব মীশক হায়জরকে।

চাও: হায়বিরকও তাসে।

কুমার: সনাহনবীন সীতা শাব পক্কনিয়ে।

চাও: ঐন সমর্থন তৌজরে।

ওঝা: সনাহনবী নং সীতা শারোনে। বেয়া তৌনঙু লীলানি।

সনাহন: পকপু পক্কি হায়রবদি শাও হায়ব অম শাজগে, বেয়া লৈজদে।

ওঝা: বেয়া তৌনমবু মাব যান শাগদব পার্ট ঐ হায়রকে, মুম্ব
ভারোকো।

ঐন দশরথ নিংথৌ হুম্বব, চাওভম্ব শাথং ফারব রাম, তোমচান
লক্ষ্মণ, য়াইমা ভরত, কুমার শত্রুঘ্ন, সনাহনবী সীতা, কেতুকী কৈকে-

মী, তোম্বী মম্বুরা, পিশক অযোধ্যাগি প্রজা ১, বিধু অতোপ্প প্রজা অম।

শান্নদৌরিব লীলাগি মতাংসি ঐখোয়্নন পাখিব রামচন্দ্রন মপাগি বাশক ঙাক্লব বন্দা চহি ১৪ লম্মন অমসুং সীতাগ লোইননা চংখিবগি অহুনি। কৈকেয়ীন দশরথতা বর অনী মমাংঙৈদ তোনখিব নিখি, অমন রামবু বন্দা চহি ১৪ থাব, অমন মান পোকপ মচা ভরতপু অযোধ্যাগি নিংথৌ হাপ্প। মবুক পিকপী মীনাইন্নুবী মন্থরাগি থৌইনশিন্দে—কৈকেয়ীন বর অনীচু নিখিবনি। বারীচু নখোয় অয়াম্ব খঙডি। অচুদি মতাঙ মতাঙ চান নখোয়্নন খুন্নিংব বা হায়নিংব বা হায়নরক্লোকো ঐ লীলা হৌরে।

পিশক: লীলা হৌদ্রিঙৈদ বা অমত্ত হংজহৌখিগে ওঝাবু।

ওঝা: করিনোনে পিশক খীম্বরনু হংলোনে।

পিশক: লীলাগি ভোল্যুম য়াওদন মাগি মাগি পার্টতু মশা মশান লেংলগ ঙাংনব তারেনে ওঝাবো?

ওঝা: লীলা লেংন লেংন শান্নব হায়বঙনি, ঐখোয়্নন ঙাংনব মরামদু কোয় অমুক পুন্ন ইথোকসি। হুজিক্কি তম্বগুম্বজাংনি। ঐ হৌর-গেকো, মী খুদিংমক শেম শাহন লৈনরোকো।

বিধু: রেদ্দি প্লীজ, ( হুইশেলন শা থোংই )

( যন্ত্র ইশৈ সুংঙাইরঘ মতেক অম তায় )

লব্বীদ লাওহন পাউ চেন্নি—"হয়েংদৈ রামচন্দ্রন নিংথৌ"

ওঝা: হরাওরেদ ঙসিদৈ অযোধ্যাগি প্রজাশা, ঐন অহল ওইরে ইমিং ফল্লে, ইপোক্ক ঙৌরে ইথাং কোল্লে, ইচানিপা অহল রামচন্দ্রদ নিংথৌ খুভম শিন্নরনি তাবদ মী খুদিংমক সুংঙাইবগি ইথক ঈরোই-ত্থন শান্নরে। ঐন নিংথৌ ওইব তোকপ ঙাইব বারম্বব বা ওইরে নখোয়দে।

প্রজা ১ : মপী ৭০০ রাণী হাপ্লিহুন শ্রীযুৎন লৈবাকসিদ মুংঙাইন পানবি-রকইবসি কন কুইরে আজ্ঞা। নজা ইবুংঙোদ অমুক শিন্নবিব ফরে, পেন্দব তৌবিনু ইনিংথৌ।

দশরথ : নিংথৌ ওইব কুইমনগ্রমানে হায়ব হন্দক খঙই ঐবো। ইচা চাওস্রি হায়হন তৌরম্বনি নবুক ফত্তব তৌনু প্রজাশা। ঐন পাল্লিভেদ ননীং খুংলমদবশিংহ প্রজা নুন নীংগদব, মতিক চান লৈঙাক পথাপ তম্নব ইচা, রামচন্দ্রন গনতন্ত্রগি পথাপ য়েংহুন লৈবাক ঙাক্লনি হরাউরো প্রজাশা।

প্রজা ২ : ইনিংথৌ ইবুংঙো, ননাই ঐখোয়দি রাম মুংঙাইজরে নজা ইবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রন নিংথৌ ওইনি তাবদ। ঐন খিৎতং রাজব হায়ববু, রাণী ৭০০ সি মকম তারগ করি থবক শূব হৈগদগে চেং তাংবদ, অসিদ ঙাইরে।

দশরথ : ইচা নিংথৌন মরাইন থাকচনি, নথৌ লৈতে, তুমিন্ন লৈমু। হয়েংদগি নিংথৌ ওইব তোক্লনি হায়হুন প্রজান ঐবু উশিত্তব হৌ-রব্রা ? নচৎ অদুন ঐন শিন্দ্রিফাওব নিংথৌ খুভম থানিংদবনে।

প্রজা ৩ : থারোবিনু আজ্ঞা, ননাই ঐন হঙ্গৎচবদি নজা ইবুংঙোশিংন রাণী য়াম থিনিংদনব তাকপিরম্মু হায়জবনি। ফজবী রাণী ওইবদ মতিক চাবিশিংদি রাণী ওইব হেক তোকপদ থবক শূভম লৈতহুন মতম লেনব থাই, মথোং চাগন্দে হায়জবনি।

দশ : চিংনমু প্রজাশা, ঐগি ইচা রামদি সীতাদগি হেন্ন রাণী অতৈ থিরোই। রামগি রাজ্যদ প্রজা রাজ লৈগনি খঙঙ্ক। হয়েংদৈ অযোধ্যাদ প্রজারাজ, হরাওরো প্রজা পূন্নমক।

(ফজরব মন্ত্রগি খোনবুন মতেক অম মুংঙাইন তায়। মমৈদ রাক্ক শ্রেং লাওন লোইশিনখি।)

কৈকেয়ী : কনানো খোংজিন্দ সুং সুং কপ্পগুম তাবিবসিবো ? রাণী কৈকেয়ী ঐগি ইনাই অচানবী মন্থরা নত্রা ?

মন্থরা ( সুং সুং কপ্লন্দে ) : মানি রাণী ননাইনুপী মন্থরানি।

কৈ : নং কদায়দ চৎলুই, ইনিংথৌগি করি পাউ তায় ?

ম : ইনিংথৌ হয়েংদগি নিংথৌ তাংবন থাদোক্লনি, মজা ইবুংঙোহন রামচন্দ্রন নিংথৌ ওইরনি হায়দুন লৈবাক প্রজা পুম্নমক হরাও তয়ামদ লুপখ্রে।

কৈ : অদুক নুংঙাইব রা তারগ নংন সুং সুং কপইব করিগিনো ?

ম : লৈবাকন নুংঙাইজরবসু ঐগিদি ইবুঙ্গি য়েক্লে রাণী। মবমদি রামচন্দ্র কৌশল্যা মহারাণীন পোকপনি, ইবেম্মন পোকপ নচা নত্তে নজা ইবুংঙো ভরত্র নিংথৌ খুতম শিলহৌরবদি ঐখোয় কয়া নুংঙাইহৌগবা।

কৈ : নিংথৌগি মজা ইবুংঙোহন মবুক ফব মতিক লৈব বামচন্দ্রনি। ইপা ইপু হাকক্লগি মচাহন্ন নিংথৌ মহং শিন্নৈ, ঐগি ইচান নিংথৌ ওইব ময়াম্বুং লৈন লৈন আইন নত্তে, চৎনবী নত্তে। মীনাইনুপী নংন করি খঙই ?

মন্থ : শকহেনবী রাণী, মীনাইন মবন্নাইগি কান্নব বাদি খঙই, লৈবাক্কি চৎনবী, আইন কন্নিমত্ত খঙজদে ঐদি, অদুবু নজা ইবুংঙো ভরত্র নিংথৌ ওইহৌববদি ইপুইনাইগি নুংঙাইব হেন্নি। মদুগি পান্থেসু লাইন লৈ। পান্থে লৈন লৈন শিন্নিন্নদবদি হয়েং তুংদ নিংঙম্লকব য়াই রাণী। বাখল মুন্ন তৌবিয়ু। লক্ষ্মন, শত্রুঘ্ন, রামগ অমও ওইখিনি নিংথৌ ওইখিবদে, নজা ইবুংঙো ভরত নাইতোম তাহৌনি।

কৈ : নবুক কত্তবী মীনাই তুখিন্ন লৈয়ু, নংন সুম সুম কক কক ইজিন্দুন ঐগি ইবুঙ্গি ওক্লকুন তোক্লনি।

ম : মতম লৈরিবৈদ ম্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু রাণী, ঙসি অহিং নিংথৌ দশরথ ঐথোয়সিদ লেংঙকনি। হয়েং নোংঙান্দুন নিংথৌ তোক্তিরবৈদ মঘাং- বৈদ বর অনী ইবেম্মদ পীবিনি হায়বত্ নীবিহৌ। হয়েং ম্নৌপ্রবদি বরত্ মমল কাররোই, মতম হেনপ্রব কায়ব ম্নাত্রব চ্যেকতা তারনি।

কৈ : মত্বুদি চুম্মি মন্থরা, নিংথৌ ওইব তোকপ্রগ বর অনীত্ নীরুবদি থোইন কান্নররোই। রামচন্দ্রন্ বর অমন চহি ১৪ বন্দ চৎহল্লু, অতোপ্প বরন ইচানিপা ভরতপু নিংথৌ ওইহল্লু হায়বদ ম্নাশক কায়দব নিংথৌন ম্নারক্কনি। নিংথৌত্ থম্মোই কায়নি, প্রজা মম্নামসু অবাব ঈপাক্ত লুপকনি। ঐবু মীয়ামন থীন চৈননি, লৈবাক্কি য়েংদবী মশাগিদ খনবীনি হায়ন থীন চৈননি। ঐ ঙম্মোই মন্থরা, হৌনব খঙবী রাজকন্যানি ঐ, নংঙন্বী মীনাইমচাগি বা ইনব হোনদে। ঐঙোন্দ বাত্ ইনশিন্নকনু ঐ ঙম্মোই মন্থরা।

মন্থরা : মতম লৈরিবৈদ বাখল তৌবিহৌ রাণী, ঙসিদ ঙাইবে খুদোং চাবত্। তাইবংমীগি তুংদ করি ওইরদগে খঙব ঙমদে। নিংপোং- পোকপী মমা শিজ ওইহৌববদি হিংত্ন লৈব ঙুংঙাইনি রাণী।

কৈ : চুম্বুদি চুম্মিনে, মীন থীন ঙাংনদোবসিনা ঐ খঙদ্রে, ঐ খঙদ্রে ! কোক ঙাওবে।

ম : মীন থীন ঙাংনবৈদমক মফম থাদোকপ নিংথৌ মন্ত্রী লৈত্রাও ? ঙুংঙাইবগ লোইরবনে রাণী, লৈবাক্ত কল্লক্কুন ঙাংনব বাদি ম্নানাকোংদ হাপ্লিক্কনো, কার তোংত্ন সিনেমা য়েংসে, দলালদ লৈসে ইবেম্মা।

কৈ : ঐ বাখল তৌখিগে, অমুক্ত লাংখিনু মন্থরা নঙ্গোনবী শকথীবা।

ম : ইশক থীরবসু ইরোশিংন চৎচবী ননাইনে।

( থোঙদ দাক দাক থীনব মথোল তায় )

কৈ : কনানো হংউ মন্থরা ।

দশরথ : নবুংঙো দশরথ নিংথৌনি রাণী, থোঙ হাংউ, কনানো অমদে ?

মন্থরা . ঐজ্ঞা, ননাই মন্থবানি ইনিংথৌ, লেংশিনবিরকসি। (থোঙ গে হাংই)

দশ : রাণী নংদি পাউ তাদ্রিবা ? ঐ হয়েংদগি নিংথৌ ওইব পোথারনি, রারে অহল ওইহুন, নজা ইবুংঙো অহল রামচন্দ্রন লৈবাক ঙাক্লনি পাউসি তাবদ অযোধ্যা পুম্নমক হবাওবগি ঙমথৈ লৈত্রে; ঐন নিংথৌ ওইরকলিবসি কুইরমানে, প্রজাশিংন ঐবু নিংথৌ তোকহন্নিংব কুইরমানেদা।

কৈ : ইনিংথৌন চহি ৭০০ নিংথৌ ওইবিরবসু রাণীনদি ৭০০ শুবনিন, ঐন রাণীনি থঙ্গবদি চহি অমত্তনি ইবুংঙো। মন্থরা নং চারা কাফিরা করিনো খব লোল্লুচে। চাকশংদ চৎলু।

মন্থরা : চৎচরে ইবেম্মা, শ্রীযুৎপু চানা কঙো হাব য়াখিদ্রা খঙদ্রে, রসগুল্লাদি লৈরম্নি থাজদ্রেদা। (চৎখি)

দশরথ : পেন্দব তৌনু অযোধ্যাগি বাণীয়াইমা, নংগ হৌমিন্নবী কয়া লম্বীদ থবক শূহন, লৌথুক্ল লৌ কুমহুন মবুক থরব লাক্লরি।

কৈ : মাগি মাগি মরাইবক্ত তম্লম্বননি ইবুংঙো।

দশ : লাইবক হায়বসি রাণী ইপাঙল ইরৌশিং অমদি লমচৎন শেমগৎপ য়াবনি।

কৈ : ইনি থৌন ঙাসিদৈ হেন্ন সিংহাসনদ লেংশিনবিররোইদবনিন, ননাই ঐগি তুংগ লাইবক শেমগৎচহৌব তারি।

দশ : শেমগৎকদবানি রাণী।

কৈ : শ্রীযুৎন ননাহ ঐঙোন্দ পীবিগদব বব অনৌ মমাংঙৈদ সেবা তৌজখিবগি লৈরি, কাউবিরব্রা ?

দশ : কাউদে রাণী, করি কবি পাম্মি হায়য়ু—আগ্রা সত্তবদ দোকান প্লোট পীয়ুবা, অযোধ্যাগি লঙ্কাং, কয়া পাক্ল লৌনিন্নব মফম পীয়ু হাযবগে, নমিং মুংচৌদনব জাগোই ইশৈগি হোল অচৌব শারগ কৈকেয়ী হোল কৌসিরা ?

কৈ : মহুগুম্ব অমত্ত পামজদে ননাই ঐদি। পীবিনি হায়তুন রাশকখ্রব বরনিদো ?

দশ : সূর্য্য বংশগি নিংথৌ দশরথ রাশক কায়ব হৌনদে চহি সুক য়াম্ম-বদা। অপাম্মচ হায়য়ু পীনি কৈকেযী ?

কৈ : ইনিংথৌ, বব অমন নজাইবুংঙোঙল বামচন্দ্রবু চহি ১৪ বন্দ থাবিয়ু, অতোপ্প বরন নজা ইবুংঙো য়াইমা ভবতপু অযোধ্যাগি সিংহাসন্দ থাক্সংপিয়ু হায়েংমক। অনীসি নত্তব বর অতৈ ননাই ঐ পামজদে। ( শ্রেং লাওব খোঞ্জেল তায় )

দশ (নোং থাকপগুম তাবগ) : কবি বানো অদুদি কৈকেয়ী ? তান চাদ্রব মতমদ অহুগুম্ব বব নিবদি করিগিনো ? লৈবাক পুম্মকত হয়েংদে রামন নিংথৌ ওইরবনি হায়ব লাওথোকখ্রবদ চৎনবী খঙবী, আইন খঙবী নিংথোমচা নুপা নংন হমুরব ঐগোন্দ অহুক তম্মথীব বর নিবদি করিগিনো ? অমুক্ত খম্মখো, মহু নত্তব অতৈ নীয়ু ইবেম্মা।

কৈ : পীবিরোই হায়রগ তোকউ ঐ অতৈদি পামজদে।

দশ : হুমিং খরদদি য়েথোকখো কৈকেযী, ঐ নচাবু মতম খর লৈবগ নিংথৌ ওইহনগে হয়েংদৈ মক্তি হাকমল্লি রাণী।

কৈ : রামন নিংথৌ ওইখ্রগ কবমন তোক্লো হায়রুদগে, অবেম্ব বানি-ওইহনগে হায়বগ হয়েংমক, অদু নত্রবদি পী বরনু বরদু।

( নোং থাকপ মথোল তায়, দশবথ ) লৈমাইদ বাম্বহন তুখি। “বিষ্ণু বিষ্ণু” শোন্দুন।

কৈ : ইশিং পুরকউ মম্বুরা নংন ইজিনব বাহৈ লীম চিক্তুন নিংথৌ বাম্বত্রে।
ডাক্তর কৌরকউ, মাংব তারে, বর পীরমদ্রি হায়।

( গীটরন তিং তিং তিং খোংই )

( অয়ুক্কি উচেক মচা খোংই, কাক খোংই )

রাম : করিনো মিৎসি চোংথ্রেদা ঙসিদি। জানকী নংবু কোল্লিক বাইরম শেংইব্রা কৈদৌরি ?

সীতা : শমজেৎ হাৎচরি করি ওইরবনো ইবুংঙো ? মঙবু ওম্মোকন মুং-ঙাইখিদ্রেদা ঙরাং অহিংদি।

রাম : করি মঙ মঙবগে ?

সীতা : নারক শিংলক্ত চৎপদ চাওরব লীন অমন চীকে তান্নরম্মি, মমৈদবুদি মখোয় য়াম্মুংন হাৎপিখি।

রাম : থৌশাক্তম্ব মকু মঙ হায়বত্তুনি। ঐসু মিৎ চোংথ্রে ঙসিদি। নংবু কম্বান্দ কম্বদ করম্ব মচুগি ফিগে শেৎকদগে ?

সীতা : লফু লৈয়োন মচুগি টেলেরীন সারী শেৎনিংই. অদুবু লৈতবনিন বেনারোসকি সারী অশংবসি সুম শেৎলব হায়বত্তুনি।

রাম : অযোধ্যাগি প্রজাশিং য়ামন বানরি চাক তাংবৈ, পংকে কেব ফত্তে রাজকুমারী, কোম্ন পিকথম্ন লৈবিনি। লক্ষ্মণ, তৃম্ব হৌগৎপ্রবা ?

সীতা : উর্ম্মিলান চা লোনবদ শিং চাক্তে হায়তুন ননাও ইবুংঙোদু শিং খায়রিমানে।

রাম : খায়গদবনি, নিংথৌমচানি হায়তুন কেথোকপ চুমদে, নংসু মোইথাপ নাইয়ু সীতা, নংন শাব ফি শেৎনিংই।

( টেলিফোন ক্রিং ক্রিং খিংলকই )

সীতা : টেলিফোন লাকমানে আর্য্যপুত্র, অমুক্ত পায়বিগদ্রা ?

রাম : হেল্লো ! ঐ রাম্নি. কনা ওইরবনো ? খুরুমজরি গুরুদেব বশিষ্ট-মুনিজি । করি তাকপিগদবা ?—পাবুংবু হকচাং ঈরে হায়বা ? করি বানো অহদে ! বিষ্ণু বিষ্ণু ! ননাই ঐখোয় লাকচরে। ( টেলিফোন থম্মগ ) থিল্লে সীতা, লক্ষ্মণ কৌরকউ কোন্নুংদ চৎসি, পাবুং মূর্খা ওইখ্রে হায় । ঐ চৎলম্মে। ( চেনখি )

সীতা : লক্ষ্মণ, লক্ষ্মণ তারিব্রা উর্ম্মিলা !

লক্ষ্মণ ( অরাপ্পদৈ ) : করি ওইরবনো ইতৈমা, চা থিন্নং থকচরি লাকচরে লাকচরে ।

সীতা : নয়াম্বুংদি কোন্নুংদ লেংখ্রে, পাবুং হকচা' ঈরে, বাম্বরে হায়রুন, নং চৎলোইদ্রাও ?

লক্ষ্মণ : চৎচরে, ইতৈমা । করম্মো, বিষ্ণু বিষ্ণু ! উর্ম্মিলা ! ঐখোয়গি কার কনান পুখ্রে ? অথুব নংব হৌনদে কোন্নুংগি গাড়ীনা । খোঙন হেক্ত চেল্লে ।

সীতা : নয়াম্বুং য়াইমা খোয়দি লৈতেদো নন্দিগ্রামদ লৈখিমানে ।

লক্ষ্মণ : ইতৈমা, শত্রুঘ্নহু অমুক্ত "রিং অপ" তৌবিয়্—নন্দিগ্রামদা ।

সীতা : ফোন নম্বরবু কয়ানো ?

লক্ষ্মণ : দবল নাইন ও থ্রী ওইরিনি । ঐ চৎলে ইতৈমা ।

সীতা : হেল্লো, এক্সচেংজ, গীভ মী দবল নাইন ও থ্রী ।

( গীটরন নেয় তিং তিং কাপই )

রাম : করিমত চিংনদন' তাকপিয়্ পাবুং, করম্ব নীংব থুংদব লৈবিবগে ? পাবুংন হায়বদ ইঙ্গগদব নচা নিপা অহন রামনে ।

দশরথ : ইপাগি রাম, করি হায়রন নঙোন্দ ভমসিগে—ঐ হায়ব ভমদ্রে । ( শোয় ভাংই )

রাম : পাবুংগিদমক থবাই ফাওব থাদোকপদ চিংনদব রামন হক্কচরি, তাকপিনীংব তাকপিয়্ ।

দশ : নমা য়াইম কৈকেয়ীদ বর অনী পীগে ইপান বাশকখি অচৌবে অনাব লাইকম্নবগি। হৌজিক হিংচাবী অসিন নংবু বন্দা চহি ১৪ থাখিব অহুগ মচা ভরতন্থ নহুংতা নিংথৌ ওইহৌব পাম্মি। ইপাবু কম-দৌসিগেনে রাম ?

রাম : পাবুংগি বাশক কায়ব য়াদে ননাই ঐ ঙসিমক বন্দা চংচরে, ইনাও ভবতপু নন্দিগ্রামদগি কৌরগ নিংথৌ হাপ্লিহৌ।

দশ : রাম রাম, রাম! নং ইপাবু বারোম্বকো রাম। ইপাগি বরন নং অমাং অতা লৈত্রব মিংচং ফংউকো ইপা পেল্লে রাম।

রাম : কৃপানি পাবুং খুরুমজরি নচান, বন্দা চংচরে বিদায় পীবিরো।

দশ : রাম, মঙ্গল ওইরকউ মপা নীংব রাম।

লক্ষ্মণ : চংনবী, আইন, ধর্ম্ম লৈতব অযোধ্যাদ ঐসু লৈনিংদ্রে পাবুং, য়াম্মুংগি তুং ইন্দুন লক্ষ্মণ ঐসু চহি ১৪ বন্দ চংচরে।

দশ : খঙদ্রে, লক্ষ্মণ—নংসু নয়াম্বগি তুং ইল্লগেরা ? ক্ষেত্রি মচাগি বাশকপন ইপাবু পুনখ্রে লক্ষ্মণ।

সীতা : ইকু ইবুংঙো, ময়াম্মুং লৈত্রবদি অযোধ্যাদ লৈবগি কাম্নদ্রে ননাই ঐসু বন্দা চংচরনি।

দশ : নিংথৌগি মচানুপী খোংলবী নৌরবী নংন করমন শা কৈ, হিংচা-য়াতম্বন থল্লব বন্দা চংকদগে সীতা ? ইকুদি অান তাদ্রেনা।

সীতা : করিমত চিংনবিনু মনাইমুবীদি মপুগি মতুং ইনব হৌনৈ। ইবুংঙো মান লৈব মফমদ ননাই ঐগি স্বর্গনি। বিদায় !

(অবাব যন্ন ইশৈ মুংশিন থম্মোই নীরু তাই, কপ্লবৈ মথোলসু তায়।

ভরত : পুকচেল পিক্লবী ইমা কৈকেয়ীন ঐগি মুংডাইনব শিনবিবদ অযো-ধ্যা মাংলে, মুংলে। তোম্লিদা ইমা কৈকেয়ী ? নংবু নিংথৌগি মচানিকো।

শক্রঘ্ন : য়াম্বুং, ঐখোয় ইমাগি মরালদি খিৎতনি, মীনাইশুবী মন্থরা শকথিবী নম্বোনবীন ইনসিনবদৈ থোক্লিব বানি।

ভরত : ন চৎলু মন্থবাগি অপোনব মনঙ্গদ্ধ খোংপাকন কাওহন চুমথোকউ চৎলু। ইমাদ হায়রম্মু—ইমানিদী অযোধ্যাদ লৈরোই হায়ছন। ঐ য়াম্বুং খামহন অমুক্ত য়েংউখিগে।

শক্রঘ্ন : য়ায় কনি য়াম্বুং। ইমা ধর্ম লৈতবী মীচং নাইবী কৈকেয়ী। অযোধ্যা থম্বালদ তীনখাক ওইন চিকপী ইমা।

( অয়াকপ খোয় তিং তিং তিং কাপই সেতারন )

( বনগি উচেক-বায়া খোংব, শা-কৈ খোংব তায় )

রাম : ফজখ্রেদা চিত্রকুট হায়ব মফমসিদে সীতা।

সীতা : ইবুংঙোগ চৎমিন্নবদ লৈবম মফম পূম্নমক ফজদব য়াশদে, নুংঙাই-তবা য়াওজদে।

রাম : ঐসু সীতা নংবু য়াওববদি কৈ নোংশা কিদে. হিংচাব কিদে, অবাব অমত্ত লৈতে। কবিনো লক্ষ্মণ তফিং তফিং লাকপদে ?

লক্ষ্মণ : য়াম্বুং য়াইমা ভরত-শক্রঘ্নগ লাকই, কবিগি ওইবিগবা।

রাম : চংলকউ লাও, ভরত শক্রঘ্ন, নখোয়নাদি কবি থবক্তি লাকই, লৈবাক ঙাকে, পাবুংগি সেবাদি তোগে হায়দনা।

ভরত : য়াম্বুংহন্ন নিংথো ওইবিভম থোকই. ইমান শিল্লম খুজীলসি ঐদি য়াজনীংদে। য়াম্বুং নিংথো ওইবিবো, অযোধ্যাদ হল্লসি।

রাম : ভরত নং ইয়াম্বু বাবৌম্নু, পাবুংগি বাশক ঙাক্লবৈদমক ইয়াম্ব বন্দ চৎপনি। নিপা ওইন পোক্লগ মপাগি বাশক ঙাকপ ঙমদ্রবদি অবেম্বনি পুক্সিসি ভরত।

ভরত : অদুদি য়াম্বুং খুরুম অনীহু নবাওদ পীবিয়ু। অযোধ্যাগি সিংহা-সন্দ থাঙ্গৎলগ য়াম্বুংন হল্লক্তিফাওব লৈবাক ঙাকচবমগে উকু-শেং জটা পুহন।

রাম : ফরে পুরো ময়াম্ব নীংব ভরত, চৎলো হল্লো শত্রুঘ্ন, নয়াম্বুংগ লৈবাক ঙাকমিন্নরস্ম।

লক্ষ্মণ : অযোধ্যাগি করি পাউ পুবিরকপগে ?

শত্রুঘ্ন : রাম্বুংখোয়ন লেংখ্রব তুংদ পাবুং থবাই নুংঙাইতবদগি লোক্লাখ্রে।

রাম : বিষ্ণু বিষ্ণু। পাবুং পাবুং ... ... ...

লক্ষ্মণ : পাবুং পাবুং ! ( কপ্লে )

রাম : লাও ইনাওসা, গঙ্গাদ চৎতুন তর্পন তৌরুসি। পম্বৌন ধর্ম্মনি, পম্বৌন স্বর্গনি, নীংগদব মপোইব লাইদি অপোকপ পম্বৌনি।

( যন্ত্রন অবাব খোম্বোক্ত নুংশিন লোইশিনখি। )

---

—লোইরব—

( *Manipur Government Publicity Department* ন শিল্পাংদুন তৌখিব ড্রামা কম্পিটিসনগী লোইশিনবদা *Symposium* অম তাং ২৭-১২-৬৬ ইংদা তৌখি *Aryan Theatre* দা মচুদা ভাংহ্নখিবদুগী মরোল শক্লপ্প ইথোকচবনি । )

# মণিপুরী থিয়েটর

**( হুজিক অমসুং তুংদা )**

—:(০):—

থিয়েটরন মী শেমই। কনাগুম্বন মসিবু নোকপিব য়াই, শেম্মিত্রা শেমদোক্লুন মাংহল্লিত্রা হংবিব য়াই। দিল্লীদা তৌখিব সেমিনারগী অমদা ডাক্তর রাধাকৃষ্ণন হায়বিখি: **"Purpose of drama is to move people, exalt their inward nature, give them a new outlook and make them see things anew."** মীবু মবুক ওলহনব, থমোংগী মীচুবু মমিং লাওন পাঙহনব, অনৌব মিৎয়েং পীবন লীলাগী পান্দম্নি। মান মথা তাখবিখি: **"Drama created the conscience of the age. We cannot make people good by acts of parliament, Nor is it possible by constitutional provisions to remove deep seated social prejudices. But through the medium of drama, it is possible to set standand of social behaviour."** বিধান সভান মীবু ফগৎহনব ঙমদে, সমাজদা মরা চেৎথুব অন্ধবিশ্বাস কয়াবু মুথৎপ ঙমদে ; অদুবু লীলাগী পান্থৈন সমাজগী লোনচৎ ফিদম ওইনব শেম্ব ঙম্মি।

মসি লীলাবু থাগৎতুন পংহায় হায়ব হায়ন্নি, লীলাগি মী নত্তবন, হায়ন খনবিবৰসু লীলা লেংব জে. বি প্রিষ্টলেগি ৰা খৰ অমুক খনবিযু। মান হাযখি: "Everybody and everything on the stage has a double character seen in the strange light and shadow of belief and disbelief. T ey belong to a heightened reality that we know to be unreal, unlike common expereince, — ... .. certain rare moments in our lives when reality itself turns suddenly into dramatic experience as if the whole world were a giant theatre and all this life a drama ... ... So much Play acting compared with some unknown deeper reality this strange link with these moments of mystical insight that has given the theatre, no matter how tawdry and trivial it may appear to be, a central place in civilized society and has brought the drama close to religion."

খৰ যামন হৈৰ মীন হাযবনি হাযবগ মীন থাজবিদ্রা হায়বগি শাংন মীবোলহ্ন পূজকবে। হায়জনীংইৰ মচং ওইৰ ৰাদি খৰসিদনি: লীলা হৌবে, ষ্টেজদ মী লাই শাদুন থেংক্লে, কনা কনানো? হৈমা। স্কুলগি তোম্ব চৌনিদবনি, সাহেব শাংংহায়. জেনেবেল ও দাইয়াৰ মান্দ্রা? মান শায়বিবসিন কবিনো মেসিন গনলা? হোংৰ চাওৰ খোয়ন লাম্মী শান্ন য়াওবে, ফনবু পকইনে। অতৈদি ছাত্র ছাত্রী ডাক্কনিনে, মিটিংলা আন্দোলননা কবিনো মথোয়সিবো? মন্ত্রী শাবসু য়াওবিব্রা? থোদোকসি কবি লমদ থোকপনো? মনিপুবগি সিসি কম্পাউণ্ডবা. পঞ্জাবকি জালি ৰান ৰালা ৰাতবনে? হায় হায় কবিনো শাওনখ্রে, লাংলেদা, হায় নো মৈ কাপ্লেনহায়,—ভাবোক শোকনিকো। মী য়ামন শোক্লে, শিবসু

য়াওবে নহায়। লীলাগ তাইবংগ মিংকুপ থবদি অমত্ত ওইন তৌথিব য়াওই. শিব কিনব, অহুকপ মবীল তাইবংদসু লীলাদ তৌবগুম উৎপ কাদ লাকই। পৃথ্বীবাজন শগোল মথক্ত সংযুক্তা হাপ্লুন চেনখিবগুম লম্বীদে ছাত্রী ফাবগ জীপু চেনখিব বাজপূতকি ছাত্র যাওরকই। লীলাদু পাম্মগ সংযুক্তাশাবীন মচীন হংবদ "ত্রাদ সিমডায়বে" খুম্মি। লীলাদু থাজবী ওইবগ মেজিস্ট্রেট মমাংদ মুপীমচাহুন মাবু ওৎ-নৈবগি বা হায়দোক্লুন বাজপূত অহু পানগি উপুদ চৈ চায়, অয়ে ইম। লাওই। কবিগুম্ব মিং-কুপ খবদ লানগ তাইবংপান: ফাগা ওই চান্নব ওই য়েপ্তাং লান্নব য়াওই, চানিব মাদু মবুক ওল্লি, মবম অহন থিয়েটববু সভ্য সমাজদ অসুক লুন তৌনবনি।

শ্রাবং কুমাব অমসুং হবিশচন্দ্র লনা উবদাগি মিংকুপ খবদ মহাত্মা গান্ধী মবুক ওনখি। ইংলিশ ফিলমগি হৎন শুনবগি, কাবোহগি মতৌ অমহন মনিপুবগি নহাবোল যৈন শুনবগুম্ব শাবমচৎত চাওনৎলিবনি হাযবসিনু লান্দে। থিয়েটবন মী শম্বদি ভুম্ব জাৎনি। তাহব পান্দ কবিমত লেমন মাংদে। বিজ্ঞান শুম্ব চ প্রাশংন খড়ডি conservation of matter and of energy শক্লখিব লীলাসু অহম্বদ হক নাংদে মা খঙ্গ ডক্লিবানিন। নিংথৌ মিদাজি মনাঃ লোলাগি সং লল্ল হায়ব খড়খিব মাতোপ হাযবগ্রশম কপা নিপা অমওননি। হামদোক্লগা মথৱাই মাংগনি হায়ব কিবব হাযবদি হায়নিংথ্রব তাইবং নাপিত অহুন লন্নাংদ কোম অম তৌক্লবগ হায়কই লোন্ন কোম মঙ্গংহুদ "King Midas has ass's ears.' অনুমন হাযনৈ কোমতাদ চোংখৎলকপ সিংউৎ সিনাং অহুদ নুংশিৎন শিৎপ কান্দ ভংডি ইশৈ ওইন 'নিংথৌ মিদাজদি লোলাগি মনা পাল্লি।" ওইদব থাইনগি বাবী ওইববসু তাহবং লীচৎকা অচুম্ব উৎপ বাবানি। অয়োনব বাদি মতম্ব হেক্ত ফোংদোক্লকই। পুত্রা ঙাশ দ নুংহুম

অম থাদয়গ ঈশিং মথক্তদ ঈথরু মাইকৈ মবামক্ত শন্দোকপগুম মীয়ক্ত তৌথিব কবিগুম্ব থবকসু মথং মথং শন্দোকখি। সত্রং শানব, তাশ শানব পশিয়া, ইন্দিয়া অমসুং চীন্দগি পৃথিবীগি মফম পুন্নমক শিন থুংন য়োথ্রে। মহাত্মাজীগি অহিংসা আন্দোলন কয়া থাজদন জর্ম্মনী অমসুং আমেরিকা য়োথ্রিবনো। তাইবংমীন তানবিব পৃথিবীগি মফম অমদগি মপং ওইন নংশিন্দব শগোল কাংজেগুম কৃষ্টিদি মফম অতৈদ শন্দোক-চরকই ঈশিংন অকুৎপদ চেম্বরগুম। ইজিপ্ত, গ্রীস, ভারতবর্ষ অমসুং চীন্দে লীলান মথং মথং শন্দোকখিহন পৃথিবীগি অয়াম্ব মফমদ থুংখ্রবনি। সেক্সপীয়ার, ইবসেন অমসুং কালিদাসনচিংবগি লীলা হৃজিক পৃথিবীগি থব থর চাওথংলব মফমদ য়োথে, লাপ্পব কাচীনগুম্ব মনিপুবসিদসু ঈচেলদু থুংলববনি। Water seeks its own level হায়বগুম culture সু তাইবং মীয়ামদ চাং মান্নন থুংনব লাক্লবকই। খৃষ্টানগি নেকটাই কলচব মনিপুবগি বাবুশিংদ থু লব কয়া কুইরবনো, নোংচুপকি তেনবা চিম্বান কলচব মৈতৈ লুপীশিংগি মচানবান্দসু শাংলব কয়া কুইববনো।

হৃজিক মণিপুরদ উনরিব থিয়েটব হায়বদি ষ্টেজদ শান্নবিব লীলা-শিংসি মমাংজৈদ লিঙখিব চাবান চাওরকপনি। লীলানচিংব হৌনব অফব মুংশিং হার মণিপুবদ মশান লৈজবম্মি। বাঙ্গলা লৈবাক্কগি কৃষ্টি, ধর্ম্ম, সাহিত্য নোংজু পাম্বাদ তুবেল পাথরক্লন ঈশিং চাওবকপগুম চীংন কোইন পনসাব মণিপুরদসু চেনশিন্নক্লগ তুংতন লৈখি। লাইনাগি মহাক্ত অনাব শন্দোকপগুম তাইবংমীন কৃষ্টি, কলা, ধর্ম্ম, সাহিত্য পুন্নন কোইন চংলি অমসুং শন্দোকই। অহানবদ হিন্দুগি পুরাণ, মহাপুবাণ ধর্ম্ম গ্রন্থন চিংবদগি মচাক লোথোক্লন লীলা লেংবরম্মি। মতুদগি মৈতৈগি অবিব কংলৈরোন, ফুঙ্গাবারী, ইতিহাস অমসুং অশেম্ব সামাজিক বারা, অকোন অহান নাইন ষ্টেজদ কারকই। ষ্টেজগি লৈতেং, ফিজেৎ চাকচা, ওর্কেষ্ট্রা, লীলা য়াওব

নিপা, নুপী লীলা মউৎ মথং মথং চাওখৎলকনুন হৌজিক মহৌশা মায় লীলা মান্দন উনরক্লব লীলাশিংসি মশক থোরকইবনি। ভাবোকন হৌজিক খর নু ঙাইব লীলাদদি বার্ত্তোন ঙায়দন শেল তিংন টিকেট লৈত্তন য়েংনরে। শেল খায়নবগ নিংথৌ মন্ত্রী অঙম অথৌ শানরম্ব আর্টিষ্টশিংত্ত কারবারগুম্ব শেল খন খরগ ফংনবকপ য়াওরে। মসি তপ্ন তপ্ন পাম্বীন লৈবাক্লগি হৌগৎলকপগুম চাওখৎলকইবনি।

হৌজিক্কি নুংঙাইব লীলাবু ফজন উৎপ ঙম্মবদি ভাবোকন য়েংগেদা হায়নবে। মবমদি সিনেমান উৎপিদব মৈতৈন য়েংনিংব মৈতৈগি ওইব. মৈতৈগ চুনব লীলা লৈ। মদু উৎপদ শেল চংই, আর্টিষ্টশিংন কন্ন তম্ব তায়. ৱান লাক্লব তায়। শেল নিংথীন ফংদব মথৱাই য়ামন য়াওব আর্টিষ্ট মতিক লৈব মশীং ৱাৎপন য়েংব য়াব লীলা থোকহনব খর ৱাই। শেল নিংথীন ফংদব নিপা আর্টিষ্টন লীলা কন্ন তম্ব তল্লি মতিক লৈববসু, কয়া লৈতব নিপান থৱাইদমক য়াওই ইহৈ হৈগৎতে, ইহৈসু হৈতবী অহৈবী শাজুন শেল ফংবী নুপীন শেল ফংনব পরপ পরপ শান্ননিংই, পার্ট ফাবদি ঙমদে হৈসু হৈতবগি মথক। মবম অহন অহৈব কাংবুন থৱাই য়াওন ৱান হোৎনরগ নুংঙাইগদব লীলাদু মতিকচাব শ্রদ্ধা লৈত-বন নুংঙাইব ৱাংতুন লীলাদ বদনাম পীনৈ। হৌজিক মনিপুরদ লীলা মখল কয়াগি উদি উনরে হায়ববু পৃথিবীগি চাওখৎলব মফম অতৈগ চাং অম মাগ্নখৎলক্লে হায়বদি য়াদ্রি খর থেন্ন লৈরি। মীঙোন্দৈ ৱাইব হন্দোকপ, পুব লীলান মশীং খর হেন্ন উনরি। মৈতৈন ইজব লীলা খর তাংঙি।

হৌজিক মণিপুরগি থিয়েটরন পরপ পরপ চাওখৎলক্লগ মতম খর অনাবদোন সিনেমাগি মতৌ মমিৎ কুপলি কুপলি য়েংলগ পোত্থাবিবসি ঙাকর ঙায়রিবনি, উক্লম খর লাংবিরব পাম্বীন থুংশা কদোমদ ফংনি

হায়ব য়েংহন মশা থিঙ্গৎনব লাক্লরিবনি। চানন অদুম ফমুংদ কুন্দুন লৈগ্রদব অনাব নত্তে মণিপুরগি থিয়েটরসি। হৌজিক্কি ফিভমসি তুংদ ওইরক্কদৌরিব থিয়েটরগি নাওশুমনি মণিপুরগি ষ্টেজ লাইট টেকনীক বাংলি শেল লৈজদবন, রাইটর বাংলি, আর্টিষ্ট বাংলি, ভাবোকসু ভাব তাব, লীলা মহাও খংব বাংলি মীশিংসু য়ামদব সহরনি ইম্ফাল। অদু-মকসু হোৎনরগ, লিংজেল মাগ্গরগ, জ্ঞান তানরগ চাওখৎনিংঙাই লমদি য়াম্ন লৈরি।

হৌজিক পৃথিবী তোঙান তোঙানব মফমদগি থোরকপ লীলাগি নোম্না খব হায়জগে। মখোয়হুগি মবক্তগি কবম্ব মখলন তুংদ খব হেন্ন পাম্নরবগে হায়বহুগি চাওরাকপ মওং অম লাকশিনব ঙমত্রা য়েংনব। সেক্সপীয়াবগি মীবান্দা, পোর্শিয়া, জুলিয়েট, লেদী মেকবেথ, দেশদেমোনা তাইবংমীন কাওনবোই মুৎপ য়ারোই; কলিদাসকি শকুন্তলা হৌজিক ষ্টেজদ উৎপদ য়েংনরবোই হায়ব থনাসু ঙম্মোই। অদুবু Fashion হায়-বসি হোংব নাইবগুম মতম্ন realism গি যুগ ওইবন Romance কি মঙলান্দ অত্তম ঙাওখখিসি নহা ওইখিসি হায়বদি সমস্যা কয়াগি ঈপাক্ত ইরোইব তাবব মতমগি নহাবোলন য়াববোই। মতমগ চুনব, অৎই অওইব খুবো উৎপ লীলা উৎলু ইবসেনগি নোবা, হেদ্দাগেব্লব, রেবেক্কা ওয়েষ্ট অমদুং জিবিশোগি ভির্তা (Mrs. Wanen's professio.) দ য়াওবী, বেইনা, কেন্দিদান চিংব অকব ফিভমদ অওইবগ মাইযোক্নবী তাইবংপান্দনু মতো উবন কান্নবীগি কুম্মৈ য়েংননীংলক্লে। নুঙাইবদসু হস্ত-হন্দন তাইবংপান্দ কান্নব কুম্মৈন মতমসিদ মমল কাভম থোকপব পাম্নব হেন্নরক্কনি। মমাংদৈগি hero অমমুং villain থেংনবগি formula অমত্ত ওইন চৎপ লীলাদু তাইবংপান্দ কয়া উনদ্রবন য়েংবদ তন্নরকই। মী খুদিংমক নোংবান শানিংদে ঐসু খম্বনি মাসু খম্বনি কবম্বদ লৈগগে ইবেম্মা থোইবী হায়ব বাহংন মতমগি heroine দ মকোক ঙাওহল্লি। মরম

অদুন মতম্ন যাদবন **social Realistic and psychological play type** দনকান ওইনকই। **Galsworthy** গি **Silver box, Strife, Loyalties**, **Tennesse Williams** কি **Glass menagerie, A Street car named Desire**, **Ibsen** গি **Ghosts**; **G. B. Shaw** গি **Apple cart** নচিংব লীলা জাৎন তুংগি মণিপুরগি থিয়েটরদ পান্দমফম ওইনরব য়াই।

পৃথিবীগি তোঙান তোঙানব মফমদ অঙকপ লীলা তুংদ মতৌ তম্ন-বগদব অতৈসু য়াম্ন লৈরি। মখোয়দু লোয়ন থিগৎতুন নৈনব ঙমগোৎ নত্তে। অদুবু পনব য়াব খবদংদি লীলা পাম্ব মীশিংগি ৱাখলগি মতেং ওইনব পঞ্জগে। ক্রিটিক অফবগি মতেং য়াওদন অয়াম্ব মীচম্ন লীলাগি মতিক মগুণ মুন্ন খংনদে। খৃষ্ট মমাং ৪৩১দ গ্রাক্কি লীলা তান্নখিবদ **Euphorion**ন মকোক **Sophocles**ন মথং অমসুং **Euripides** কি **the Medea** ন অহুম শুবদ ওইখি। হৌজিক মতমগি অফাওব ক্রিটিক অমন **The Medea** হায়ব লীলাসি অতৈ খবন **Melodrama** নি হায়নবদু লাল্লি, মিৎয়েং শোইব-ননি, মসি অফব **Tragedy** অমনি হাযবগি মরম উৎতুন ফজন তাক্লে। **Aristotle** গি **Theory of Tragedy** দু **Sophocles** কি **Oedipus** নচিংব য়েংলগ শেমখিবনি, **The Medea** হায়ব **Tragedy** অহসু অনৌব **theory** অম পীব য়াব লীলা মথক অমনি হায়নবে। মরম অসিন মিৎয়েং অমদ য়েংলগ ফব নত্রগ ফত্তব লালাহ্ন অমবোমদ য়েংলগ ফব নত্রগ ফত্তব য়াই। মরম অসিন **Theory** অমন **formula** অমন লীলাগি বিচাব তৌব য়াম্ন লানগল্লি।

ইং কুমজা ১৯ শুব শতাব্দীদ **Sweden** দা **Strindberg dramatist** অম পোকখি, মহাক ইবসেনগ হৌমিন্নবনি, মাওম্ন ফাওখিব ঙমদ্রবসু মরম খবদগি। মহাক্কি **Gustavabasa** হায়ব লীলাদু **A mad world by masters** হায়বগি অর্থনি। **Kavin Queen** গি মতৌ **King Eric** ন

Queen Eliz beth কি মতৈ ওইনব মমঙদ মঙখি—অঙম্বশিংন মাবু মরাইবক থীহনখি—. Duke অমন মাবু তাস্থোক্ত্ুন নিংথৌ ওইখি। মঙদ ঙাওদুন তাইবংদ মাইথীব লীলাজাৎসি মতমসিদ য়াম্ন চৎনগদব লীলা মথলনি। ১৯০১ দা মান ইখি "The dance of death" মাগি খ্বাইদৈ ফব লীলানি হায়নৈ। লীলাদুদ Edgar গ মাগি নুপী Alice ক চহি ২৫ মুংশিনদন পান্নে, অমন অমবু শিঞ্রসনু নীংনৈ, মযুমদু লাইমুন তম্নে, Edgar গি মরূপ্প মতূদুগ মুংশিনৈ অমসুং Edgar বু হাৎনব লৌতুনৈ। করিগুম্ব পৌদোক অমদৈ Edgar মবুক ওনখি, মাগি মরাল উজরঙন চান্নব হৌরকখি মতূদ। অনীগুব শরুক্ত মতূন মবাগ্ন শিনব লম্বীদ ইনসিনখি মথবাইদ চিংনব অম লৈন লৈন।

মতমসিগি ফিভমদ অসিগুম্ব লীলাসি চূনরব Psychological playনি। ১৯০৭ তা মাগি The dream play হাযবদুদ মঙগ তাইবংগ লৈনব মরী উৎলি, মতম মফমগি অপনব লৈতে, ওইব য়াব ঙাক্তনি কবিগুম্ব অম, মঙলান্দ পাইব, উখিব তাখিব নিংশিংব অঙকপ মুংঙাইরব কুম্মৈ, অবা অনা মঙলান্দ থোকপগ তাইবংপানগ চান্নহনবৈ বারী য়াওরি। মতমগি চূনরব Psychological play type নি। Modern Social Tragedy, Surrealistic, subjective type কি লীলা পুথোক্লব মান কন্ন হোৎনখি। অদুগুম্ব লীলাদু হৃজিক নিংথীন উৎনবদ মমল কারগদব লীলাজৎনি। ভাবত্ত মতুম্ব লীলা কয়া উনদ্রি।

অতোপ্প লীলা অঙকপ অনৌবজ্রাৎ ইব নিপা অমন Samuel Becket নি। Irish man নি, ১৯০৬ তা পোকখি। ১৯৫২ দা মহাক্ল ইব "Waiting for Goddot" হায়ব লীলাদু world tour তৌখি। মদুদ পুন্সিগি অবাব ফিভমসি Symbolically উৎলি। করিগুম্ব অম মীন ঙাই-ডুন লৈব ইথেং থেংনদব—, ইফং ফজব, তোলোব হেঙ্গৎপ, promotion

ফংব, ফাদোক্তগি থাদোকপ, চাক তাংব ফরকপ অসিনচিংব অরেম্বদ বান ঙাইবসি মহাক্ক ফজন ঙক্ক উৎলি লীলাচ্চদ। লোনসি লীলাচ্চদ অর্থ থোইন লৈহনদে; plot, char cter. dialogue থাইন থজনরিব ভাবত মাগি লীলাদ য়াওদে। A new dimension of language পী হায়নৈ। Goddot অর্থ করিনো হংউবদ মান থুম্বি মাসু করিনো থজদে। হায়জ্ঞন। ঐগি মোত্ত God or death or both ওইব য়াই মশেক শেংদব বাহৈহ্নগি অর্থহ্ন।

মাগি অতোপ্প লীলা Endgame দা Ivanove কি মথন্দ Theatre of the Soul উৎলি মথন্দ মরৈ য়েৎনৈ। Night club Singer সিগ চেনথ্রসিরা নত্রগ ময়ুমদ হুপী ঙাংগনবী মনাক্ত হল্লসিরা? লম্বীদ bullet ন পাল্দুন শিখি। লোনসি লোন কান্নদনব শিজিনৈ, purposeless world নি ultimate objective লৈতে, vague and uncertain promises ঙাক্তন থম লৈ হায়ব মান উৎলি।

থিয়েটরসিন বেটরীওম writer ন audience ক অনীবু বাথলগি wire ন শম্নহল্লি, chargeপী। Educationগি ফরব যন্ত্র অমনি। U.S.S.R. রোমদদ নত্তন democratic country শিংদসু নিংথিন শিজিন্নববদি য়াম্ন কান্নবজাৎনি। থিয়েটরগি চাওখৎনব লম্বীদ য়েক্কব য়ামল্লে। লাইরব, মী-য়াম্ন পঙনব, পুকচেল পিক্কব, সিনেমান মিৎয়েং চংব, সুমাং লীলান হোংন ফগৎলকপ. লীলা পার্টিশিংন য়েংথীনব, কল্লব, পুকচেল পিক্কব, সরকারন মতেং মতিকচান পীবিদব অসিন চিংবনি।

থিয়েটর চাওখৎহনগে হায়রবদি পার্টি ময়াম, আর্টিষ্ট ময়াম লিং-জেল মান্নব তায়. অঙম মতেং পীনব তায় লন্নাইদগি য়েংনদন, মীচম প্রজানসু ভাব তান থিয়েটরবু নুংশিবিব চংই। আর্টিষ্ট অমমুং writer

শিল্প কৌশলশিং চংই মরুওম অমসুং মীয়াম। মাইবা কোংব থিয়েটর হোল লৈবকক থাকে, আর্টিষ্টশিংশি ফুন কোনোক মরুওম ওই। থিয়েটরগী মুখঙ অম্বুব মূন তৌবগ, মতেং পীব থেংনরবনি। সিনেমান থিয়েটরবু মথথ চমলব (থা অমদ থিয়েটরশি হুরিংনি হায়রন নিংনী হৌবী থাকশিনব) মাইন সতান মাইন ফাউব লেখন মতিক চাম-বনি। থিয়েটর চাওখংনব তৌবিয়রিব — Pub'loity Department অমসুং public পু থাগৎচরি।



## A Short Story that was broadcast at 1 p.m. on the 7th October, 1966.

# লংদুম চাবী

( G. C. Tongbra )

মমাংঙৈদ নম্বুল তুরেল মপান্দ লৈশাবী নাতোনচাবী অম মবুং অনীগি মথাদ চংগ্রং মাঙ্রং শাংখি। মমান লূন তোজবনিন মবুং অনীসু মনম্ম অনীসু মচন কেথোকপীবু লূন তৌদব ঙমদে। শিঙেল লৈয়াং মানবীচু মচীং হৌদ্রবদি পঙফ ফৈ। মাগি ফত্তব ছিত্র থরদং হায়ববু চাকচা ফজদে, হৌন লোনচং কয়া থঙদে, থবক পরপ পবপ লোইনব লাক্লবদ মকুবোক কান্দুন চৎপকাসি য়াই থল্লি। মশানদি মশক্ত্‌ ফজে থগ্রে, মত্তং মমাম্নবনদি কয়া থানবিদে। চহিন য়াম্বশিল্লক্লবদ মমাসু মনম্মশিংসু হুংশা থীনৈ করম্ব মরীংন শাব শংবাইনো হায়হুনা।

নম্বোল তুরেল মপান্দ নিংথেমজাও কৌব থোইমু অমগি মহম লৈ। মমান হায়ব সুপী মান পামদে, মপান হায়রুব সুপীসু মান য়াদে। মশান পামজহুন ইন্নজব সুপী অমন মাবু থৌশাবিদন অতোপ্প অমদ চেনগ্রে। মথবাই চাক্লহুন নিংথেম সনগাডী অমদ নগুন ইম্ফাল কারকই। মাবু মায়থীব পীরম্ব নিপাত্ত ফৈজোম মপান্দ হিগোক চনব শেৎলি, খুদোন থোঙঙ্‌প থুনীং থাবী তোংখি। মহাকসু অহুঙব কৈজোম, অহুঙম্ব থোঙ-ঙ্‌প লৈগে কারকপনি।

হুমিদাংবাই নহাগি কুচুন হেম্নব মতমদ কেথবীন লৈ নাচোম অম ঙাউরপ নাপদ থেৎলহুন নম্বলদ কুমথরকই, পুন কংনানবী অম ঔশিং লাক-

থংকদবগি। মমিংতি ইথক থকই, মাইকৈ শুন লৈহ্রন য়েংই, কনাবুনো থঙদে। খুদোন খোঙঙূপ খুন্নীং থাব থিব লাকপ খুনীংকায়স্তুগ তোর্বান্দ গোং থেংনরে। শংত্রিক য়েংনৈ, বা ঙাংনব্রিডৈদ মমিং মন্নীহ্রন বা লোই-নরে। ঈশিং শোক্কংনা ঙাইবগ খুনিংগায়হ চিন্দুপ্পী মতুং ইন্নখ্রে। থোঙান্দ মমান ঈশিং পুন্দু ওক্লগ হংখি "কনানো অমসিদে?" ইমা মন্নীংন শাব শংবাইনি, ঐগি ফি-বোল খন্ন লংথোকপিন্নকউ। ঈশিং থম্মুরগ মমান ফিয়োম অম পীবকই অতুগ শোলহৌই "কন্নি লমদৈ পুনন্নব শংবাইনো?" খুনীংকায়ন. "কদায়দৈ পুনশংবাই নাতংপ নচ্চদে. নম্বোল খৈদেন্দ য়ো-ন্নিব অহনব'ন।"

য়েংহ্রন মমা লৈহৌই; অনীহ্র মারবান্নী দোকান্দগি ফৈজোম, ইন্নকি মোজাফুরিং, খুদোন খোঙঙূপ অমসুং মোলিদার লৈরগ সনগাঊীদ মহৈ মহৈ থাগংনব বান্নী শারগ নম্বোল পাংথ্রে। চীন্দুম্বীন হায়, "কবিনো ঐঙোন্দ কোইরম্ব নিপাদি মশীং থাব ঙম্পোং নত্তে, বাখেগি ইশৈ হনব, খুরাইগি পুংয়ৈব হঞ্জব, খ্বাইগিখামেনচংপ শেংপ পেনা শকপ ওবা, য়াইস্কুলগি স্মখ্যা শগোল হঞ্জব, মথোয়হ্রন ইমাদ ইবুং অনীদ ঐবু পীরো হায়রবসি—ঐন সুকয়া য়াবিদব। খুনীংকায়ন খুম্মি "নংন ঐবু চানবিবসি কাউরোই কেথবী. ইমান হায়বিব হুপী ওখাক মফজে ঐন য়াহৌদ্রে, ইপান থিবিবসু ঐন পামদে হায়রুরে, ইশান থিজবহ্রন মীন মুনবিখ্রবদ নংন ইমাই ঙাকপিবসি ঐহাক পুজিসিদ নংন হায়রিবমথৈ য়ানি।" মুপীন, "ঐদি ইবুংঙো অহাওবদো, খিৎত চাব হৈনদে, য়াম্ন চাগম্লে, থাকপ ঙমগদ্রাও?" নিপান, "হম্নব হম্নবীন ইগন্দ পোকই. লৌ পন্নী ৫ চায়, পান, মাইরেন মজু্রা, কাকথু্ম, কোৌখা, লেমফু, থাংজিং ঙখা, ঙমহায়... পেন্নব চাব য়ানি।"

নম্বোল য়োরে, মমা খদাংকন্ন মমৌহ্র লুন ওক্লম্মি, মাবু চানবিনব মমৌদ চীরোল তৌশিল্লি, মমৌদি হন্নখীহ্রবু তুক্কজে, থোশাবিদে।

মকুবোক্তি মমৌগি মচীন য়েৎতুম, মশ্বিং উচেক ঙাকপ কাম্নগদবহ্ উখদ খণ্ডি, ফুপীগি ওকওই, কয়া কুইন লৈরগবঁ হায়হন নুংশা ধী। লৌখৎপ লৌখৎভব করিসু লৈতে, থোংখিনব লৈতে মখুৎ চায়সি হায়তুন চাক থোংহল্লি হম্মী শুবদ। মতৈন মতু খাগৎপ লৈকাই কোইখি, মনেম্ন মমৌন চানব অচোই অপা ঙা-চাক লৈব থৈদেন কাখি। হন্নুবন ষষ্ঠীপূজা লৈ-কাইদ চৎসিন্নক্নরগ কাঙখম মন্নুংদ চংতুন মমৌন চাক থোংব য়েংই। ইম্নুংদ লৈরিব ঙা অকংব, হবাই চেংবাই কোইথি খি, ফিদ ময়োম ময়োম মপামদ থাখিনব য়োম্মি, চাক থোংন থোংন ঙথা ঙাচীং আলু, মঙ্গল লৌহুন চায়। য়েঙ্গাং মুঙ্গকপ কাম্দ থুম নমত্রা থাবৈম কোৎলগ য়েংথোকই।

মথংগি হুমিৎত হন্নুব ঙা চায়রোই হায়হন তোঙাম্ন চানরে। মপামদ পাউ চেন্দুন হবাই চেংবাই, ঙা আলু ময়োম ময়োম থৈব হোরে। হন্নুব হন্নুবীন চখোকখিবৈঙে কোট্টগি ফৌ কোৎতুন তায়রে; শেলন মপামদ থাখি। খঙন খঙন নিংথেমজাও মতুদ বা ঙাংব ঙমদে, মপামদ থিন-বিরো হায়গনি হায়বসি কিবন। অয়োনব বা কুইন থুপ্প য়াদবন লৈ-কাইন মাবু চাক থোংবদ ঙা লৌহুন চাই, য়েঙ্গাং মহাও তংই হায়তুন নোকনবহ্ তায়হন মপামদ চেল্লুরে। খুনীংকায়ন হেক্ত কৌকই, কৌরে খঙহুন হুক্তিগি চেন্দুন শানরে চেল্লুব খুদিংগি মতৈন চানব লুন তৌব, ফৌ য়াম্ন লোম্ন কোৎপিব হেল্লে। হন্নুব হন্নুবীবু পীজনিংদব, সেবা তৌ-নিংদব উবদ মথবাই চাক্লব অহল অনীত্র শিবন ফরে খল্লে। কুইন্দ্রে, মতম থরগি মতুংদ অহল অনীহ্ ইম্ফাল নিঙোলদ বোয় পীরম্মগ ঈশ্বরগি খুয়াদ তাখ্রে, মচা নিপা পোকপ থিরহুন।

নিংথেম নংথরক্লে মতুগি কৃপান, মচা হুপী ৪ শুরে, ময়ুম পানব মতুং চহি ৫দা। কর্ম্ম থর তৌ. শিনব লাংবন হৈত, মতুন মবুক শেংদবনে,

মচান যাবনে য়েকপনে, অহল লম্বন লৈখিদবগি দশানে, মতুন অহাওবদ য়ায় চানীং থবকন শূনিংদবনে ; লৌয়াক অমত্ত ঙাইরে হিঙ্গোলসু তথাই অম য়োয়ে। মতু থাগৎপদি তোক্কে অপঙবক্ত, ময়াইবক থীজ্বন নংথরকইবনি হায় লৈকাইদ । অঙকপ লাইহানি চীংখুবীগি ! খুদৈ শেগাইরে, ঙবোং মল্লে, অঙাংশিংগি য়েক্সুপ ফাওব লৈশিল্লক্তে, কে-থোকপিন মতৈদ চীংদ কারু, লশীং লৌরু ফি শাগে হায়রে। হয়াওয়ব নিংথেম চীংদ যান শাত্নন ঙা-থূম পুত্নন লশীং কাইরেল অম ওল্লরুরে। লৌ খোইব চংম্মিয়ব মরুপ মপিজাদ মতুন শাদৌবিব ফি ময়ামত্ত থাত্নন য়োনব হৌরে, হয়াওরে। মতুন খোইথাপ নাইব থা ৩ তুবে, লংঙুমদি ঙত্তুন ফাদ্রি। লংঙুম ময়ীত্ত থরুং অচৌব অমদ হাপ্লগ মতৈদ অমমম থাঙ্গৎতুন চাম তুনব উৎলি। কৈরোই লৈকাইন খুদৈ, ফিয়াং, ঙবোং কৈদৌঙৈ করুনি হংনরে। লশীংদি থর অম লোম্ম য়োন থর অম অঙাংগি অমাংব শেংন পোলাংঙুম লোইগ্রে। থৌশাবমদবী হুপীত্ত নুংশা থীরক্লে, বাখল তৌদব য়ারক্তে। অপঙব নিপাত্নসু মতুবু থর চীংনরে।

চীংজিন য়োরত্নন নিপাত্ত নোংঙাম্ব্রিঙৈদ হৌত্নন নোংম সন পাবোং হোইরগ লৌবুক্ত লৌ খোইব চংখি। মীউশিত্তবী মতু অফাওবীন পোমফ্রী শেৎলে, মমাইদ তুল্ম য়াঙং তৈত্নন তময়াই শারগ লম্বীদ মম্মি মম্মিব মতমদ হুরু হুরু লৈত্নন জগোই শারুরে। মথা লাকপ উরবদ মখোন ওম্হোক্তুন "নতু চাওরা লংঙুম চাওরা ?" হায়হন জগোই শারে। সন অনীত্ত থংত্নন চেনগ্রে নুপাত্নসু "ইতু চাবিনু লংঙুম চাও" হায়ন থুম্নম্মগ চীংয়ারোমদ চেন-খিব সন অনীত্ত তায়গ্রে। নুপীত্ত ময়ুমদ পয়প পয়প হল্লগ ইম্বাল নুপীগি ফিজেৎ হোংলগ মচা পমত্নন ফুনাক্ত আলু লৌত্নন মুনব ঙাইরে। ঙহাক লৈরগ য়মিং মনা ইথক থরুহন সন হোইহন নিপাত্ত হল্লক্লে। য়ামন নুংশা থীন ইতু চাদৌ শরুক লংঙুম চাও হায়য়বগি বাহু তম্ময়ে। নুপীত্নন মপাদ

মচা শিন্নরগ মুংশা থীন থরুংদ লংহ্রম লৈরিত্রা য়েংউরে। "হৈমা নিপা! লংহ্রম ৪ দ ঙাইরে· লোইন চাপ্ত্রে নহায় কক্কনো!" অপঙবহ্রন "চাজগ্রসম্ন নংবু হিংহৌরবদি ফরে -হায়হ্রন হয়াওরে। তাইবংপান্ব অপঙব হায়ব লাইনাসিন মহেল্লে শাথীব।

থয় লৈম্নগ অপঙবহ্র ঙাওন ফৈন নারম্মগ শিদোরে। মতুন সেবা ঙমজদ্রে হায়হ্রন শাওরে ১০নীদং নাবদ। নিপান "নংন ঐগি ইহৎত নারে।, ঐ সেবা তৌজগে ইবেম্মা হায়বহ্র নুপীহ্রন য়াদহ্রন নিপাহ্র শিপ্তে। নুপীহ্র বাই শংলবঙদদি কপ্প য়াদ্রে মচাশিংসু'মমাগ হয়াওমিন্নরে। লোম্ন তুংথৎপ. অথৈব শেলশিংহ্র পুথোক্তে। পৈশা অমত্ত লৈতে হায়শিম্নবদৈ মরীমতা ময়াম্ন থায়নহ্রন শ্রাদ্ধ শোনথরে। সোম্নাং মতুং ৫ নী কোনবদ লৌ ইথোল লোইন য়োল্লগ ইস্কালদ কাথরে। থঙহোদে থা ৪।৫ হৌথরে, লংহ্রম চাবীহ্র মথবাইন তাব ললোনব নিপা ২।৩ দ শেন্দোই চাওন লুপা ময়াম্ন হুরালহৌবহ্র পুথোকলে। মবুক শেংদবীদৈ শেংদবশিংন অমুক শেল ময়ামহ্র হাৎপিথরে ময়ুম পানবসু ফংদে মরলসু মাংলে। কাম্নদ্রে হায়হ্রন মচা নুপী ৪ হ্র পানা ৪দা অমমম য়োল্লে। ময়া নিপাশিংন মনেম্ন লংহ্রম চাবীনি থঙহ্রন অমত্ত লুন তৌবিদ্রে· ময়ুম ময়ুমদ মাম্ন লেকহনব ফাও কিনরে। চহি ৫ মথবাই চাক্ক লাইথুং পক্ক্ন শিবিদন নারম্মগ লম্বোইরগে হায়হ্রন মচাশিংদ স্বামজী থিহল্লে। জ্ঞান তাব ব্রাহ্মণ অমত্তন মঙোন্দ নাম পীবিয়ু য়াদ্রে। মপুরোহিবদ নমথাক তৌবী লংহ্রম চাবী হৈক্রাংদ ভেক লৌজরে। লংজান চেন্দুন পুথরে।

———

# মীতৌতম্বা

## ( Imitation ) by G. C. Toagbra.

***Talk in Manipuri in Q'S & Ans. form for broadcast in rural programme on 14-2-67 at 6 45—7 30 p. m.***

১ । *মীতৌতম্ব হায়বসি করিনো ? কমদৌই ?*

পাউখুম ঃ তাইবংমীদি মীগি মতৌ তমগল্লি। পিক্লিব অঙাংন অহলগি মতৌ তমহুন চাওবকই, মমাবোল হৈরকই, চৎনবোল খঙ্ঙকই। মবম অহন পূম্ন তমীম্নব মী কাংলুপ্তু ফিজেৎ চাকচা, লীচৎ শাজৎ লোন-লি, লাইনিং লম্বী, অপাম পামদ অয়াম্বা হিবমদ মান্নৈ। মীদি নত্তব থবাই পানব খবসু মীতৌ তম্ব হৈ। তেনবা, মোইনা হুই, য়োংজাও অমসুং সাবকসত য়াওব ঙম্ব শা খবসু তম্বিবগা হৈ। তাইবং মীন মীতৌ তম্ব হৈগনবন স্কুল কোলেজনচিংব লিংখৎতুনা মহৈ তম্নহল্লিবনি।

অঙাংশিংন মমা মপাগি মতৌ তমহুন চাকথোংবীনচিংব শান্নৈ। মীতৌ তম্বদ হৈবব মাল্লব মী য়ামন লৈ। মখোয়ন মীগি অশোইব মতৌ তম্বদ অউবন পেল্লি· নোকই। হৈফাত্তবন তম্মগ পক্কে· হুংঙাইতে হায়নৈ। মমাংদ ময়েক লান মীন তৌখিব উবহু তম্বদ নত্তন ভাবন শাব অশেম্ব মী, লাইবিক্তা য়েকপশিংগি মতৌসু তাইবং মীন ফজন তম্ব হৈ। পোক-পদৈ লোইনবকপ মীতৌ তম্ব হাম্নব লীচিংশিন মীওইব অমসুং থবাইপানব অতৈবুসু শিঙ্গৎহল্লি অমসুং চাওখৎহল্লি। ইমুং মঙ্গং, কৈবোই লৈকাই অমসুং সমাজদ ফজব লীচৎ মতৌ তম্নিঙাই ওইব উৎনদ্রবদি নহারোল ওক্কে। লমহুই মচা মবক্ত পোকপ তাইবংমীগি অঙাংহ লমহুইগুমন চৎলি অমসুং চায় হায়নৈ, মহু অচুম্বনি।

## ২। করিগিদমক মীতৌতম্নবগে ?

**পাউখুম :** অহানবদ, উচেক, য়োঙ, অঙাং অমসুং অপঙবশিংন মীতৌ তম্ব হৈবগী, তম্মগ নুংঙাইবগিদমক মীতৌ তম্মি। কলিকটাগী শায়োকশংদ লৈরম্ব য়োংজাও অমদ ঐন চুরুট অমা অমুক্কং চিংলগ মঙ্গোন্দ লংশিল্লুই, মান চুরুট অহু খুল্লগ অমুক্কং চিংলগ ঐঙোন্দ লঙলকখি : ইতৌ তম্বা হৈবগি মহাক্ন নুংঙাইব উহনখি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপ ছোট-সাহেব বডসাহেবন মঙক্ত নেকটাই পুনবগি মতৌ বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপ মৈতৈ বাবুন মতৌ তম্ব নুংঙাইহুন তম্মি। অনীশুবদ, নমথাক তৌব পাম্ব কনাগুম্ব পিথ্রাইন সনা মান্নবা মীতৌ তম্মৈ। অহুমশুবদ, কনাগুম্ব মী-তৌতম্ব হৈবন মী নোরুগে লরুগে হায়হুন নত্রগ কুম্মৈ ওইন উৎকে হায়হুন মীতৌ তম্মৈ। মরীশুবদ, মীচমন অশেংব সনা ওন্নব, অচোব অফাওব মীগি মতৌ তম্নবা লাক্লৈ। মঙাশুবদ লীলা অমসুং মমি কুম্মৈ উৎপ কাংবুন করিগুম্ব বারী নত্রগ লীলা লাইরিক্ত য়াওব অচুম্ব অমসুং ফজব তাইবং লীচৎ অদু মীবু নুংঙাইহন্নব মতৌ তমহুন উৎনৈ। অকো নবগি অনীসিদি য়াম্ন কান্নব মীতৌ মতম্মী।

## ৩। মীতৌ তম্ব হৈরগ করি করি কান্নবগে তাইবং-পান্সিদ ? খুদম পীদুনা খর তাকপীয়ু।

**পাউখুম :** মীতৌতম্ব হৈরবদি তাইবং মীদ নত্তন শা উচেক ফাওব কান্নব ফংই। য়ুমদ য়োকপ তেনবা, ফোইনা মরোল থোকপশিং মচিঙ্খাক বাৎতে। য়ুমশা কয়াবু মহৈ তম্বিরগ নুংঙাইন থম্বি তাইবং মীশিংন। সার্কসত য়াওব মীতৌতম্ব হৈব য়ুমশা অমসুং লমশা নুংঙাইন লৈব উনৈ। মীহাৎপা ফাব ওম্ব পুলিশকি হুই অহাওব পীজহুন নুংঙাইন লৈহল্লি। মীতৌতম্ব ফজন হৈব গুপী-নিপা কয়া লীলা সীনেমা, রেডিও টেলিভিজন্দ কুম্মৈ উৎপ য়াওহুন শেল য়াম্ন ফংই, মীবু নুংঙাইহল্লি। মবুক

শেংদন মীয়ু নমথাক তৌনব হোদোং শান্নস্ল হুয়ানব চংউব মীন শোয়রবদি চৈ চায়. কৈতমশংদ চংই। ময়া মপাবু মুংশিহনব হৈব অঙাংন অহাওব চাব ফংই, মপুম্নোইবন পেন্নব মীতৌ তব হৈবী হুপীন মকি মশ্লোল ঙিক কোল মমল য়াম্ব লৈহনব ঙম্মি। অফব অহৈব মীগি মতৌতম্ব হৈব ইলেকসনগি কেন্দিদেৎন ভোট য়ামন ফংই। কেন্দিদেটপু পেলহনব তব মী য়ায় ভোট থাদহনব ঙম্মি হায়ব মতৌ উৎপ ঙব ভোটয় হুইস্নোইন ওইজ ওইথক য়ামন ফংই। যাথোকপদ থবাই য়াওন, যা ওম্নব লেম্ন ঙবগি মতৌ উৎপ হৈব উকীলন কেশ য়ামন ফংই. মুংঙাইন পাম্লি। অনাব লাইয়েংবদ থবাই য়াওই. য়ামন থঙতি হৈ হায়বগি মতৌ উৎপ ঙব্ব ডাক্তয় বাযুশিংন শেল য়ামন থোকপ ঙম্মি। মীতৌ তম্ব হৈশিংন শেল পুব, পোং শোংপ, ভোট থোমব, থবক থিব, হুপী হায়ব নিপা থিব কমথোন কাব, থবক্কি মী নেকপ, পাংনিংব থবক পাংব যাদে। মীতৌ ফজন তম্বব হৈব মীন মতিকচাব অপামব ডাইবংপান্ন ফংদব করি লৈবগে? সাবিত্রী, সীতা মায় ময়ুমদ লৈয়নি থাজহনবদ কয়মব পাখঙন চনু নিঙোল অহুবু পাম্মোইদগে?

*৪। মীতৌতম্ব হায়বসি কাম্নরব মহৈ অমা ওইরবদি স্কুল কোলেজ্জদ মসিবু তম্বহল্লিব করিগিনো? কদায়দ তম্ব ফংগদগে?*

**পাউখুম:** সাহিত্য অমসুং ইতিহাসকি পায়া কয়া লীলা ওইন মুংঙাইন উৎতুন অঙাংশিংদ তমবিব ঙম্নবদি থ্বাইদৈ ফৈ। চাওখৎপ লৈবাক্কদি ফিল্ম ওইন উৎতুন কাম্নরব পায়া কয়া তমবিনৈ। থৌওইন মীতৌতমব, মী-লাই শাব অমসুং লীলা ওইন উৎনব হৈগদবশিংহু স্কুল কোলেজদ তথিনব ওমন্ত্রবসু ছাত্রশিংদ ওঝা থয়গি মতেং লৌয়গ লীলা

উৎনব, মীতৌতমচুন শাম্নজনব, পরীক্ষা মতুংদ নম্রগ পূজা অমসুং কালের ছুটিনচিংবদ—থুদোংচাব পী। স্কুল, কোলেজদ লীলা, জগোই ইশৈ মরৈ য়েৎনবমচিংবদ কান্নব চাওখৎ থৌরম কয়া উৎনব শংজাও নম্রগ ফম্বাক কোম্নব কাজাও থৌওইন থম্মে। মতম খরগি মতুংদ লীলা উৎনবৈ অমসুং মীতৌ তম্বগি লাইব্রিক কোলেজদ তম্নব য়াব হিরম অম ওইন লৈরব য়াই। লাইব্রব লৈবাক ওইবন হিরমসি নিংথিন তম-ফম্মশং থম্ম তাংই। লীলাগি মক্লপ লৈব, হোল লৈব মফমদ য়াওক্ক-ম্রগ তপ্প তপ্প হৈবদি হৃজিকসু মণিপুরদ য়াওই। কলিকটা বোম্বে, দিল্লী, পুনাগুম্ন অচৌব শহর খম্নদদি মীতৌতব তম্নব স্কুল কোলেজ লৈ হায়ব তায়। মণিপুরদসু মতম খরগি মতুংদ লীলা অমসুং মীতৌতব তম্বিনব স্কুল লিংখৎলব য়াই হায়ন তারে।

*৫। মনিপুরদ হৃজিক মীতৌতম হৈব, লীলা য়াওব নিপাদি হোংন উই, নুপীন তাংন উই। মসি করিগিনো? নুপীন হিরমসোমদ কয়া হৈগন্দবনরা?*

পাউখুম : মীয়াম্মাংদ অমদি লীলা উৎপদ মীতৌতব হৈব উবদি নুপীদে নিপা মশীংন য়াম্ম উই। মসি নুপীন হৈগনব য়াৎপদে নত্তে। লৌশিংদ মহৈদ নিপাদৈ হন্থে হায়ব য়ানব প্রমাণ হৃজিক ফাওবদ উনদ্রি পৃথিবীদ। নুপীবু ভারত্তা ইমুংদ নম্রগ চাথুমদ নম্ম লৈহনখিব হৈনবদৌনি হায়ব য়াই। মৈতৈ নুপীবুসু লীলাদ য়াওহল্লগ নিপা মরক্ক তিলহল্লগ ওক্কব হেনব য়াই হায়ন অমরোমদ থনথিবদৈ নুপীবু হিরমসোমদ মশীং হন্থন উনবনি। নুপীবু নিপান হন্থন উবিব, অথুব মফমদ পুন্দুন থম্বিব হৃজিক মতমগ চানদ্রব চাওখৎত্রব চৎনবীনি। নুপীবুসু নিপান তৌব য়াব, হৈব য়াব হিরম পূম্ব তৌহনব, তম্বিব ফত্তব নত্তে। ইংলণ্ডসু চহি ৪০০ গি

মমাংদ সেক্সপিয়ারগি মতমদ নিপামচান মুপীমচা শাহুন লীলা য়াওহল্লি, হঙ্গিক তুমাং লীলাদ নিপামচান মুপী শাহুন থোকপগুম।

*৭। মীতৌতম্ন কুইখ্রন তাইবংমীবু ডহাক নুংঙাইহনব নত্তন কৈদৌব ডম্বগে ?*

**পাউখুম :** বিজ্ঞান চাওখৎলব মতমসিদ মীন মবুক ফত্রগ অঙকপ ফংন মী মাংনব খুৎলাই হায়ড্রোজোন বোম, রোকেট মিশাইল শিজিন্নর-কপ য়াই। মীবু মবুক ফহন্নব, মুংশিব খঙহন্নব, খুৎলাইদি মতম অসিগি য়াম্ন কান্নরব য়াম্ন পামনরব থ্বাইদৈ মমল য়াম্ন পোৎনি। মী শেম্ব তম্ব থ্বাইদৈ ফব খুৎলাইদি অফব লীলা অমদি ফিল্মনি। মতু থোক্লব মতিক চাবী মুপী মীতৌতম হৈবী চংই। অঙগুবা মুপীবু চাখুমদ হামুক তৈহন লৈহনব অশিংব থবক নত্তে

*৮। মীতৌতম্ন হৈবগি ফত্তব মাইকৈ লৈব্রা ?*

**পাউখুম :** করি লৈতদগে লৈ। অফব খুৎলাই, অমনি লীলা হায়-বসি ফত্তব খুৎতা এতোমগি পাঙনত্ন মী মাংনব শিজিন্নব য়াবগুম ফত্তব মীন লীলাবু শেরান্নন শিজিন্নগন অরানব, ওইদব, অথীব বা শন্দোকনব শিজিন্নব য়াই। লৈবক্তি অওইব বাফম নত্তন লন্নাইগি বা উৎথোক্লুন মীবু লক্লব ইকাইহনব তোগদব নত্তে। মবুকচেল পিক্ল অরানব অথীব উৎনব তৌব লীলাদি আইম্ন থিংই, থিংগদবনি।

———

# মখোয়ন ঐখোয়বু নোকহল্লি বীরবল ……।

## ( তোংব্রা )

জীবশিংগি মরক্ত হেক নোকইবসি তাইবংমীদনি। Hyena হায়ব হুইগুম্ব শাজাং অম লৈ, মহুন খিগৎতুন খোংবদি নোকপ মাল্লি, নোকপদি নত্তে। কপ্পগ ঋাব খঙনৈ নোক্লগ হুংঙাইব। মীন ফারগ পুক্ত তিক্রী খৎপদি নোক্লবসু মুংঙাইবদি নত্তে। নোকপসি হৌন নোকপ লোম্ন নোকপ জাং য়াম্মি। মোমোন নোকপে অর্থদি হরাওহুন ওইব য়াই, ঋাদুন নত্রগ শাওহুন ওইবসু য়াই। তাইবং মীন কৈদৌরগ নোকই? ফাগী তৌব উরগ অম নোকই; ফাগী উদ্রবদি নোক্তব্রাও? ফাগী হায়বসি করিনো? ফাগীদ করি য়াওবন নত্রগ ফাগী নত্তব অওইবদ করি য়াওরগ অউব অতাব মীন নোকপগে?

মরম য়ামথ্রে, খুদম অরাইব খরদং হায়রবদ: ক্লাস্ত ওঝান ফম-থদোরিব চৌকিছ ওক্কব অঙাং অমন খিৎতং খৈদোক্লমহুন চৌকিদ ফম-থবদ ওঝাহু তুরবদি ছাত্রশিংন নোক্লিংনি। তোইন তৌব অরাইব থবক্ত শোইব উরগ মীন নোক্লিংই। চাক চানবদ অঙাং অমন মখুৎ য়েৎপু ঙহাক পোথাহল্লগ ওইন অমুক চারবদি অতৈন নোক্কনি। ছাত্র অমন ওঝা শাহুন ক্লাসত ওঝাগি চৌকিদ ফম্মুরবদি অউব ছাত্রশিংন নোক্কনি। ফাগী হৈবশিংন সমাজদ লৈব মীগি অশোই অঙাম্ব, মরামগ মান্নদব, থাজদব মতৌ উত্তুন নত্রগ ঙাংহুন মীবু নোকহল্লি। ফাগীসি অরাইব অক্কব, অনেম্ব অব্বাংব য়ামন লৈ; মান মান পাম্ব ফাগীহুন মী অমবু করম্ব থাক্কী মীতানো হায়ব খঙনৈ। মনিপুরদ ফাগী, শুমাং লীলা য়ামন পাম্নব অসুম্ন ইংলণ্ড, আমেরিকাগুম্ব চাওখৎলব ইনাকখুন লৈবাক্তসু য়াম্ন পাম্নে। কালিদাস, সেক্সপীয়ারনচিংব অফাওব ড্রামালেংবশিংগি

লীলাদ মথল কয়াগি ফাগী মী হাপ্লি। অরাব য়াম্ন নওনব ভাইবং-পান্ন ফাগী হৈবশিংন ঐখোয়বু ওহাক নোকহন্দুন পুকনিং মকালায়হনব. লৌশিং চাওখোকহনব ফত্তব নত্তে। চাক্লগ মীদি হিংদে৷ নোক্‌্রবসু মীশি নিংথিন হিংদে। কবি বাইরোন্দি নোকপসি কপওনবনি হায়।

বীরবল ভারত্তা পাল্লম্ব মোগলগি বাদশাহ অচোব আকবরন লূন তৌখিব, লৌশিং লৈন ফাগী হৈব নিপানি, মহাক ইং কুমজা ১৫২৮ দ কল্লি হায়ব মফমদুদা পোকখি। লাইবকব্রাহ্মন মচানি, নহা ভইরিবৈদ মাগি মমিং মহেশদাস কৌখি মহাকন আকবরদৈ চহি ১৪ হল্লি। মান-সিংহগি মপাবুং জয়পুরগি রাজা ভগবানদাসন বীরবলবু লৈওাক খুর্জী নোন পাইখৎলকইব আকবরগি মনাক্ত থাখি। ইশৈ শকপদ, শৈরেং লেংবদ পীথোবকপ নুপা অমনি বীবৰল। আকবরন মাবু হিন্দুগি অখোইব কবিনি ফাওব হায়বিখি। বীরবল রারী লিব হৈব, রারী শামিন্নব য়াম্ন নুংঙাইব, পাইবক লৌশিং লোইব নিপা অমনি ময়ম অহন মহাকপু আকবরন য়ামন চানখি, মনাক্ত নক্ল থমনিংখি অয়াম্ব মতমদ। রাজা বীরবল হায়ব মীংথোলগ লোইনন বন্ধেলখাণ্ডগি কালঞ্জর ফাওব লৌজা ওইন মঙোন্দ পীবিখি। লাম্মী ২০০০ পাম্নব পাথৌ অমগি তলবসু চাহনখি। ধর্ম্মগি হিরমদ নৈনবদ মহাক তোইন য়াওখি, আকবরন লিংখৎপ ধর্ম্মদুদ য়াওখিব অহানব হিন্দু ব্রাহ্মন মহাকন ওইখি। ইং ১৫৭১—৭২ দ শাখব ফোটপুর শিক্রীগি নিংথিরব দলান্দু রাজা বীরবলগি শঙ্গাইনি। মাগি পুজিগি থ্বাইদগি কপ্লিংব ফাগীদি কাশ্মীর অমসুং আফগানিস্তানগি লম্বীদ লৈব চীংমীশিংগ লাম্ভেংনবদ মহাকন শিখিবহুনি, মশা অশিব অহ খিবা খওহন্দন। ইশৈ, শৈরেং অমদি ফাগীদ হৈনজব মাবু আকবরন ফাগী য়াদব লানগি লুচিংব অম ওইন থুদোংথীবব মফমদ থাক্লবন মনুং মতম চাদন বীরবল মাংখি নিংথোরেল আকবরবু লাইরহল্লমহন। বীরবলন

মপুম ওইনা হীব খোইদোকপ লাইরিক থনম্ব উদে   আকববগা মখোয় অমিন শাখিব বারীনি হায়ব্রন ফাগী কয়াদি ফোংনব উই।

নোংমা আকবরনা বীরবলগি লৌশিং চাংয়েংগে হায়দুনা অঙম অথৌ তিন্নরব কোর্ট লৈই মচা অম লৈবাক্ত চিংলগা হায়খি 'বীরবল' লৈই অসি তেলহল্লু মশাদ শোক্তনা. বীববলনা আকবরগি য়'হংহ্র হেক তাবগা লৈইহুগি মনাক্ত হেন্ন শাংব লৈই অম চিংলগা তেলহঞ্জবে হায়না খুমখি। আকবরনা চিংখিব লৈইহু মান চিংব অশাংবহুগা থানহুনা য়েংবদ তেম উরবনা অঙম ময়াম আকববসু য়াওনা মাবু থাগত্তুনা নোকখি।

নোংমন আকবরনা অঙম্ব ময়াম মমাংদ বীববলবু শাওহনগে হায়হুনা অশেংব মঙ অম লিখি। মমঙহুদ বীরবল অমদি আকবব জঙ্গল মনুংদ কোইবদ কোম অমমমদ তাবম্মী হায় আকববনা খোইহিগি কোমদা অহুগা বীরবলনা ফত্ত হৌদি লংথব অপুম্ব কোমদ। মহু তাবদ বীববলনা খুমখি। "ননাই ঐসু মহুগা চপ মান্নব মঙ অম মঙহুখি, ঐগিদনা মঙহু থর শাংথৈ।" আকবর অমসুং অঙম অথৌশিংনা মঙ মথা লৌথো হায়রবদ বীববলনা লিখি: "ইপু ইনাই কোমদগি কাখৎলগা পক্লিব অমোৎপশিংহু চামথোক্লব ঈশিং থিবমু খঙব লৈখিদবে. মমৈদ অমন অমগি মশাদ পকপহ্র হুই হোদোংনা তৌনবগুম লৈনা লেকথোক্লবসি হায়হুনা বাদশাহদ পকপ খোইহিহ্র ঐনা লেকথোকচখি, ঐঙোন্দ পকপ ফত্ত হৌদি অপুম আশাহু বাদশাহনা লেকথোকপিখি।" মহু তাবদ ময়াম্মক পুক্নি তৎনা নোক্লখি।

নোংম প্রজা থরনা নিপা অমবু অয়ুক্ত অহানব উন্নবদ মঙ্গোল লৈতব মুপানি হায়হুনা আকবরদ পীরে। মতা চারুবনা ওইববর করিনো আকবরনা চাং য়েংবদ নিপাহুগা অয়ুক অহানব উনব নুমিত্তু মঙ্গোল কয়া লৈখিদে হায়না লেপখি। অঙম অথৌ ময়ামদ আকবরনা নিপাহবু

লৈবাক্তগি তাঙ্খোকপ চুমদ্রা হায়না হঙলম্মী। মন্ত্র তাবদ বীরবলনা খুমখি, "মঙ্গোল লৈভব নিপাসি বাদশাহ নত্রগ নিপাসিরা! স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু নিপা অসি উন্নবদৈ বাদশাহদি থোইদোকপ লাইবক থীব ফংবিদে, বাদশাহগ অমুক উনবদৈ ননাই অসিদি ময়ুম মকৈ পোক্নফম লমদম থাদোক্নুব মীরৈবাক্ত চৎখিব তারে?" বীরবলগি ৱাহু তাবদৈ আকবরন নিপাহু তাঙ্খোকখিদে।

বীরবলগুম্ব পাইরক লৌশিং লৈব অৱাই অথুম ফব, ফাগী হৈব নিপা তোঙান তোঙানব মতমদ অমসুং মকমদ পোক্নমহুন ময়াম্বু ঙহাক ঙইর বসু নুংঙাইহনখি। মনিপুরদসু ঙইনা বিজান্দো হায়ব নিপা অম চন্দ্র কির্তি মহারাজগি স্না হাক্তক লৈরম্মী হায়নৈ। নোংম বিজান্দো কোন্নুংদ থেংন কারুই, নিংথৌন কবিগি থেংলকই হংবদ মচা নিংঙাই ভৌমন-গ্রহন থেংলকপনি হায়ন খুমজিনখি। নিংথৌন নচিন থীব ৱানি বিজান্দো অঙাং মাগুন্বগি করি নিংঙাইন নংবু থেংহনব ঙমগদগে হায়বদ বিজান্দোন হায়খি, "শ্রীযুৎ ঐহাক শাবিয়ু, ননাই ঐ ইচা অমুক্ত শাজগে হায়য়ে।" শ্রীযুৎন য়াবিরবদ বিজান্দোন অঙাং শাবহুন হায়খি, "বাজি, লৈতান্ন শামূ শাবিয়ু, শামুহু তোংজৈ মরিন্দ লিংহনবিয়ু······ অসিন'চংব" মন্থ তাবদ নিংথৌসু অঙম্বশিংসু ইশি শিন নোকখি হায়।

বাঙ্গলা লৈবাক্তা পালম্বা নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রগি গোপাল ভাঁড কৌবা বীর-বলগুম্ব নিপা অম লৈবম্মী। থঙনব লমদ ঙাকইব পাঠানশিংন হিন্দু অমগী সঞ্জাও অম ফাখ্রে, হাংতুন চাখিব তারে হায়ন নুংশা থীবহন মপুন নিংথৌদ কনবিনব ৱাকৎখি। নিংথৌন উপায় লৈত্রহুন ৱাবদ গোপালভাঁডনা মহাক থাদোহল্লুগে হায়ন ইকোম কোয়া চৎখি। ফাবম্মীব পাঠান লাম্নীগি সর্দারদ মান হায়রুই "ফরেদা সঞ্জাও ফত্রবসি ইবুংঙোখোয়ন ফাবিব।" লাম্নী সর্দারন করিগি ফজ্রিব হংবদ গোপাল ভাঁডন খুমখি— "মহাক লৈত্রবদি নুপী অঙাংশিং জঙ্গলদ মখোং হায়চংব কিনরম্বহ ফরনি। মী

অমত্তন মখোং হাম্ব হৌগৎপদ মান চাংথোক্লদবগি তান্নবদ মখোং নিংথিন হাম্ব ঙমনদ্রে; পুকচা ওবশিদ থাদোকপিবক্লগনু" হায়বন্নগ হল্লক্লে। লাম্মী সর্দারবন তুক্কচবন্তুন সঙ্গা ওন্থু ফুন্থুম ও স্মোবকখি। মাগি লৌশিংহু উবদ গোপাল ভাঁড়বু নিংথৌনা মনা পাম্থ. ময়াম্ব থাগৎনখি।

মমাংদুদা গ্রীস লৈবাক্ত দাইওজিনিজ কৌবা নুংঙাইবব দার্শনিক অম লৈরম্মী। মাদি নুংথিল .. বে ও লালহৌনবা থাংবা অম থাল্লগ চৎলি হায়। কনিংনো হংবদ মবুকচেল শংব মী থিবিবনি হায়। লৈবাক্কী খরুং অমদ মকোন ওইদুনা য়ামনা চম্ন লেংলিনে। নোংমা মঙোন্দ পৃথ্বী ফাওবব আলেকজেন্দারবন হায়খি, "নং কনানো? ঐদি আলেকজেন্দারনি।" মহাক্কু চাউথোকনা খুমখি, "ঐনু দাইওজিনিজনি।" মতৌদুদ ওন্নব আলেকজেন্দারনা মঙোন্দ হংবিখি "নং ঐঙোন্দগি করি করি নংঙে পাম্মী?" দাইওজিনিজনা পাম্নবদি লৈবাক মচা অমা নিংথৌ ওইজগে হায়রবসু পীব ঙমদোব নুপাছুদ ইচম চম্না হায়খি, "ঐনা নুংশাদ লুমশিনবিয়ু।" মদু তাবদ আলেকজেন্দারনা ঙকখি অদু চংশিব মতমদ মচিন্দ সেননখি "ঐহাক আলেকজেন্দার ওইরমদ্রবদি দাইওজিনিজ ওইজরম্লি।"

কপ্লিংব থবক তৌবগা মীয়াম্বু নোকহন্দুনা মতম খর নুংঙাইনবা বারবলগুম্ব নুপা মশিং য়ামহনবিসনু মতম পুম্বদ তাইবং মপুন।

---

*G. U. Tongbra*

# ঐনা কপ্পাদ মীন নোকপিব করিগিনো? (তোংবা)

***Date of broadcast :—12-5-67 at 7-45 p. m***

***( A humorous monologue )***

—: (o) :—

ঐ ফাগী তৌদব মীদি নচ্চদে. অদুবু অয়াম্ব মফমদ বা ঙাংবদ, প্রবন্ধ ইবদ, লীলা লেংবদ থবাই শোক্ক ফাগী নত্তন. ইমিৎত ইপিমক তাবদৌন ঙাংজৈ। ঐন মীয়াম্মাংদ বা ঙাংজব মতমদ নোকপ, ফাগী তৌব উহৌব সাক্ষী পুথোকপিব ঙম্লবদি মনা পীজগে। নত্তে. তৌজদবন হায়ব। ঐন পামজবিবদি নোকপিব নত্তে. কপ্লিয়ু, পুক্লিং চানন ওনবিয়ু মী অফব ওইবিয়ু হায়বনি। অদুগদি অয়াম্ব মতমদ মীন নোকপি, নোকপগি অর্থসি কবেম্লবা, উশিত্তব, শাওনিংব, বাব, হরাওব, মুঙাইব ইওই ওইব য়াই। **Leonardo Da vinci** ন য়েকপিবম্ব **Mona lisa, Smiling lady**, মোমোন নোকপীহু মুম্ন য়েংবদ হবাওবমানে. বাবমানে নব্রগ শাওবমানে হায়ব ইয়া য়াহন্ন উই। মতৌ অদুমন নোকপদসু খোম্থোক খজিক্কং খেম্নবগা লৈবাক মচা তাবিব তাবিদব, মুক্ষান্দ লৈবিব, লাপ্প লৈবিব **cityzen** পুম্নমকপু হায়জবনি অর্থ লৌবদ হৈবিমনবিনু।

হিবমসিদ **G. B Shaw** হায়ব সমুদ্রগুমন পাকচাওন লুব নিপাছগ খোংবানগুমন খুব-থেনব ঐগা হায়বপ মান্নে। মান হায়খি মীন তাবিনবৈদমক অঙাও অকৈগুম্ন, **jester** অমগুম্ন ঙাংব তায়। **"And all the time the real joke is that I am in earnest"** থাইদৈ শুং. ঙাইব ফাগীদি মতম পুম্নমক মাদি থৌবাই শোকন ঙাংজৈ। ঐসু অহম্ন

হায়রপ তৌজবনি। অবাবনি, নিংজবন অম, থুংবিবন অতোপ্প অম। চাকশ্রেদা থবাইসে, কদাইদনো ঐন শোইডুন মীবু কপ্‌হনব ভমদ্রিবসিবো ? বাখল তৌব তায়, অথঙ অহৈশিংদ হংব তায়।

ইংলিস কবি S. T. Coleridge ন হায়খি, "Every great and original writer must himself create the taste by which he is to be relished, he must teach the art by which he is to be seen." অনৌব ইব উৎপ লেখক্র মাগি মহাউহ মীডোম্দ হৈনহনগদবনি মাগি কলাহ্ন য়েংব তমবিগদবনি হায়। ফাগী তৌরগ লোইরে খনব ভুমাং লীলাগি মুনি শিঙ্গ, ক্কৈজদসু মথোং হুক্তব মীওং, অপঙ অশোকনচিংব ফাগী লীলা য়োৎসবী চেংব ফাগীশুম farce হায়ব লীলা জাৎতু ঐদি ইমি ইজদে। ঐন থর য়ামন ইজবদি comedy নি হুংঙাই পোলোই ওইন তৌব, নোকনিংব বা কয়া য়াওরবসু কপ্নিংব বা মন্নুংদ ফুগ্গজাৎ, লীলা মীকোকশিংহ্ন অথোই অহেন নাইন ঋিগৎলবসু কপ্পবসু তাইবং মীদি অহ্নম মানব, ওইব য়াব থোকপ য়াব দৃশ্য ঙাক্তনি। অহবু ইরাইবক থীবন ভাবোক্র ঐবু ফাগী লেংব f rce ইব, cartoon য়েকপ হায়দ্রুন লৌবিখি। মসিদ কনানো কপ্নি ওইদবা—"বুদ্ধা মিল গয়া" দ তারবদবো ?

লীলা সিনেমা য়েংবদ অঙাং ফাওব হল্লকপদ বারীঙ্গ, নায়ক নায়িকাগি লীচৎতু নৈনৈ য়েংনৈ। মী খুদিংগি critical faculty লৈ, চুম্ব লানব, ফজব থীব হায়বদ্রুদি মী মীহুগি সংস্কারদ লৈরে। মৈতৈরোম্ব সমালোচনা সাহিত্য থর তাংই। অফব critical literature য়ামন থোক্লবদদ অফব সাহিত্য য়াম্মক্দবনি। অয়াম্বা স্কুল কোলেজগি ছাত্রশিংন কুইন তম্মরব নৈনরব কমল ডাক্তরগি "মাধবী"বু ফাওব মুম্ন খঙদে মাধবীগি লীচৎন পৃথিবীন মুমিংকী অকোয়বদ circ lar নত্রগা elliptical

path তা কোইন চৎলিবগম Social forces কয়াগি ইথীলন বান লয়বি। উবীবৈন circle দগি Tangent কুম মশাগি অপাম্বন পাইথোকই। শৈবেং কযা ইনব লৈ-পবেং ওইন কমলন Novel situations ভাবক্লবা novel অম্ব ইখিবনি। Modern Psychologyগি sublimation of love, সমাজদ কান্নবব মুংশিব হাযব লুপাগি Note তু নম্না ৈশা ১০০দ ওস্নোকপ মাধবীন কদাযদৈ ভম্মুই? রাহংতু উপন্যাসকি critical question নি। কমল ডাক্তবদি শৈবেং পবেং লেংবনি, কবিন পামজবতু পাবিয়ুং, মুংভাই-বিয়ু ফিদম লৌবিয় মাধবীগি অসিদনি। লৈশানী মাংখিবদ কাঞ্চিপুরদ থিনদ্রা? খিকুতুন কৈদৌদগে জাপানগি যুদ্ধারাবদ চা কয়া শিদ্রে? মুংশি মংলানগি বাবেং শৈবেং কযা ফংলিবতুন পেনবিয়ো। লেখক্ক নিং-জবন অমা, পাঠক্ক পীবিবন অতোপ্প অম।

সাহিত্য পবিষদকি Session অমদ ঐন শরৎ ঋতুগি মরমদ কপ্পিংব শৈবেং অমা পাজখি, অদু কনামত কপ্পিখিদে। মতেক অমহং নিংশিংজগে:

শংবান্নব ফীগে থোল্লবী, কবোক্লেন মরক্ক চাইরব
ফীবান্দ লৈচিন্ন চেল্লব, নিম্মানব অতিয়া ইল্লবী
য়েংজহৌ লেংলক্লে মালেমগী মমৌ অনৌবী,
মশাইন প্রোপ প্রোপ মমাইদ তাবিবী
হৈনম লৈনমন চুরবী কবিরেন কালিদাসকি মৌ
"শরতের রূপ অতি রমনিয়,
নববধু বেশে সমাগত সুখে।
এমনি শরতে ধরনী ধরেছে
প্রেমিক মোহন চিত্ত উদার।"
হৈনজোম, হৈজাং, তর্পোনগি হৈরুক
বিক থন্ন কোম্পাক্ক হাপ,

কোম্পাকন ফৈজাদ, ফৈজান-কোক
কোক্ত ৬ক্ত ৬কশাংবী থম্বালগি।
মীয়ুমদ ময়ুম্মি খনখুবী নিঙোলন
অঙাং অম নঙ্গন্দ পো
অমন মাংদ, অতৈন তুংদ
মপামদ চাক চাব লাকপ অত্তরা ?
কুমসিদি নংলে সনা লৈবাকসে
তর্পোন চাক পীজনবি থাজদ্রে। অসিনচিংবা
নুংশিখ্রবা ব্রাশিবু তাবিরগা ময়ামন জা জা নোক্নবিখি।

অনী থোক্ত চীংখায়রে হায়ব লীলাহুগি অরোইব দৃশ্যদ ছাত্র রতন্না : স্কুলগি ইবা· কালেজগি ওমচাক্রব মুংথিলসি লোইশিন্নক্ত,ন হকচীক লাংলব নুমিদাংব্বাই চংলকপদ ইবেম্মা সন্ধ্যা নংন ঐখোইবু থাদোক্ত,ন চংখিদোবসি ঐখোইদি করি ওইহোরসিগে ? লৌবিয়ু ইবেম্মা কলম অসি নতুংগি লাইর খুদোললি, মসিন ইবিরকউ চিঠি মরক মরক্ত।

সন্ধ্যান :—ঐঙোন্দ কলমসি পীথোক্তগ করিন ইনহৌনি তামোদি ? লৌদ্রবসু নু·ঙাইত্রে, ঐগিসিন তামো পায়বিহৌরো। ঐঙোন্দ চিঠি ইবিরকপদ কলমসিন ইবিরকউ। ( মপিগ লোইনন পী )

চাওমচা : ইবেম্মা সন্ধ্যা, ওজাহনগা নংগা কায়নবসিদি ঐখোয় পুম্নমক্তি থম্মোইসে অনীথোক্ত চীংখায়রবনি। ঐগিদি করিমত পীজনিঙাই লৈতে, প্লেন তোংবদ নকোক ঙাওদনব লৈ সিমতং পায়খো।

সন্ধ্যা ( লৈহ্র লৌরগ ) :—নোংময়াওশংদ তামোন ঐঙোন্দ আবের তৈবিখি কাউবিরব্রা ?

চাওমচা : · কাওজদে, মহু ঐ শিদ্রি ফাওব কাওরোই।

সন্ধ্যা :— আবের তৈবগী ঐনা চৈখিবহুদি কাওবিরব্রা ?

চাওমচা :— চৈখিদে, চৈখ্রবসু ঐ মহু পুমকাও কাওরে।

সন্ধ্যা :— আবেব ম্নাওবিবকপ্রা ?
চাওমচা :—কবিগিনো ইবেম্মা, যাওশং নত্তবনিন আবেবদি যাওবক্কে।
সন্ধ্যা : — ম্নাওববদি তৈবিযু. চৈজবোই হায়গে তৌবনি। ( মমিংতু মপিন থল্লি ) ( ছাত্র ময়ামত্র হীক হীক কপ্লে )
মমারজনীন লোপ্পপ্প : নুপী মচা মতম থেংজিল্লক্লে গাডী ঙাইত্তন লৈবে।

ফন কপ্লিংব ম্নাই হায়ন ইজথিব সীম্নি, অহবু অয়াম্বা ভাবোকন নোকথি। মম্নাম্মাংদ শাথিব বাণীনি, অচোপ্প অমত্ত ম্নাওদে ভাব ফত্তব মীন শান্ন লোবিখিবদি থঙদেকো।

**Off hand Radio interview** অমদ নিপা অমন **Bertrand Russel** দা হংখি – **Do you believe in free thinking, Lord Russel ?** নীঙ তম্ন খনব হায়বসি থাজবিব্রা ? **Russel** ন খুম্নখি : **Man is, since his birth, Subject to dinamical forces.** মীদি পোকপদৈ ঈখীল কয়াগি মখা পোল্লকই। চুমদ্রে মান হাযখিবহ। পৃথিবীদ লৈব ঐখোম হৈনখিবন মুমিংকি অকোয়বদ ম্না ন উংলগ পাইছন লৈম্নিবসি কোক ইঙাও ঙাওদে। কপ্লিদোব মতাংদ ভাবোকন নোকপিবসি ভাবোকি সংস্কারনবা **Prejudice** নবা নত্রগা ঐগি খুংইনরা। ঐহাক মাস মুন্ন খল্লগা ইব চুৰ জাংনি। ঐগি মনি মমৌ লীলাদ মনাওসু, মচনসু, মমাসু মনুপীসু মনিয়তন মেম্বর শিরে হায়ব পাও তানবদ কপ্লে। শ্রাদ্ধ কর্ম্মদসু মরম্নাই কাম্নব মাংখিবগি তেংথাছন কপ্লে :– "ও তাচৌ নং লৈত্রবদবু ইপা লৈজত্রব ঐগি লুহোংবদ কনান ইওং ইউন তম্বিগদগেনে পুকফবা ? অহুক কপ্লিংব ম্নাব তেংথাবোলশিংত্র ভাবিবগা কনামত কপ্লিদে ফাক ফাক নোকপি। তাইবং মীন কপ্পৰসি অয়াম্বদি মহুগুম নত্রাও ? অহুগ কৰিগি কপ্প ভারগা ভাবোকন নোকপিরি ?

লমজা পরশুরাম লীলাদ মচা কায়নবগি ঙাওরব বিক্রম জজন থন্নাই চারু হায়খি :—"সমাজবু ইকাইখুম্নহন মতম খরদং কেহু লোংপী